গচ্ছন্তু সকলাদেবা ব্রহ্মা-বিষ্ণুমহেশ্বর।
তিষ্ঠতত্রাচলা লক্ষ্মীঃ শিখামুক্তং করোম্যহম ॥

মন্ত্র অসি শিক্ষা পুল্লিবহু থোক্কবা মন্ত্রনি, ব্রাহ্মন, স্ত্রীলোক মুপীশিং শুদ্র থুদিংমক্কা উক্ত মন্ত্র অসিনা পুন্দুনা লৈরিবা শিক্ষা অহু থোকনি।

গঁ গঁ — নোংশা কৈনচিংবনা ঙংবা থোংবা মথোম্নি, অসি হায়রিবনি খংদবা অব্যক্ত অসিনি ফোংদোক্কবা ঙশাওবা শব্দনি। শাগী হৌনবা মথোম্নি মথোয়গী হৈনজবনি।

গগণগামী -- আকাশ অহাংবা অসিদা কোইনা পাইরিবা উচেকশিং অসিগী মমিংনি

গগনধবজ — পাইরিবা কোইনা চংলিবা বরিষাদা চুখরীবা নোংশিনথুংনা চংলিবা মুংশিং

গঙ্গা -- জাহ্নবী গঙ্গা ভাগীরথী গঙ্গা, সুরধ্বনী গঙ্গানি মথোয় অসি।

গঙ্গাপ্রাপ্তি — গঙ্গা চেনবা মফমদা শিজবা মী গঙ্গাপ্রাপ্তিনি হায়রি। মতাং অসিদা থরদং পনবা য়াই মতুদি—মী থুদিং হায়রিবা মফমশিং অসিদা শিদে, অদুবু মী অহুনা শিবকান্দ মাইবা অহুনা মী অহুগী মম্নিং হায়রগা গঙ্গা প্রপ্তি হায়না হেক লাওই। পনবা য়াই থাজনরি ওসি মীওই থুদিংগী ওইবনি থাজনা উখ্রবনি, চেংনা থাজরবদি শোইদনা ফংই, শাস্ত্রনা বিধান তৌই। "মনসা দ্বারকামেতি" হায়বসে শোইদনা ফংলিবনি।

গচ্ছ — চৎলো হায়বা রাহৈ অসি ইথক থোংবা লাইগুরুগী য়াথং অনুমতি অয়াবা অমদি নৈমিন্নরিবা মীশিংগী অয়াবা য়ানবগী মতুংইন্না চৎপবু হায়বনি।

গজেন্দ্র — শামু নিংথৌ, শামু পুন্নমক্কী মকোক ঐরাবত হস্তী— মমিংনি।

গনেশকুশুম — অঙাংবা লৈ রক্তকরবীর অসি গণেশকী লৈনি।

গনেশভূষন — গনেশকী লৈতেংদি সিন্দুরশুনা ফজে।

গতি — গমন, যাত্রা, মার্গ, পথ, দশা, জ্ঞান, অভ্যুপায়, চালি, চলন, উপায় ধারা, অবস্থা, আশ্রয়, হায়রিবা মথোয়শিং অসি চৎপদা লৈগদবা গুণনি।

গদগদ — য়াম্না হায়নিংবা ঙাংনিংবা, শাওবদগী প্রেমদগী নুঙাই-মনথিবদগী ওইরবস্সু রাহৈ অহু মতেক মতেক মপুং ফাদবা রাহৈ গদগদ কৌরিবনি।

গর্জ্জ — শব্দ, ধ্বনি, নাদ, রব হায়রিবশিং গর্জ্জ গুংবনি।

গলিচা — শা মতুনা শাবা অথাবা ফী মখল অমা গালিচা ফিদানি আসননি।

গিরিশ — শিব মহাদেব ত্রিলোচন পর্ব্বতীশ্বর মমিংনি।

গিরিসুতা — চীংনিংথৌগী মচা উমা পার্ব্বতিবু হায়বনি।

গীতা — লাইরিক অথোইবা গ্রন্থবিশেষ ভগবদগীতা শিরোম-ণিনি।

গঙ্গা, গরুড়, গণেশ, গঞ্জা, গম্ভিনী, গবর্ণর, গম্না, গম্ভির, গগন গনিকা, গজন, গঙ্গোত্রি, গন্ধব, গন্দ, গচ্ছ, গতি, গদগদ, গমন গণ্ডুষ গন্ধারি, গম্না, গজন, গজেন্দ্র, গঙ্গাজল, গণপতি, গলা, গবেশ, "গ" ব্যঞ্জন ময়েক মরিশুবসি খরদং ইজরুরে লুমনখিবনা মখা তাজনিঙাই লৈজদরে খরদং অসি উচ্চরি মঙান ওইনা।

## "ঘ" ব্যঞ্জনময়েক মরিশুবা।

ঘণ্টাপূজা— সর্ব্ববাদ্য ময়িঘণ্টা দেব দেবস্যবল্লবে।
ত্বন্নাদে নৈব সর্ব্বেষাং সুখং ভবতু শোভনে"

অয়াম্বা দেবা দেবী পূজা তৌবা কান্দা শরিখ অসি অহানবদা পূজা তৌগনি মথংদা মখাগী হায়বদি লাক্ত অতুগী পূজা মখা চত্থগনি। দেবতাশিং অসি পূজা তৌবা মতমদা দেবা-দেবী অতুগী যন্ত্র অসি অয়াবা য়াদবা কয়া অমনি, পুন্নমক অসিগী মহুৎ ওইনা শরিক অসিদি যন্ত্র পুন্নমক্কী মহুৎনি হায়তুনা শরিখ অসিবু পুন্নমক্কী মহুৎ শিন্দুনা "সর্ব্ববাদ্য ময়ি ঘণ্টা" ইত্যাদি যন্ত্র অসিদি পুন্নমক্কী মহুৎ ওইনা য়ারে হায়রিবসিনি।

ঘট— ঘট হায়বা অসিগী মমিংদি য়ামই, ঘট, কলস, কুম্ভ, গর্গরী, কুম্ভবাশী দ্রোন পরিমান অসি ঘটকী মমিংনি।

ঘণ্টা— সেন সেংনা শাবা মখোন ফজনা থোকপা, পুং অমুক তারে খংনগদবা যন্ত্র বিষেশনি। পূজাদা শরিখ থিংনবনু খংই

শ্রীগোবিন্দগী অচৌবা সেনসেংমা শাবা শরিখ অচৌবদো মণিপুরগী মকম অয়াম্বদা চীং থেংবা মকমদনা হেন্না তাই হায়নরম্লিবনি।

ঘনকাল — বর্ষা ঋতু হৌগৎলক্লবদি মীওইবশিংগী অরাবা মতমনি।

ঘর্ম্ম — শ্রমবারি, কন্না নোম্বা থবক শুবা অমদি কালেনথাগী শারবা মুংশাদগী থোক্লকপা হুমাং অঙ্গজন, স্বেদ হকচাং-দগী থোকপা হুমাংনি।

ঘাতক — মীহাৎ মীপুন তৌহুনা, মাহুনা মাগী শিনফম ওইবা ঘাতক্লি।

ঘাতব্য — হাৎপদা মতিক চারবা, মরান লৈরবা মী, কোর্টনা মাজিস্ট্রেৎ রাই পিরবা মী অহু ঘাতব্যনি।

ঘ্রান — নাতোন হায়বা ইন্দ্রিয় অসিনা মনম মুংশিবা-নমথিবা থংবা ইন্দ্রিয়নি।

"ঘ" ময়েক ব্যঞ্জনগী ৪শুবা অসিগী থোইদোকপা শব্দবাক্য মথা তানা পুখোকচন্দ্রবনি মতাং অসিদা তেনশিঞ্জরে।

## "ঙ" ব্যঞ্জন ময়েক মঙাশুবা

ঙসি, ঙসাই, ঙরাং ঙমু, ঙক্রা, ঙাশেপ, ঙথা, ঙচিং ঙশাং, ঙাপ্রুম, ঙাংথ, ঙানপ, ঙামেম্মা, ঙা, ঙারি, ঙমুশেঙ্গুম, ঙমোই ঙমজ-রোই, ঙমলবদি, ঙমগনি, ঙমফাংলোই, ঙমগদবা, লৈরবদি ঙকইদা,

ঙসি তৌরিবসি, ঙসিদগী হেন্না য়াদে হায়। ঙরাংবা হায়রম্মবদি, ঙপ্লোইদবা লৈরবদি ঙসাইনা ঙক্লিঙৈসিদা ঙন্থানা হায়হৌরবদি ঙসি তৌগদৌরিবা থবকনিনা মীনস্তু শাওনিংলোইদবনিদো অঙাংশা। ঙসি ঙমু অমা কারণা লৈরুরগা ওইরবস্তু ঙসিগক উসিন তৌহৌপ্পরবনি। অদুবু নখোয়না ইংঙি হায়রুনা নিঙাইদবমথৈ লৈথোক্লে, চৎলু, ঙসি ঙক্লিঙৈসিদা হাইদোকহৌরবদি কোন্নমুক তৌবিরো হায়না ঙন্থা হায়দোকলু চৎলু চৎলু। অদু করি করম তৌসি হায়বা ঙসি হায়বা মতম ঙাইবিয়ু য়াবা নত্তে, মুমিৎনা ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং অস্তুম হৌথিবা ভাবনি। ঙসি অমা হোৎপ্রে, মথংগী মুমিং অমতং নখোইনা ঙমগদবা য়েংহুনা হাইদোকলু চৎলু থিলবনি, থংলত্রা ঙসি হৌজিকমক চৎলু ঐদি পনবা য়াত্রবনি ঐ চৎলে।

অসি মথৈ "ঙ"গী ওইনা পুথোকচরি কয়া কয়া লৈরমখিনি, রাহৈদা, রাঙাদা, শৈরেংনা, অঙকপা, মুংশিবা অকিবা কয়া কয়া লৈরমখিনি, ঐগীদি অসিফাওবদং।

## "চ" ব্যঞ্জন ময়েক ২বা

চক্রী, চক্র, চক্রধর চন্দ্রজিণী, চন্দ্রমুখী, চন্দ্র, চন্দ্রমতি, চন্দ্রকান্ত চক্র, চন্দ্রাবলী, চক্রধারী, চন্দন; চালনী, চণ্ডাল, চমম, চমু চক্রবর্ত্তী, চনচন, চন্দ্রহাস, চমৎকার, চামর, চরন, চরম, চরু, চকচকী, চণ্ডী চতুর্মুখ, চত্বার চতুর্বিংশতি, চতুষ্কা, চমকি, চতুরঙ্গ, চৎলু, চৎকনু চমরৈ,

চরাংনৈ, চংখি, চংখুরবদা, চংলবদাইদা, চংত্রিবাতুলা, চমিংতোমা, চংথোম্ন', চলাইবা, চঞ্চল, চরিত্র, চঞ্চল, চারু, চরণ, শক্তিরুচীং।

মঞ্জীর রঞ্জিত পদযুগ মধুরং ॥
চন্দ্রবিনিন্দিত শীতলবদনং।
তংপ্রণমামিচ শ্রীশচীতনয়ং ॥

ফজরবা থোংথাং উবদা য়েংবদা পাম্নবগী মশক ওইবা, থোংথাং খুদিংগী শ্রীচরন অনিগী ফজরবা ভাংতক তৌবা চরন অনি অতু উবদা পুক্লিং হুরবা মাইথোং য়েংলুবদস্থ নিন্দা তৌনিংঙাই করিমা পোক্রবা, মপুং ফারবা পূর্নিমাগী মাইথোং মাল্লিবা নীংথিজরবা মাইথোংনস্থ তিনবা, অতুম্বা শ্রীশচিনন্দন শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুবু তোল্লবা ঐনা হুম্না হুম্না খুরুমজরি।

চকচক — তরু তরুবা, মঙান কয়ানা তিনবা লংলবা ফজরবা পুম্নমক্না তিনবনি।

চকমকী — মৈ পুথোকপা, মৈ পোকহনবা ওম্বা, মুংঙোং অরনি থনি মৈ পুথোক্নবনি, আধুনি "দিয়াসলাই" মৈথেং অসি মতম্না পুরকপা মৈ পোকপা খনিবিথেশনি।

চক্রজীবক—চক্রু শাবা মী কুম্নারস্থ মমিংনি, মখোয় অসি চক্র অতুনা জিবীকা ওইবা মীনি।

চক্রধর — চক্রধর হায়বসিনা খংনরিবসি, শ্রীবিষ্ণুবুনি, চক্রপানিস্থ কৌই।

চক্রবর্ত্তী— লৈপাক পূম্নমকপু হায়বদি সমুদ্রনা কোয়শিনবা অসিগী "সম্রাট" অচৌবা নিংথৌবু চক্রবর্ত্তী হায়বনি।

চক্রবৃদ্ধি — ডাঘরদা সেন থম্বা পুথোকপসি য়াম্না চাওথৎলি, সেন্দোইগীসু অমুক সেন্দোই ফংহল্লিবনি য়াম্না চাওথৎলি, মরম অসিনা চক্রবৃদ্ধি হায়বনি।

চণ্ডাল -- চণ্ডান হায়বসি বর্ণসঙ্করনি, ব্রাহ্মনিগী গর্ভদা অতোনবা জাতিগী ঔরসতগী ওইবা পোকখিবা অঙাং অহু খ্বাইদগী তোল্লি সঙ্গ ফত্রবদি পুমমাং মাংই।

চণ্ডালী — চাণ্ডানগী ভার্য্যা ( মুপী ) থোইদোক্না তোল্লি শোক্লবা য়াদে।

চণ্ডী — মার্কণ্ডেয় পুরানগী মনুংদা মতীক মগুন থোইনা লৈবী চণ্ডী দেবীনি।

চতুরঙ্গ — শামু লাম্মি, শগোল লাম্মি, দোলাই তোংবা লাম্মি, খোংমী-লাম্মী মায়কৈ ৪ মক্তা শিন-থুংনা মাগী মাগী লানবা য়েংনহনা হ্যাতক্রীয়া অথোইবা মুঙাইরবা "চৌবর" খেলানি, তুম্বা কাওবা, চাবা কাওবা খেলানি।

চতুবক্ত্র — মাই মরি পানবা বিধাতা ব্রহ্মানি, অসিনা মরম ওইহনা পূম্নমকপু অমত্তা ওইনা উবা ঙম্লিবনি, চতুর্ম্মুখ ব্রহ্মানি।

চতুবর্গ — ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ, বেদনা য়াবা সনা-লুপা, ধর্ম্ম অর্থ, কাম পূম্নমক অসিদা অপাম্বা থমত্রবা পুন্নমক লাম্থোক্লবা মী মোক্ষনি।

চরণসেবা—উপাসনা—মহাক্কী মমিং তত্তনা শোনবা কাওদবা নিং-
শিংহুনতা লৈবা বৈষ্ণব অহুনা আরাধনা তৌহুনা,
ইবুঙো! শ্রীচরন্দা চংজরি চরণ সেবা ফংহনবিয়ু।
শুশ্রূষা মতম চুপ্পদা মাগী সেবাদা মখল-মথেন কয়ানা
ধুপদীপ অর্ঘ্য নৈবেদ্যনচিংবা কয়া সেবা তৌজবতু চরন
সেবানি।

চরম — অন্তিম, শেষ, অবসান, পশ্চিম, মখোয় অসি অরোইবা
থংনবা শব্দনি।

চরু — যজ্ঞীয় যজ্ঞগী ওইবা সঙ্গোম্না মুনবা, ঘিনা মুনবা, হোম
তৌননবগী ওইবা মহি লাংদ্রবা খজিক্তং শারিবা মুলবা
চরুনি।

চাতুর্হোত্র— দেব ৪ ঋগ, যজু, শাম অথর্ব্ব মরি অসি অসিনা মরম
ওইহুনা হোম তৌরিবা যজ্ঞ অসিবু চাতুর্হোত্র কৌই।

চুড়ামনি — কোক্কী লৈতেং ফজবা অলঙ্কারনি, মনি-মুক্তা প্রবালনা
লৈতেংবা চুড়ামনিনি মতাং অসিদা পনবা য়াই—
দ্রোনাচার্য্যগুরুগী মচা অসোথামানি, মহাক অসি মৃত্যুবু
জয় তৌরবা "অমর"নি। ভারতগী লান লোইরবা
১০০ লোইনা মাংখ্রবদা অসোথামানা পাণ্ডবংশ
থম্নরোই মাংহলনি হাইহুনা লানশংদা তুম্লিবা কৃষ্ণা
দ্রৌপদিগী মচা ৫ তুম্লিরৈদা থাংনা কক্তুনা লোইনা
হাৎখি। মতম অতুদা অমত্তম্থু নত্তনা মঙামক লোইনা

শিরবদা তৌকম থংত্রবী দ্রৌপদীগী অরাবা অতু থরম্বথে কোক্লবা অর্জ্জুননা দেবি ! অসোথামাগী মগুক কক্লগা পিগনি অতুগী মথক্তা কাথৎলগা বেনী থোকউ ইরুজৌ হায়দুনা রাশক চেৎপা পার্থনি। রা অসি দ্রৌপদীদা হায়খিবনি অর্জ্জুন্না ব্রহ্মাস্ত্র পায়দুনা অসোথমা হাংকনি হায়দুনা ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্পদা মগুক্তি ককখিদে চূড়ামনি কক্লুনা দ্রৌপদিদা পিথি। মথংদা চূড়ামণি য়াও-দ্রবা অসোথামানা শ্রীভগবান্দা চূড়ামনি য়াওদনা হিংবদি পামদ্রে ঐগী "অমর" লৌথোকপিয়ু হায়দুনা ভগবান্দা চংজখিবা চূড়ামনি অসোথামানি।

চূড়ামণিযোগ—করিগুম্বা কান্দা রবিবারদা সূর্য্যগ্রহ অমম্বুং করিগুম্বা কান্দা সোমবারদা চন্দ্রগ্রহ তৌরবদি চূড়ামনি যোগনি থংনগনি।

মতাং অসি "চ"গী মগুান থরদং পুথোকচরি, মতাং অসিন্নাইদগী হেন্না ইজবম্বু ওমদ্রে, অহেনবদি অগাধনি সমুদ্রনি, থরদং অসি উচ্চরি।

"ছ" ব্যঞ্জনময়েক তরেৎশুবা।

ছাতু, ছত্রধজ, ছত্র, ছাত্র, ছাত্রি, ছাস্তিন, ছান্তি, ছায়া, ছাগ, ছানা, ছাতু ছত্রধারি, ছড়ী ছত্রভিং ছত্রভঙ্গ—

অরাবপ্যচিন্তং কার্যমাতিথ্য গৃহমাগতে।
ছেত্তুঃ পার্শ্বগতাং ছায়ং নোপসংহরতেদ্রুমঃ।

ঐগী যুমদা চংলক্লিবা লাকইবা মী অহু য়েক্লবা, মুংশিনদবা ওইরবস্থ মী অহু অতিথি অমগী ফংফম থোকপা ইকায় খুম্নবহু পিগনি। মরম অসিনা উ হায়বা পাম্বী অসি মহাক্কী মশা মনা অহুনা মুংশাগী মৈচাক অহু ভাকথোকপিবা, অইংবা হকচিক লাংবা পিবিবা উ অহু কৈদৌঙৈদস্থ মাংহল্লোই য়াম্থোকালোইদবনি।

ছয়গোস্বামী—শ্রীরূপ, শ্রীসাতন, শ্রীরঘুনাথ দাস, শ্রীরঘুনাথভট্ট, শ্রীজীব, শ্রীগোপালভট্টনি।

ছয় — "ছড়চক্র" চক্র তরুক লৈবা শালগ্রাম অথোইবনি, মিংনা প্রহ্যুম্না কৌই অথোইবা দেবতানি। দেবতা অসিবু পূজা তৌজরবদি নশক মচু থোকপা অমস্থং মহাক্কী মফমদা লক্ষ্মী ৱাৎতবা মুভাইবা পিরিবনি।

ছত্তা — নিপা ওইবনা চথোকপা মতমদা ছাতিন অমা পাইহুনা চৎলবদি খুৎলাই ওইনা শিজিন্নৈ অমস্থং নোং চুরবস্থ মুংশা শারবস্থ অনিমক কান্নৈ।

ছটাক — সের অমগী মরি থোকপবু ছাটাকনি, হৌজিক চৎনরি-বদা কিলো অমগী মরি থোকপগী শরুক ২৫ গ্রাম্নি।

ছড়ী — অপিকপা চৈ ( খুদ্রযষ্টি ) লাঠীস্থ কৌই, অতোপ্পা থোইদোকপা অমনা অভাংশিংদা নাগনবা অনাবা মথল অমনিস্থ খংনৈ।

ছদ্মবেশী — লৌনম ফিজেৎ সেত্নুনা, "কপটবেশ" লঘোইবা শাবা ওহাক্কী সেঞ্জা-থুমজা থর ফংনবা "মুখে রাম বগলমে

ছুরি” নমথাক তৌবা, মী মশাগী অশেংবা অদু ফুন্নগা মন্থনা মাগী মথোয়গী হৈনবি ওইরিবা মী মখল কয়ানি। প্রমান হৌজিক হৌজিকমক মাগী লম্বেন অমা চাওনা থোং লাওনা হাংদুনা থম্লি সরকারমক্তা মুথৎপা লংথোকখিবদি লাইরবুনা ওসিমক সরকার অসিনা থুংলাই ওইরিবনি। অসিগুম্বা অসিদগী মীহাৎ-মীপুন ইজং নাংহনবা অসিনা রাজ্য অসি সিনথুংখিবুনা মৈরিক্তগী মৈজাও ওইখিদুনা ওসি মুংপা ওমদহুনা অচৌবা রাথোক্সি কোর্টনা বিচার ওমদ্রে। মসিগীদমক্তা মশামক্তী ওইনা চোংথোকুনা লাওজরুবা মী কয়া ছাত্র ছাত্রি কয়া অরাফমদা অরাবা কয়া থাংলি, মসিগীদমক্তা বিচার তৌনবা সরকারনি অদুবু মপুনা চাক য়াম্না চারগা দেহ ফরিদা, মনাইনা চারগা থিবোংজাও হায়রি।

ছর্দ্দী — নিংথম চনবা রোগ অমনি, মশাদু নিকপা, লোকথুবা ওগনবা, মুংশিং মথক্তা পুথৎপা অসিনচিংবা কয়ানি।

ছাগ — শা মখল কয়ামনি, ছাগল, অজ (হামেং) নি।

ছানা — সঙ্গোম অনৌবদগী বিকার ওন্থোকপা পরিনাম তৌবা “ছানা” চাবদা য়াম্না হাওবা, ছানাদগী মখল কয়া সন্দেশ পুথোকই অথুম্বা “রসগুল্লা”নি।

ছায়া — মুংশাগী মৈশা লৈতবা, মুংশা শাদবা “অনাতপ”

মৈচাক ফংদবা, সূর্য্য পখী মঙান হেন্না মৈচাক ফংদবা,
খুংশাগী মৈচাক ফংদববুনি।

ছায়াসুত — শনৈশ্চর "শনি" হায়রিবা গ্রহ অসি রবিগ্রহদগী ৭
শুববু হাইবনি "গ্রহানাং একরাজা"

ছারখার — পুমমাং ভস্মসাৎ, সর্ব্বনাশ; পুম্নমক লৌইনা মাংলে।

ছোটিকা — খুদোম্বী-খুৎশি ২ অসি তরুবদা থোকপা মখোন
ছোটিকানি।

ব্যঞ্জন ময়েক "শুবগী হায়নিংবা খজিত্তং অসিনি।

## "জ" ব্যঞ্জন ময়েক নিপানশুবা

জলমধ্যে বরাহঞ্চ পর্ব্বতে রঘুনন্দনং।
গমনে বামনশ্চৈব সর্ব্বকার্য্যেষু মাধবং॥

ঈশিংদা লম্বী ওইনা চৎপা তারবদি ভগবান বরাহনিংশিংগনি। পর্ব্বতে চিংদা চৎপা তারবদি শ্রীরঘুনন্দনবু নিংশিংগনি। গমনে চংথোকপা মতম পুম্নমক্তা বামনদেব নিংশিংগনি। থবক পুম্নমক হায়বদি চথোক-চৎশিন তৌবা অমদি মীওইবনা তৌরিবা থবক পুম্নমক অসিদা জয় মাধব মাধব অসি তত্তুনা নিংশিংগনি শোন্নগনি।

জয় জয় গোবিন্দ গোপাল গদাধর।
কৃষ্ণচন্দ্র কর কৃপা করুণাসাগর॥
জয়রাধে গোবিন্দ গোপাল বনমালী।

শ্রীরাধার প্রানধন মুকুণ্ড মুরারি ।।
জল, জলধি, জয়, জগৎ, জটাধর, জলতুম্বিকা
জনকাত্মজ, জলাশয়, জন্ম. জন্মভূমি, জন্মাস্থান জন্মরধি
জম্বু, জম্বুবৃক্ষ, জামগাছ, জম্বুফল, জম্বুদ্বিব
জরাসন্ধ, জপান, জহাজ, জগোই, জঙ্গম, যময

মথক্কী বেঙ্গুলি শ্লোক অসি বৈষ্ণবশিংনা মুমিৎ খুদিংদা সংকির্ত্তন তৌরিবনি। মথাগী অসিনা কনা কনাগুম্বা ভক্তশিংনা শ্রীমদ্ভাগবত লোইরবা মতুংদা কির্ত্তন তৌদুনা মুঙাইনা মতম অহ্ লেল্লিবনি।

যথা—জয় রাধে জয়কৃষ্ণ জয় বৃন্দাবন।
জয় জয় শ্যামসুন্দর, গোপীনাথ মদনমোহন।
জয় জয় ললিতা বিশাখা আদিযত সখীগণ ॥
জয় জয় শ্রীদাম সুদাম সুবলাদি যত সখাগণ।
জয় জয় রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড গিরিগোবর্দ্ধন ।।

—ইতি বৈষ্ণব গ্রন্থ

জ — জব তৌবা মুনি ঋষিশিংগী শিনফম্নি, মথৌনি, জবতনা থরাই ওইজবনি শিনফম্নি থক থাদোক্লোই। জপান চৎলি, জহাজ তোংই, জগোই শারুই মুঙাইরকই। অমুক্তং য়োঁজরবদি জপান্দো মুঙাইগনি থনখিবদো ঐখোয় হৌজিক্তি নিংবা থুংলেদনা হায়নখি। মথংদা অমুকংগা চৎপা খোক্লবদি ঙাইবা তারি তাঙা অহ্

কনাদবু বা অসি অমুক্তং নোমহৌরবদি চেকশিন্না থিবা তারি ঐ হৌজিক।

জগৎ — বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ড, বায়ু, জঙ্গম, অসি জগৎকী মমিংনি।

জগৎকর্ত্তা— চতুর্মুখব্রহ্মা, বিধাতা, সৃষ্টিকার্ত্তা, হায়রিবা অসি লৈসেম মপুনি।

জগৎসাক্ষী— সূর্য্য, দিনমনি, ভাস্কর, হায়বা অসি শাক্ষিনি, লোন-থুপ্পা তৌবা থবক পূম্নমক মানা খংগ্রবনি উগ্রবনি, মরম অসিনা ঐথোয়না লোপ্পা তৌবা থবকশিং কনা উত্রবনি থল্লিবা অরানবনি।

জগদ্বিনাশ— যুগ কয়া লোইরক্লনা হায়বদি সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর, কলি যুগমরি অসিনা লোইগ্রবা হায়বদি ৪ সিনা ১/১ ওইনা থিবদা পূম্নমক লোইরক্লনা পৃথিবী লৈত্রবনি পূম্নমক লোইরে, ব্রহ্মা পরার্দ্ধ অমা তুমখ্রে মহাপ্রলয়নি।

জটাধর — জটা পুবা মহাদেবনি, অতোপ্পা অমনা জটানতিনবা কনাগুম্বা অভিধানকারি গ্রন্থকার অমবুস্থু খংনৈ।

জনকাত্মজা— জনকনিংথৌগী মচা মুপীগী মমিংশিং—বৈদেহী, জানকী মৈথিলী, সীতা অসিনি।

জন্মভূমি — জন্মস্থান, উৎপত্তিস্থান, স্বদেশ, পোক্লকম খংবা ভাক্তনি।

জন্মাষ্টমী — শ্রীকৃষ্ণগী পোকপা নুমিৎ কৃষ্ণজন্মাষ্টমী থরান থাগী কৃষ্ণষ্টমী নোংমাই চবুক

"জন্মাষ্টমী" হায়বা রাইহ অসিনা খংনরিবসি, শ্রীকৃষ্ণপোকপা অবতারবু খংনরিবনি, পোকখমা মথুরা ভোজরাজ কংসগী শুরা মমবা কারাগার কৈথুম শংদনি। অমস্থা অহিংনি "ভাদ্রমাস" থৌরান থাগী অথেংবা অহিংনি নোংয়াই পুং ১২ চপ চাবদা রোহিণী নক্ষত্রনা পানবা মতম যজ্ঞগী আহুতাগ্নিনা ফজনা দক্ষিণাবর্ত্ত ওইনা চাকপা মতম্নি মতম অসিদা ওইনিংবদা ওইবা শ্রীভগবান্নি কৈথুম শঙ অসিদা দেবকীগী গর্ভদগী চপচানা অথোই-অহেন লৈতবা ২০ শুবা শতাব্দীদা পোকখি জন্মাষ্টমী হায়রগা "কৃষ্ণজন্ম" প্রসিদ্ধনি।

জবাকুসুম— রক্তবর্ণ পুষ্পাবিশেষনি, জবাফুল, জবাপুষ্প মমিংনি।

জমজ — যমজ, যুগল, যুগ, জোড়া, অমা পোক্লবগা অমশু অমুক পোকপা জনাং অনি।

জমদগ্নি — মুনি অথোইবনি, ভৃগুবংশদা পোকপা ঋচিক মুনিগী মচা পরশুরামগী মপানি।

জম্বুদ্বীপ — পৃথিবীগী দ্বিপ ৭ কী মনুং চনবা অথোইবা দ্বীপ ভারত-বর্ষনি।

জলনিধি — ঈশিং পুম্নমক্কী তুংফম ওইরিবা সমদ্র, জলনিধি, বারিধি, সাগর।

জলাঞ্জলি — পিতৃ পক্ষদা হায়বদি তর্পন্দা পিতৃশিংগীদমক ঈশিং পিবনু জলাঞ্জলিনি।

জাতি — কাংলুপ, মনুষ্যত্ব, গোত্ব, ব্রহ্মন, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য, শুদ্র হায়বনি।

জাতি খংবা হায়বদি মী-লাই শা, শন, ব্রহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য শুদ্র হায়রিবশিং অসি শাদি নত্তবা ব্রহ্মণ, ক্ষেত্রিয়নচিংবা অসি মী ওাক্তনি চপ মাল্লে বিকার অমত্তনি। অদুবু গুণদি তোঙানলি, মী হায়রগা খংনরিবসি থকসি-থাসি, লাইগুরু মশক মুন্না খংরা হায়বসি মীওইবদা লৈগদবা গুণনি মী ওইরবস্থ মী অথোইবনি খনগনি। ব্রহ্মন হায়বসিগী মথোৎদি বেদগী রান। পাওত্তাক ওইরগা মীগী উপকার তৌবা যজমানগী ফননবা খনবা জ্ঞান লৈবা ঈশ্বর ভগবানগী সেবাদা পূক্নিং চংবা ধর্ম্ম চেনবা অসি ব্রহ্মণগী গুণনি। ক্ষেত্রিয় হায়বা জাত্তি অসি অথোবনি রাশক চেংপনি ক্ষেত্রিয়শিং লৈবনা ব্রহ্মণ, মুনি, ঋষিনা তপষ্য তৌবা ওম্নিবনি অকনবা মগুণ অসিনা মরম ওইদুনা ক্ষেত্রিয়শিংবু সন্মান তৌরিবনি। অম্সুন্না মা মাগী মগুণ ভাক্লা চংনরিবনি অম্সুন্না শন হায়রগা মথোং ৪ পানবা মমৈ পানববু শন হায়বা হেক্তা য়াবা নক্তে, শন হায়রগা ইরোই পীবা য়াদে শগোন পুশিনবা য়ারোই। শন খংবা য়াবা লক্ষন করিনো? হাররবদি "শাশ্নাদিমত্তম গোত্বং" হায়বা প্রমান অসি অতৈদা থক লৈবা য়াদে লৈতে। মরম অসি জাতি খংবা অরাইবা নত্তে, মী খুদিং মী ওইবা নত্তে, ব্রাহ্মণ হায়রগা বামোন পুম্নমক খংবা য়াদে গুণ অদুনা জাতিবু শক ফজৈ, অমম্নুং শকথিরিবনি।

জায়া — ভার্য্যা, বনিতা পত্নী, মথোইশিং অসি জায়ানি।

জাহ্নবী— গঙ্গা, ত্রিপথগামিনী, সুরধনী, মমিংনি।

জ্ঞানেন্দ্রীয়— বুদ্ধিন্দ্রিয়, মন, নেত্র, শ্রোত্র, ঘ্রাণ, জিহবা, ত্বক, জ্ঞান ইন্দ্রিয়শিংনি।

নিপানশুবা ব্যঞ্জন ময়েকী মাহৈ খোম্থোকশিং ইবদা লোইগদবা নত্তে। য়ামদ্রে শিংথাবা লোইরোইদবন, অ। সমাইদা লেপচরগে।

## "ঝ" ব্যঞ্জনময়েক মাপলশুবা।

ঝা — ঝান খুৎলাইনি যন্ত্রনি নাম শোনবা সংকীর্ত্তন তৌবদা বৈষ্ণবশিংগী যন্ত্রনি চানবগী মথেন্দস্থু "ঝান" হায়রগা থংনবা হাওরবা মথেন অমনি।

ঝকড়া — থৎনবা অনি মায়ওক্লদুনা বাদ-বিবাদ ওইনা থৎনবা হায়বদি বাগযুদ্ধ চিনগা চিনগা ওনসিন্নদুনা চৈনবা অসি থংনগনি।

ঝনৎকার— মীগী মত্তো তমদুনা অনুকরণ তৌদুনা, শিংনবা লাওনবা অসিবু হায়বনি।

ঝর — নাম্থরকপা চিংথক্তগী চেম্থরকপা ঈশিংগী প্রবাহ অমম্বুং ইফুংনি।

ঝরনা — চিংদগী তারকপা ঈশিং প্রবাহ ঈচেন, চিংদগী নাম্থরকপা ঈশিং ঈফুং।

ঝনঝন — ঝনঝন য়াম্থবা লংলবা কজয়বা, অলঙ্কার মথল অমনি।

ঝাউ — ঝাউ মমিং অসি কৌবা উ মথল অমনি।

ঝাঁঝরা — ছিদ্র য়াম্না লৈবা হায়বদি মখুন য়াম্না হুংপা সহস্রধারা-
গুম্বা মথল অমনি।

ঝাড়ন — মন্ত্রনা মরম ওইহুনা রোগ কয়া মাংহনবা, তরু ওরুহনবা
মোংহনদবা য়েংহনবা।

ঝাঝ´র — পুং মথল অমনি, হায়রিবা যন্ত্র অসি য়ৈরগা তান থাবা
খুবাক খুবা।

ঝুমকা — মুপিশিংগী নাকোংগী লৈতেংবু খংনগনি।

ব্যঞ্জন ময়েক মাপন শুবগী ৱাহৈশিং অসি শাংথনবা ইজনবগী শক্তি লৈতবনা মতাং অসিৱাইদা লোইশিনবা তারে। অমস্তুং ব্যঞ্জন ময়েক ৯শুবা হায়বদি চবর্গগীনা ৫ শুবা "ঞ" ময়েক অসিগী ৱাহৌদোক অমস্তুং ৱারেং হায়নিংবা কয়া লৈরবস্তু, মতাং অসিদা হায়নি'ঙাই লৈতবগুম তৌরবনি।

## "ট" ব্যঞ্জন ময়েক অরামাথোইশুবা

ট — "টলমল করে অঙ্গ ভাবেতে বিহবল" হকচাং অসিইতল
তল্লি করিনো? তৌরিবা অসিবু, ভাবকা অসি ইচোই
চোইরেনে তৌরিবসি করিনো? টাটা, টাটাগারি টাটাসী
ইঞ্জিন ঙাক্তা ঙাইরে লৈপাক অসি, অতৈ ইঞ্জিন অমত্তা
চন্নদরে। অসিদস্তু নত্তুনা টাটা, টাটা, টাটাটি টাটা
চামনা থকপা মহাওলৈবা চানি চা, ফিস্তু টাটা ফিস্তু

টাটা, টাটাগী টাটা নগরদা য়োংশু ফিন্থু টাটাগী টাটা শকফজবী মপাঙ্গল য়াম্না লৈবা ইঞ্জিন কয়াগী মন্নুংদা টাটাগী ইঞ্জিন অথোইবনি। অসিগী মতুংদা থর লৈরবদি চহি ৫/৫ প্লানগী মিথলদা টাটাগী মিহুং কেন্দ্রদং য়াওরকুনা রাজ্য থাক্কা টাটাগী মী থোক্লকপা য়াররনি।

টাট — কোরিনচিংবা ধাতু মথল অমনা সাবা, পাত্র মথল অমনি হায়রবদি পূজাগীদমক কোরিনা সাবা পাত্রবু হায়বনি।

টিকারা — পুং মথল অমনি, দুন্দুভি বাজনি পুংনি, স্বর্গদা লৈবা দেবতাগী যন্ত্রনি।

টিপ্পনি — লাইরিক হাইবা শাস্ত্র অসিগী টিকা, লাইরিক অমুগী হাইবদি শব্দ অমুগী বাক্য অমুগী হায়নিংলিবা রাহৈ অমু মচাতানা থংহনবনি।

টিকা — লাইরিক অমুগী বিবরন মরম, শব্দ রাহৈ অমুগী অর্থ ফোংদোকপা ইথোকপা ব্যাখ্যা তৌদুনা থংনবা পুথোকপা অমম্মুং চিপ্পনি।

টুকনী — লৈপাক্লা শাবা ভিক্ষারিশিংগী পাত্র অমনি।

টোপর — কিরীট মুকুট হায়বা অসি কোকী লৈতেং ওইবা ফজবা অমনি।

টোপী — কোকী আছাদন হায়বদি কোকপু কল্লবা টুপীনি। মতম

অসিদা মোটর সাইকল স্কুটর থৌবশিং কোককনবগী-দমক টোপি ( Hat ) কয়া পুথোরকই। "ট"গী কাংলুপ থরদং পুথোকচরি, মথা তাজত্রবনি।

## "ঠ" ব্যঞ্জন ময়েক ১২ শুবা

ঠাকুর ইবুংঙো থুরুমজরি, মীদা ওইরগনা ঠাকুর মহাশয়! করম হিংবিরিবা মঙ্গল ওইরিদনা, অনা-অয়েক য়াওবিদে হায়বা রাহুংশিং অসি হুংনৈ চৎনৈ ব্যবহারনি, থৌগললোননি অমসুং রাজ-নিতিনি, ফজবা ব্যবহারনি।

ঠ — "ঠমকে ঠমকে যায়বলে হরিবোন" তপ্পা তপ্পা চৎলি রাখন তৌনা চৎলি, হাইরি চিন্দস্তু হরিবোন হরিবোন তৎতনা শোনলি।

ঠণ্ডা — য়াম্না ইংবা স্নিগ্ধ—তনিক তনিকপা, নম্র—মরু লুকপা, স্থির—য়াম্না তপ্পা।

ঠলন — থওই উশিত্তবা, ইকাই থুম্নিঙাই ওইবা মীবু উরগা, ব্যবহার তৌদবা।

## "ড" ব্যঞ্জন ময়েক ১৩ শুবা

"ডোরহি কৌপীন ক্ষীন কটিতউপরে" গৌরঙ্গী চেংলবা খ্বাংদা ডর কৌপিন থোক্লি ফজবনা ওকই। মাইথোং "ধা"নি কুচুনা সনা

অহিংবনি, পাম্বোমনা আজানু লম্বিত, পাম্বোয়া থুকউ মনাক য়োঁবনি। অজানুলম্ব: শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা য়ুমথোং থুদিং মীওই থুদিং
হরিনামবু য়েনবীরি ভক্তশিং হয়াওজে পামজে লৌজ।

ডমরু — পুং মখল অমনি, যোগিশিংনা ওত্তনা য়ৈবা পুংমি, জগরবাত্তস্থ হাই ; অত্তকপনি মহাচমংকারনি।

ডাকঘর — পত্রাদি চিঠিনচিংবা পিফম থাকমনি, ডাক্তরখানাস্থ কৌই মমিংনি।

ডাকাতি— দস্যুশিংগী মীওং-মীনৈ তৌবা, মখোইগী লমচং কোং-দোকপা হুরানবগী লমচং।

ডাঙা — ঈশিং লৈতবা ফংদবা মফম সাধারন লৈমাইদগী হেন্না য়াংথৎপা মফম।

ডাব — নৌরিব' য়ুবিগী থুম্নবা মনম নুংশিবা মহি থন্না য়াওবা য়ুবিনি থরুপদা হাওই।

ডালচিনি— ''উ'' মখল অমনি. মতাকী মকু অদু চাবদা থুমই (দারু-চিনিস্থ) কৌই।

ডিঙ্গা — অচৌবা ঈশিং লাম্বোক-লানশিন তৌবা হিনি পোতস্থ কৌই মমিং।

ডিণ্ডির — সমুদ্রগী ফেনা কোঙ্গোননি সমুদ্রফেনস্থ হায়নৈ।

ডিম্ব — অণ্ড, ডিম, মরুম হায়বনি। ডিম্বীজ হায়রগা মরুমদগী পোকপা উচেকচিংবা।

১৩ শুবা ব্যঞ্জন ময়েকী য়াহৈ থরদং অসিদমক!

## "ঢ" ব্যঞ্জনময়েক ১৪ শুবা।

ঢু — "চলিয়া চলিয়া পড়ে গদাধর ক্রোড়ে" চৎল চৎলগা ঢুয়ে রাধাগী রাথন্দা জ্ঞান মাংলে' উবদা গদাধরনা থাজংলি তম্প্যাক্তা, মতৌ অশুম্না গদাধরনা ভক্ত অমা ওইনা গৌরাঙ্গ প্রভুগী সেবা তৌজরি।

ঢোল — হৈনবা পুং ঢোল অসি বেন পাটিনা শিজিন্নবা যন্ত্রনি।

ঢোলব— পুংনি ঢোলক ( ধুলোপস্থ ) কৌই যন্ত্র অথোইবনি, হোল্লিদা য়াম্না শিজিন্নে।

ঢোলান—হাই-হুম্বা দোলানস্থ হায়, ঝুলোন শ্রীরাধাগোবিন্দনা শান্নে। অচৌবা কুম্মে মথল অমনি, মসিবু উরগা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা হুন্ডাই, শখিশিংনা থোগন চংজবনি। "ঢ" ময়েক অসিগী শব্দ বিচার য়াম্না তেনব্রে, মথংদা মূর্দ্ধন্য ময়েক অসি ব্যঞ্জন বর্নগী ১৫ শুবা ময়েক অসিগী শব্দবিচার বাক্য মথা ইজদরে ইতি —

## "ত" ব্যঞ্জন ময়েক ১৬শু বা

তপলা পুং মথল অমনি, মরু মনাও তোঙান তোঙানদ্দি, আন অসিনা পুনশিন্নগা পুং বাস্থ অমা ওইবনি। অনি অসি তোঙান্না লৈবা য়াদে থাদোক্লবদি অঙ্গ ভঙ্গ ওইরে থবক মপুং ফাদে প্রমান— রাধা-কৃষ্ণ, সীতারাম, শিবপার্ব্বতী লাইরোমদা হায়রগনি। মীরোমদা হায়রগনা নল-দময়ন্তী শ্রীবৎসচিন্তা হায়বগুম্বনি যুগল-যুগল ওইবনি।

তরুণং সর্ষপশাকং নবৌদনং চিচ্ছিলানিচ দধীনি।
অল্পব্যয়েন সুন্দরি! গ্রাম্যজনো মিষ্টমশ্নাতি ॥

কনাগুম্বা অমনা হায়বদি কবিগী সমালোচনানি, মানা হায় হে সুন্দরি! হে নিংথিবি! গ্রাম্যজন:= খুঙংদা লৈজবা মীওই অমনা, তরুণং=ইনৌ-নৌবা নৌরিবা সর্ষপ শাকং—সিদ্ধার্থশাকং= হন্দাম শাক অমদি, নবৌদনং=নৌরিবা অরিবা নত্তবা মতম চপ চারিবা তনিক তনিকপা শঙোম অফম্বা অসি থোইথুম্নে। হায়রিবা চিঞ্জাক অসি মতিক চানা আয় লাক্তবা মীনা চারি হাওত্রবা চিঞ্জাক্নি।

তড়াগ গ্রাম—কর্ত্তার: কন্যাদান প্রদাশ্চযে।
সেবন্তে শ্বশুরং যেচ জ্ঞেয়াস্তে বৈষ্ণবা জনা: ॥

কনা কনাগুম্বশিংনা পুখ্রি তৌদুনা কৎপা, মচানুপী কন্যাবু মত্তিকচাবা বরদা দান তৌবা, মী লৈননবা য়ুম সাতুনা কৎথোকপা হায়বদি ধর্ম্ম শালানচিংবা কৎপা, অমসুং মখোই অতুনা গুরুবু লাই-মক্নি খল্দুনা সেবা পুক্নিং চংনা তৌবা মখোয় অসে কৃষ্ণগী মনাই বৈষ্ণবনি।

তক — পর্য্যন্ত (লোম্বা অরোইবা,) অবধি—সীমা অসি হায়নবনি।

তড়তড় — করি হায়ারবনো? থংদবা কোংদোক্তবা মখোন, নোং তাবগী মখোন শব্দনি।

তড়াগ— পুখ্রি য়াম্না পাক-চাওবা, রাংম রাংম য়েংনবদা তাম্না উবা পুষ্করিনী তীর্থনি।

তড়িৎ — নোংথাংবু হায়বনি সৌদামিনীশু মমিংনি।

তণ্ডুল — চেংগী মমিং অসি চাওল, চালু, পরিস্কার, নির্মল্য তরু তরুবা থংনগনি।

ততদিন — অতুকী মতিক ওইবা মতম, হাযবদি মতম অসি পুং অমনি অস্রুক্কি হায়বা অতুগুম্বা মতম পুং অস্রুক্কা লোইবা মতমনি।

তৎকাল — তৌজিকমক ওইরিবা মতম অসিবু হায়বনি।

তৎপরায়ন— বেদ তম্বা, তপস্যা তৌবা, যাগ, যজ্ঞ, দেবতা পূজা অতুদা পুক্কিং লুপ্পা হায়বনি খুদম—ভক্ত প্রলহাদ অমস্তুং ধ্রুবনি।

তত্ব — মরু ওইখ্রবা ব্যবস্থা, য়াম্না মুন্না কুপ্পা থংবা তৌগদৌবা থবক অত্থ মম্না য়েংশিনবা।

তত্বজ্ঞান — ব্রহ্মজ্ঞান হায়বদি অমাং অতা কৈত্রবা শংশংবা ঈশ্বর পিবা জ্ঞান, অমদি হায়রিবা জ্ঞান অসি পরমার্থ জ্ঞাল্লি অথোইবনি।

তত্ববাদী — অওই অওইবা, রা হায়বা, অচুম্বা রা ঙাংবা, ব্রহ্মবাদী; সোইদ্রবা রানি।

তত্রাপি — অতোপ্পা অমনা হায়তুনা ফোংদোক্লবস্তু, মফম অতুমক লেংদনা ওইবা।

তন্ত — রজ্জু, সুত্র, সুতা, তন্ত্র, তাঁত, হায়রিবসি লংগী মমিংনি।

তন্তপর্ব্ব — ইঙেন থাগী পূর্ণিমা অসিগী মমিং শ্রাবণী পূর্ণিমা কৌই।

তপঃ — তপস্যা তৌবা—চান্দ্রায়ন ব্রতনচিংবা ব্রত অময়সুং নিয়ম নাইববু তপঃ কৌই।

তপস — তপস্যা, উপবাস, তুমদবা, চাদবা, অথাং কনবা, চান্দ্রায়নব্রত অমসুং পুন্য ওইগদবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম কয়াবু থংনগনি।

তপস্যা — তৌরুবদা কান্নগদবা পুন্যগী মশক ওইবা থবক অদু তৌবদা অন্নাবা কয়াসু পোকপা কর্ম্ম অদুনা ঈশ্বরদা চংজনবা ওইবা ব্রতনচিংবা কয়া তৌরিবা মী অদুনি।

তপোধন — তপস্যা তৌবতনা মথোয়গী মরান্ন থল্লিবা মথোয় অদু তপস্বী মুনি ঋষি কৌই।

তমঃ — প্রকৃতিগী অথোইবা গুণ অমনি, তমোগুণ, অন্ধকার শোক, পাপ, অহঙ্কার, হায়বসিনি।

তমোঘ্ন — অগ্নি, সূর্য্য, চন্দ্র, বিষ্ণু, কেশব, শম্ভূ, হায়রিবশিংদি অমম্বা মাংহনবনি।

তরুণ — নবীন, নুতন, যুবা, মথোয় অসি অনৌবা ওাক্তা হায়বনি।

তরুণ দধি— সদ্যোজাত দধি হায়বসি হৌজিক হৌজিক মাথনচিংদুনা পুথোকপা দধি অফম্বনি। নুমিৎ ৫ নিগী মতুংদা পুথোকপা শঙ্গোম অফম্বা অসিনা সাধরম্নি।

তর্ক — তর্কগী মথক্তা অমুক বিতর্ক তৌদুনা ওম্নবা তর্ক, বুদ্ধিনা বিচার তৌদুনা পুথোকপা ওম্নবা তৌব তর্ক, অমদি মুন্না থল্লগা আকাঙখ্যান তৌবা তর্ক, মথল থর অসি লৈ।

তর্পন — পোম্নমখা তৌবা, পেনহনবা, ঈশিং খুজোক খুজোক্না মচানচিংবনা কার্ত্তা ওইদুনা পিতৃগী উদ্দেশতা পিবা জল থাম্নবু হায়বনি।

তর্পন তৌবা হায়বসি সাধারন ওইনা পিতৃশিংনা পেনবিনবগী-তৌবনি। ঈশিংতনা পিবসু তর্পন অদুম ওই অদুমক পেনবি। বেদদা অমসুং পুরান্দা নিংথিজনা চংখোম্না ব্যবস্থা তৌদুনা পিরি, হৌজিকমক বৈদিক তর্পন চৎনরি। সন্ধ্যাদগী হৌদুনা নোংমগী থাদোকপা য়াদ্রবা পিতৃযজ্ঞগী মশক ওইবা তর্পন অমসুং অসিগুম্বা মথলগী তর্পন অসিনা প্রধান তর্পন্নি হায়দুনা ঙসি চৎনরি। নোংমগী তৌদবা য়াদ্রবা স্নান্নচিংবগা লোইনদুনা লৈবনা তর্পন অসিবু হায়নৈ অঙ্গতর্পন।

হৌজিক পিতৃযজ্ঞগী ওইবা তর্পন্দা থাজনরক্তবা কয়ামা উবা ফংই, তৌই গুম্নসুং মসে চিন্তা তৌরগা হায়বদি করিনা মসিবু হংলগা থিরগা অমসুং মুম্না খন্তরগা শোইদনা খংবা ঙমগনি, মসিবু থাজদবগী ব্রাংমদদি করিসু সঙ্গতি ওইদে। মরম অসিনা শিখরবা পিতৃশিংগী স্থুল শরিরদি হৌজিক উবা ফংদে লৈতে, অমসুং সুক্ষ্ম শরিরদি লৈ করিগুম্বা কান্দা মাংদে। ঈশ্বর অম্মানা শরীরদুদা লৈবনা, শরীর অদুনা শ্রাদ্ধ তর্পন্নচিংবা ক্রিয়া অসি তৌরগা খোইনা পেনবি।

স্নান ইরুজরবদি শোইদনা তর্পন তৌগনি, তর্পন মথল অদুনি। স্নান তৌরবদি তর্পন তৌদবা য়াদে প্রধান্নি। মী অদুগী মপা হিংদুনা লৈরবদি মহাক্না প্রেততর্পন নত্তনা অতোপ্পগী তর্পন তৌবা য়াদে।

মুমিৎ থুদিং ইরুজবদা তর্পন তৌগনি। মুপীশিংগীদমক্তদি তর্পনগী অধিকার ওইদে তৌরোই, অদুবু বিধবা নারিশিংগীদি মচা-মশু নৈজত্রবদি স্বামী ( মপুরোইবগী ) মকুবোকী অমস্তুং মকুবোকী মপা অহুম অসিগীদমক্তদি সোইদনা বিধবাশিংনা তৌগদবনি।

স্নান তৌবা করিগুম্বা ওমদবা থোক্লবদি ( হায়বদি ওমদবা নাববা ইরুজবা ওমত্রবদি ) হৌনবিগী মতুংইন্না তৌরগা তর্পন অহুম তৌগনি।

মধ্যাহ্ন সন্ধ্যাগী মতম য়েংহুনা তর্পন তৌবা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি মতম অসি য়েংবা তগাই ফদবনি। নোং তাবা কান্দা নোংগী ঈশিংনা তর্পন তৌবা য়াদে মহু থাদোক্কদি। ঈশিংদা তর্পন তৌবদা ওইগী থুদাং তু হৌদবদা ফি অমগী মথক্তা থোইদিং থম্লগা য়েংকী থুংপি থুনিংথৌ নত্রগা থুংপী থুদোনবী অনিনা থোইদিং লৌরগা কুশিদা হাপ্লগা তর্পন তৌগনি। ফী হায়বসি এগী শেংলিবা ইল্লবা ফীদদি য়াদে, অদুগা থোইদোকপা রাফম অমনা থোইদিং অসি ৩/৪ দগী হেনখ্রবদি প্রেতনা মহুভোজন তৌহুনা য়াম্না রাই হায়রি।

রবিবার, শুক্রবার সপ্তমী দ্বাদশী মুমিৎ অসিদা অমস্তুং শ্রাদ্ধ মুমিত্তা জন্মতিথিদা তিলতর্পন তৌবা য়াদে। তৌইগুম্বস্তুং অমাবাস্যানা মরম ওইহুনা তৌগদৌবা শ্রাদ্ধ সংক্রান্তি মুমিৎ গ্রহন তৌবা মতম তীর্থদা গঙ্গামপান্দা কাও থাবদা শিবা মুমিত্তা প্রেতপক্ষদা মুমিৎশিংসে তিলতর্পন য়াই। তর্পন ঈশিংদা তৌবদা হাওকাপমুক

য়াংনা হৈথগনি। লৈপাক্তা তর্পন তৌরবদি কোরি পাত্রদা থোইদিং খর হাপ্লগা তর্পনগী ঈশিং হৈথগনি নত্রগা কুশগী মথক্তা হৈথগনি। তর্পন কান্দা খুদোপ শিজিন্নগনি সনা-লুপা নত্রগা কুশনা সাবা ওইরবসু শিজিন্নদবা য়াদে।

তর্পন কান্দা কোরি-লুপা সুবর্ন পাত্রদা, পাত্র অদু খুদোন ৮ দগী তাদবা পাত্র শিজিন্নগনি। দেব ঋষি অমসুং মনুষ্য তর্পন্দা থোইদিং অধিকার লৈতে ভমলবদি যবনা খ্বাইদগী ফৈ। চন্দন চাইশিল্লবা ঈশিং খর লৈ য়াওবনা থোইনা ফৈ অথোইবনি।

তলাতল— রসাতল হায়বসি পাতালনি, মহাপ্রলয় লাক্লবদা পৃথিবি অসি রসাতলদা লুপ্তুনা লৈখ্রিবনি, অসিবু অমুক উদ্ধার তৌরগদৌরিবা শুকর ভগবাননি।

১৬ শুবা ব্যঞ্জনবর্ন দন্ত "ত"গী শব্দ, খোন্থোক, বাক্য বিচার য়ায়: পাক চাওই; অসিনা লোইবা নত্তে। ময়েক ১/১ মগী বিচার অসি অমনা হেক লোইনবা ইবসু খর য়ান থোকদ্রা খল্লিবনি। তন্দয়া অমম্বা অহিংদা কুফেৎ কাফেৎ তৌদুনা মচি খুদিং কোইপাই পাই, চৎলু চৎলু চংউ চংউ মফম খুদিং তন্দনগী তন্দন ভাক্তা উই; অদুগুম্বা হেক লোইনা ইবদা খর য়ানা থোক্কনি। কোক ভাওবদসু মিত্তা তন্দন ভাক্তা উই লোইবা নাইদে।

## "থ" ব্যঞ্জন ময়েক ১৭ শুবা

"স্থির নাহি হয় প্রভুর নয়নের জল" তপথবা চৈতন্য প্রভুগী নয়ন্দা সিন্থরি তত্তনা পি, কপ্পি তোইনা তোইনা রাধা, য়েন্নি ভক্তশিং হরিনাম প্রভুগী অসিগুম্বা অসি উবদা ভক্তশিংস্ত অঙাওবগুমথ্রে।

থাবন ফরবা অহিং হায়বদি, শরৎ পূর্নিমা, লৈনা ঙাল্লবা ফজরবা অহিং মাল্লিকা মালতীনা ফুগাইনা শাৎপা, নোংপোক থংবা মাইকৈদা মপুং ফারবা পূর্নিমা থাগী মঙান অতু উবদা, ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মহারাস শান্নগে নিংল্লুনা যোগ ময়াদা রাস শান্নবগীদমক খাংহনখি।

শরৎকী মপুং ফারবা থাজনা নোংপোক মায়কৈদা থোক্লকপা ফজরবা অহিং মাল্লিকা-মালতিনচিংবী লৈশিং ফুগাইনা শাৎপা ঙৌনা লংলবা অহিংনি; নোংপোক থংবদগী মপুংফারবা পূর্নিমা থাজগী মঙান অতু উবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মহারাস শান্নগে নিংলল্লুনা যোগ মায়াদা শক্তি পিখি। মতাং অসিদা শম্লপ্পা ব্রা থরদং—

শ্রীশুকদেবনা ভাগবত পূক্লিং চংনা তারিবা শ্রীরাজর্ষি পরীক্ষিতকী মফমদা লিখিবা ব্রারিনি, উক্ত অহিং অসিদা ঐশ্বর্য্যনচিংবা মথল ৬ মহাশক্তি অসিগী তুংফম ওইরিবা স্বয়ং ভগবানশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মাল্লিকানচিংবা মথল মথা অয়াম্বা শরৎকী ওইবা লৈশিংনা ফুগাইনা শাৎপা থোইনা ফজরবা অহিংগী ফজবসিবু উরগা ইবুঙো মাগী

কবাবমু খনুবদা ওয়রোইদবা অচিন্ত্য শক্তি কোংদোকপ্রে। অমন্থং গোপরমণীশিংগা লোইননা অহিং অসিদা "রাস" শান্নগে হায়বসি রাখন তৌখরে।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা অয়াম্বা ব্রজরমনিশিংগা রাস শান্নগে নিংবা মতম অসিদা "ঋতুরাজ" বসন্ত মফম অসিদা, মতম অসি মক্তদা আর্বিভাব ওইরকখি। মতম অসিদা আকাশওগী পৃথি লৈমাই ফাওবা শাংকাইরবা লৈশিংহনা ফজহনখি। প্রিয় চান্নরবা শ্রীকৃষ্ণনা শরৎ ঋতুগী মতমদগী শাংলবা মতম কয়াগী মতুংদা লাকপন্থ উবদা অমদি শরৎ কান্দুতা ওইবা নামিবা মলয়া নুংশিৎনা তপ্না তপ্না হুম্বা অহুনা মরম ওইহুনা চান্নবগা লোয়ননা শান্নগে নিংবা শেংলবা রাখন্নি। অহুনা অরাবা কয়াদগীসু কনবিগদৌরিবা শ্রীকৃষ্ণনা থোইনা পান্নবা মফম ওইবা "ব্রজভুবঃ" ব্রজগী অখোইবা শ্রীবৃন্দাবন আসবু ফজহনগে হায়হুনা পঙ্গোংমপানচিংবা অয়াম্বা লৈগী মচুনা লৈতেং ওইবা ফজরবা মশেক মঙানগা লোইননা নোংপোক মায়কৈদা "উরুরাজ" মপুং ফারবা থাজনা মশেক মঙানগা লোইননা নোংপোক মায়কৈদা থোক্লক্লে।

মতম অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা "রাস" শান্নগে নিংলকপা মতম অসি মায়কৈ পূন্নমক তরু তরু সেংখি ফজখি। মতম কুইনা উখিদ্রবা য়েংবগী পেনবা লৈতবা নায়ক নায়িকা অনিগী মিৎচি মিৎমৈ নিংয়েং কয়া উডুরাজগী মপুং ফারবা মথল মথা অয়াম্বা ভাব কোংদোকপা মিৎয়েংদা ফজহল্লি। শৃঙ্গাররসনা শ্রীকৃষ্ণনা থোইনা চান্নবী

শ্রীমতি রাধিকাগী মায়থোং অরুণ কিরণ ওইহনা কৃষ্ণনা খনখিবা হৰাওবা পোকপা রাখন কয়ানা অমদি কৃষ্ণগী সেবাদা গোপিশিংগা লোইননা দর্শন চৎননবা থৌরাং তৌরিবা, অমকপা লৈতবা রাখলদগী অরাবা কয়া মাংহন্দুনা নোংপোকলোমদা মপুংফারবা মঙানগা লোয়ননা থা থোক্লকই ।

অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজরমণীশিংগা লোয়ননা রাস শান্নগে নিংলকপসি বয়সনা চহি নিপান বয়সনি অমসুং শ্রীরাধিকানচিংবী অয়াম্বা ব্রজরমণীশিংগা য়েংনবদা "ন্যূনবয়স্কা" হায়বদি অমবু অমনা পংতেন হেন্নদবা অবস্থানি । হায়রিবশিং অসিগী শৃঙ্গারস মতিকচানা ভাব বিকাশ তৌবা মতম্নি, তৌইগুম্বসুং শ্রীকৃষ্ণগী শান্ননিংবা অদুতনা পূন্নমক অপাম্বা অমসুং প্রাকৃতদেহদা মুঙাইবা পীবা শৃঙ্গাররস ফোং-দোকপনি । মখোয় পূন্নমক্ত শ্রীকৃষ্ণ প্রিয়াশিংগী লুচিংবী শ্রীরাধি-কানা শ্রীকৃষ্ণ ফংনিংবদগী ওইরকপা মায়থোং তঙাংবা অমসুং গোপি-শিংনসু শ্রীকৃষ্ণগী মখল মখা অয়াম্বা শান্নবা তরাও তয়াম্বতু খল্লুবদা অরাবা কয়া লৈরম্বসু লোইনা কোকখরে ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা রাস শান্ননিংবা ফোংদোকপা অসিদা দেশ, কাল, পাত্র রমনোপযোগী হরাওবা মতিক চানা ফোংদোককে খল্লকপা মতম অসিদা, আকাশতা মপুংফারবা থানা মঙান শন্দোকখি । অমসুং রাস মণ্ডল অসিদা ঋতুরাজবসন্ত অবির্ভাব ওইররে অমদি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং থোইনা চান্নবী গোপীশিং, বালক-

বালিকা কৈশোর অবস্থাদা ফজরবা চহি নিপান্দা ওইবা মতিক চাবা রাখল ভাঙ্গ ব্যবহার তৌবগুম্বহ্ন পুথোকখি। শ্রীকৃষ্ণনা চহি ৮গী বয়সদা পুথোকইবসি রাসক্রীড়াবু বাল্য ক্রীয়া ওইনা পুথোকপনি হায়বদি ওইদে। অমরোমদা থোইদোক্লা ফজরবা থুম্লবা শৃঙ্গার রসতগী ওইবা লীলানি অমস্তুং মওং অমা ওইনা চৌজিকফাওবা জ্ঞান্নি পণ্ডিতশিংনা শিংথানরিবনি অধ্যাত্মিকানচিংবা ভঙ্গি কোং-দোকলকপা উবা ফংদে॥

শক্তুম্নি খরদং—

(১) পূর্ণিমা কয়া কয়ানি অহিং কয়া কয়াবু লৈতেং ফজহল্লিবা॥
থুংশেম হৈবনা ওম্বা নত্তে মগান কয়ানা ওইবা ওমদে ফজহম্বা।
ওম্বস্তু ওইথোক্তে ফজহনবা ওয়োইদবনি খল্লুবনা লানগনি।
ওয়োইদবদা থক শিংনরোইদবনি অরেম্বা সোইদনা তাগনি।

(২) অয়ুক্কী সূর্য্যদেব মুমিংনা জগৎ পূম্বা শিনথুংনা মগান পী।
মুমিদাংদা ওইরি চন্দ্র থানা মালেম পুম্বা শিনথুংনা পিরি মগান।
থা খুদিং পূর্ণিমা থাজনা ওাল্লিবনি চিক্লবা অহিংগী মনিনি।
মাওদবা নত্তে উৎৌদবা কারগুম্বদা মেঘ মালান খনথ্রদা॥

(৩) কনানম্তু প্রকৃতি মাবু শিংনক্লবদি ওয়োই নিংলুবহু লানগনি।
ওয়োইদবনি মানহনবা মানবা হায়বসিমক্তবু মানবনি মানবা।
বিজ্ঞানিকশিংনা পুথোকই কয়া কয়া তৌরি চাংদম্নরি কয়াম।

কচৈ অঙকপনি য়েংবদা উবদা লাইমক ওইরবরা ? খরি
অঙকপনি ।

(৪) মঙান মঙান অঙকপা মঙান মচু মচু কয়াগীস্মু মঙাল্লি ।
অঙকপনি ফজবদা করিগা চাংদম্নগনি চাংদমক্কম খংদবনি ।
ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র খলকপনি ফজবা মঙানবু উরকপদই ।
মীনা ওমদে কনানস্মু ওয়োইদবনি রাস রমণ ক্রিয়ানি ॥

(৫) রজনি মুখনি শরৎকী ইপোম নাইনা থোইনা ফজরবা থাবন ।
থাজ কয়াগা চাংদমনিঙাই ওইত্রবা পূর্ণিমা কয়াগস্মু খেৎনরবা
মঙান ।
উবদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র পুন্নমকী লুচিংবী সখিশিংগী থোইচানবী
শ্রীরাধা,
লোয়ননা সখিশিংগা ফজরবা শরৎকী অনি শুদ্রবা উডুরাজনি ॥

(৬) সেমখিবস্মু কনা নত্তে সেমখিবনি মাতনা ওইহল্লিংবা মওং
থা খুদিং মঙাল্লা তিনবানি পূর্ণিমা খুদিং মমিং মাম্নদবনি ।
ফজহল্লিবনি ঙাল্লিবনি অহিং (রাত্রি) খুদিং মাতনা পূর্ণিমা ।
পূর্ণিমা পূর্ণিমা মপুং ফারবা কোয়না লংলবা য়েংবদা মিৎ ইংঙ ॥

(৭) মমিং লোইনা লৈরিবা পূর্ণিমানি থা খুদিং ঙাল্লা ফজবনি ।
পুন্নমক্তগী হেল্লিবনি শরৎ কাত্তিকতা থোক্লিবা পূর্ণিমা ।
দেশ, কাল, পাত্র য়েংচুনা হোংলকপনি পুথোক্লিবনি ।
ভগবান শ্রীবেদব্যাস দেবনি পুরান কয়া কয়া ইরিবনি ॥

(৮) পুন্নমক ইবুঙো মাগী লীলানি পিশিনবনি রাখল মথং মথং পুখোরকই মতাং চানা চানা বদরিকা শ্রমনি শ্রীব্যাসদেব ভগবান।

তদোড়ুরাজঃ ককুভঃ করৈর্মুখং প্রাচ্যা বিলিমপন্নরুণেন শন্তমৈঃ সচর্ষণীনামুদগা চ্ছুচোমৃজন প্রিয়ঃ প্রিয়ায়া ইবা দীর্ঘদর্শনঃ।।

(৯) মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র শান্নগে নিংলকপা কোংদোকপনি। মতম কুইরবগী মতুংদা লাক্লিবা চানবগী মফমদা তৌবগুম। শিনথুংনা নোংপোক মায়কৈ তাংতাবা অরুণ কিরোনগা লোয়ননা।

সুংথিনগী শরৎ কানগী মৈশানি মৈশা কোকহনলগে হায়রছুনা।।

(১০) থোক্লক্লে উড়ুরাজ (থানা) হাংলবা আকাশ নোংপোক মায়কৈদা। উরুরাজনি অহিংগী মপু আকাশপতি থরানমিচাকী মবুংঙোনি ফজনা মপুং ফারবা মঙাল্লি পূর্ণিমা কয়াদগী হেম্ব মঙাম্না তিল্বখি উবদা শ্রীকৃষ্ণ-চন্দ্রনা সেমথিবনি মশানা মশাবু মুঙাইবা পীবনি।।

(১১) অসুম্না শ্রীভগবান্না অনিংবা মতম্নি থাবু উড়ুরাজ হায়না থোম্ব ন। মতম চানা মতাং চানা পুখোরকই উড়ুরাজনি শরৎকী মপুং ফাবনি।

কয়ামুক ফজবা চাংদম্নিঙাই লৈতবনি করম্না করম্বা পূর্ণিমা লৈ কয়া শাংলি মল্লিকা-মালতি ভৌনা ফজবনি মুংশিবা মনম্না তিম্বনি।

(১২) মতাং চানা লাকই ফজবদা, ইংবদা, লেম্বদা য়েংবদা নুংশিবা শকহেনবা ।
মমিংনা মমিং চৎলি শকহেম্বা মচু কয়ানম্ম লৈতেং ওইরিবা ।
অঙাংবা, অশংবা, অমুবা শাৎনিংবদা শাৎপা লৈ মথন ভনা ভিনবা ঋতু
অঙাংদগী যুবক যুবতী উ অহুন মী অহন থাইদে অঙকপা ঋতুনি ।।

(১৩) উনা মরুকোক্না মনা য়াওব্রবা রানা কংবশুম মনা কেনপ্রবা ।
মীওইবা কয়াগী পুক্লিংদা অনৌ অনৌবা রাথন নহা-অহন থায়দে ।
ইনৌভা নৌবা ময়োন অনৌবা অঙাংবা অশংবা অমুবা ময়োম্নি অহুন ওইরবা মীওই কয়াম্ম হোংহনলি অনৌবা রাখল "ঋতু-রাজ বসন্ত"

(১৪) অমুক হায়নিংঙাই লৈতমথৈ ফজরবা লংলবা নুংশিরবা অহিংনি খংহৌদে নামিবা মলয়া লোইননা চংলকই থোগন নংনবা মবুঙো ।
থেক্না হুম্না হায়না মচু কয়ানি লোয়নননা নিংথৌনি "ঋতুরাজ বসন্ত ।।
থৌগল্লরে নংনবা মতম চানা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র সেবা য়াওনিংলহুনা

(১৫) ফজৈ ফজৈ কদাইদা কনানা করি হায়না চাংদম্নগনি লৈতে চাংদমকম ।

দেশ ফম্নি শ্রীমধ্যবৃন্দাবন কোইশিন্নিবনি যমুনানা থেক্লা খোইনা।

কাল মতম্নি কার্ত্তিক শরৎ পূর্ণিমা ৬ৌনা লংনা ফজরবা অহিং

পাত্র নায়িকানি যুবক যুবতী রসময় শ্রীকৃষ্ণ মপুং ফারবা রাস লীলানি ।।

থরথর — নিংথম্বনা নিকপা, কম্পান্বিত, কম্পিত অসি হায়নৈ।

থালা — কোরি পিথ্রাই, য়োং, অসিনা শাবা পুথম ভোজন পাত্র।

থৈথৈ — থৈথৈ হায়বা শব্দ অসি পুংগী পুংখোম্নি।

"থ"গী বিচার অসিন্নাইদা লোইবনা মথা অমুক তাররোই ।।

"দ" ব্যঞ্জনময়েক ১৮শুবা

দশোপচার, দশমি, দশমাস, দশাবতার, দশগ্রীব, দশানন, দশমুখ দর্শন, দশবিধ, দশমাস, দময়ন্তি, দমন, দন্ত, দক্ষিনা, দক্ষিণ-দিগ. দক্ষিণামুখ, দত্তাত্রেয়, দণ্ডি, দণ্ড, দংশন,

দক্ষিনে ললিতা, আগে কুণ্ডলতা, বামে বিশাখিক মধ্যে চলে শ্রীরাধিকা মণ্ড মণ্ড গমিণী— দময়ন্তি পন্বয়াবা সতিনি সতি অথোইবিনি।

দই — সঙ্গোম অনৌবদগী পরিনাম তৌহুনা পুথোকপা মমিং দাইস্থু হায়নৈ।

দংষ্ট্রা — ময়া শাংবা চৌবা বর দাত ময়া চাওবা-শাংনা হৌবা ময়ানি।

দণ্ডকা— মী লৈবা মফম—দণ্ড কারণ্যবননিস্থু হায়নবনি শ্রীরামচন্দ্র মফম অসিদা লৈখি।

দণ্ডদাতা — লৈপাক ঙাকপা শাসন তৌরিবা নিংথৌ অমসুং বিচারক বিচার তৌবমি।

দণ্ডকারী — নিংথৌনি যমরাজনি, দণ্ড পাইবনি।

দণ্ডনায়ক — সেনানী, লাম্মীনি মকোকথোংবা মীনি, সেনাপতিনি, মাঘকৈ মরিমকপুবা মপুনি, দণ্ড পীবা ঙম্বা অধ্যক্ষনি।

দণ্ডবৎ — দণ্ডতুল্য চৈ অমা তাবগুম, হায়বদি মপুগী চৈরাক ফংলবা মী অমগী মতৌগুম লৈমায়দা তাদুনা খুরুম্বা নমস্কারনি।

দণ্ডভূৎ — দণ্ডধারী দণ্ড পায়বা, করম্বা দণ্ড চফুসাবা মীনা চফুবু ময়েক থোক্লবা অমসুং চফু মওং তানা য়ৈনবা দণ্ডনি চৈনি। মতাং অসিদা পনবা য়াই, অঙাং রারকপা মহৈ তম্বীবা।

দণ্ডাদণ্ডি — চৈ অমমম মখুত্তা পায়দুনা মহৈ মহৈ ফুনবা লান তৌবা

দণ্ডাশ্রমী — সংসারত্যাগী মায়াগী সংসার থাদোক্লবা সন্যাসী ত্যাগী।

দত্তি — দান, বিতরন হায়বদি পিথোকপ্রবা ঐগী অমুক ওইর-রোইদবা, স্বার্থ পরিত্যাগ ঐগী ওইরম্বদগী মীগী মখুত্তা হাপত্রে পিথোকপ্রবা পোংনি।

দধি — শঙ্গোম অফম্বা হায়বসি অনৌবা শঙ্গোমদগী পরিনাম তৌবনি দহি-দই।

দধিজ — শঙ্গোম অফম্বদগী পোকখিবা নবনীত নণী মাখোম্নি।

দধীচি — মুনি পুম্নমক্কগী অথোইবনি, অথোইবা মুনিনি।

দধীচ্যস্থি— দেববাজ স্বরায়েম্না বৃত্রাস্থর হাংখিবসি, দধীচি মুখিগী সরুনা শাবা খুলাই বজ্রনা হাংখিবনি। শরুগী মমিং হিরক ছীরা বজ্রনি।

দধিচি মুনিগী ৱারি খরদং—

বৃহস্পতিনা দেবরাজগী পুরোহিত ওইখিদ্রবদা, বিশ্বরূপনা পুরোহিত ওইখি। বিশ্বরূপনা ইন্দ্রগী মফমদা বেদগী ওইবা মন্ত্র কয়া অমস্থং নারায়ন কবচ তম্বিখি। অসিনা মরম ওইদুনা বিশ্বরূপ দেবরাজনা য়াম্না লুনা তৌখি, তৌইগুম্বস্থং বিশ্বরূর মহাক্কী ৱাখলন্দি দেবতাদগী ওইদবনি দেবাস্থর অনিগী মিচংদা লৈবা মীনি। মরম অসিনা ইন্দ্রগী যাগদা দেবতাশিংগী মমিং হায়দুনা লাওনা মখোন থোক্লা আহুতি পী অমস্থং অরোনবদা অমুক অস্থরশিংগী আহুতি তৌই। মওং অসি উরকপদা দেবরাজ ইন্দ্রনা বিশ্বরূপ পুরোহিত মচক কক্তুনা হাংখি। অসিগী মরমদা ময়াম্বা হাংখিবগী লমন শিঙ্গনি হায়দুনা ইন্দ্রগী মথক্তা লমন খুমগে হায়না মনাও বৃত্রাস্থরনা ইন্দ্রগী মথক্তা লান তৌরকখি। মতম অসিদা ইন্দ্রনা পুরুষোত্তম শ্রীভগবান্দা চংজদুনা হায়জরুবদা, ভগবান্না হায়রকই, দেবরাজ! নৈমিষারন্যদা দধিচি মুনি লৈবনি মহাক্কী মফমদা চংলগা ভিক্ষা অমা লৌরুগদবনি।

ভিক্ষাদি মুনিগী মফমদা নিগদবদি মহাক মশাগী শরু অদু পীয়ু হায়গদবনি, মহাক্কী শরু অদুনা বজ্র শারগা খুংলাই অদুতনা বৃত্রাস্থর

জয় তৌবা গুমগনি। অদু নত্রবদি মহাকপু মাইথিবা পীবা ওয়োই। ভগবানগী য়া অসি তারগা ইন্দ্রনা নৈমিষারন্য চত্তুনা দধিচিগী মফমদা ভিক্ষা অসি তৌদুনা দাধিচিগী শরু লৌরগা বিশ্বকর্ম্মদা পিরগা বজ্র অসি হায়বদি খুৎলাই শারগা অসিনা মরম ওইদুনা ইন্দ্রনা বৃত্রা-সুরবু মায়থিবা পিদুনা ইন্দ্রনা অমূক স্বর্গ্যগী রাজ্য ভোগ তৌদুনা দেবতা পুম্নমক্কী লুচিংদুনা পানখি।

দম — লাকশিনবা শাস্তি, দণ্ড, শাসন ঈন্দ্রিয়নিগ্রহ ইন্দ্রিয়া লাকশিনবা হায়বনি।

দমঘোষ — চন্দ্রবংশগী অথোইবা নিংথৌবু হায়বনি অমসুং মচা ওইবা শিশুপানসুনি।

দমনকার্ত্তা — লৈবাক্কী শাসনগী চুপ্লি পায়রিবা অমদি দণ্ডিসু পীববু খংনৈ।

দমকল — ঈশিং লৌখৎনবা, চিংখৎনবা যন্ত্র মখল অমনি।

দম্ভ — অহঙ্কার ঐ হায়না নাপন তৌবা মী দম্ভ কপট মমিংনি।

দয়া — অতোপ্পা মীগী অরাবদু উরগা খংলগা অরাবা অদু মাংহননবা উপাই তৌবা, থৌজানবিবা, নুংশিবীবা অসি দয়ানি।

দয়িত — হে নুংশিবা চান্নবা! হে মপু ওইবা নংবু ঐগী চান্নবনি। কৃষ্ণবুসু দয়িত।

দয়িতা — হায়বা রাহৈ অসিদি ইথা পোনবী ভার্য্যানি, প্রিয়ানি।

দর্ভ — কুশা-কাশ, তৃণ মখোয় অসি দর্ভ হায়রগা খংই।

দর্শণীয় — হেক উবদা পুক্লিং হুবা য়েংনিংবা, য়েংবদা মতিক চাবা কান্নগদবা য়েংউবদা পুক্লিং হবাওবা মুংশিবা পেন্দবা অতু দর্শণীয়নি।

দশানন — স্বর্ণ লঙ্কাগী অধিপতি রাজেশ্বর রাবন্নি।

দশরথ — ইখ্বাকু কুল বংশদা পোকপা অথোইবা সূর্য্যবংশগী রাজ পুত্র শ্রীরামচন্দ্রগী পিতা দশরথনি।

দশহরা — কালেন থাগী শুক্লা দশমী অসি দশহরা কৌই। মুমিং অসি শ্রীজগনাথ ক্ষেত্রদা আচৌবা লাইগী ওইবা কুম্মৈ অমনি।

দশাবতার— শ্রীভগবান বিষ্ণুনা যুগ মরি হায়বদি সত্য-ত্রেতা, দ্বাপুর কলি মরি অসিদা অবতার তৌবসি তরানি অসিবু দশাবতার কৌই।

দক্ষিণাগ্নি— করিগুম্বা মখলগী যজ্ঞ তৌই, মতম অয়াম্বদা যজ্ঞগী মৈ অসি দক্ষিণাবর্ত্ত ওইনা মৈ চাকই, করিগুদমু ওইদবা য়াওরিবনি শ্রীকৃষ্ণ জন্মগী মৈদি দক্ষিণাপর্ত্ত ওইতুনতা চাকই হায়রি।

দক্ষিণা — দক্ষিণা তৌবদা মতিক চাবা ব্রহ্মানবু দক্ষিণাবু হায়বনি।

"দ" ব্যঞ্জন বর্ন অসিগী খোন্থোক—শব্দ—বাক্য অঙকপনি মপান নাইদে ; ইবা ঙমদতুনা তোকপদনি, ইবা তারবদি মপান নাইদে হায়রি—অঙকপনি দ অসিদি দমাধম।

## "ধ" ব্যঞ্জনময়েক তরামাপন শুবা।

ধন, ধনপতি, ধনবান, ধান, ধনঞ্জয়, ধনেশ্বর, ধবলগিরি, ধন্যবাদ ধনি, ধর্ম্ম, ধনবান, ধরনি, ধজ্ব, ধর্মরাজ

ধন — লন সমপত্তি লৌ ইংখোন-মনি-মুক্তা-ফৌগৈ-শিংগৈ হাইরিবা পুন্নমক অসি সমপত্তি লন ওাক্তনি। সনা-লুপা ২নি অসিস্নু লননি সমপত্তিনি পুন্নমক লননি, অনিগী মন্নুংদা হাইনিংবা অমদি অসিনি লন পুন্নমকসিগী মন্নুংদা মগুন লৈরবা কয়াসিগী মনুংদা পৈশা রুপা হাইবসিনা হেল্লি হায়নিংই। মরমদি পৈশাপিরবদি পুন্নমক অসি লোইনা ফংই। মনিস্নু-সনাস্নু রত্নস্নু লোইনমক পৈশানা ফংই ; মরম অসিনা পৈশাগী মগুন অসি সনানস্নু হিরানস্নু রত্নস্নু হেল্লি মগুনদি। অদুবু ঙকলিবদি পৈশা-সিনা য়াম্ন লৈরবদি পুন্নমক লোয়না ফংলিবা অসি অঙকপনি যথা—

ধনবান বলবাঁল্লোকে সর্ব্ব: সর্ব্বত্র সর্ব্বদা।
প্রভুত্বং ধনমূলং হি রাজ্ঞা মপ্যুপজায়তে।
ধনেন বলবাঁ লোকে ধনা দ্ভবতি পণ্ডিত:।
পশ্যৈনং মুষিকং পাপং স্বজাতি সমতাং গতম॥

জগৎ সংসার অসিদা মীপুন্নমক অসি পৈশাতনা পাঙ্গল ওইরিবনি মশক ফজরিবনি, মীনা চালিবনি। নিংথৌ অচৌ-অশাং কয়া অমদি লৈবাকী শক নাইবা ভারতকী সুপ্রিমজর্জ,

রাষ্ট্রপতি, প্রাইমিনিষ্টর পৈশাতনা প্রভুওইবনি। মরম অসিনা জগৎ অসিদা পৈশা হায়বা লন অসিত্তনা পাঙ্গলনি জীবননি-থৌনাফরিবনি মশক ফজরিবনি। নত্রবদি হায়বদি পৈশা লন অসি বু লৈত্রবদি মীওইদে-পণ্ডিত ওইদে-নিংথৌ ওইদ্রে, লম লৈত্র-বদি কদায়দগী লুচিংবা ওইব ফঙ্গদগে? পৈশাতনা প্রভুওইরিবনি। পৈশা লৈতবনা উচিনা মীগী মপোৎ কয়া( ১ )মাংহল্লি, কোৎ চংদ্রনা ক্লৌ কন্না রাই ওইহললি উপুদা চংতুনা মমঙ্গ য়াম্লবা পোৎ কয়া মাংহলি অসিনি লন হায়বা পৈশাতনা মতাং অসিদা, বিদ্যা অথোইবা লননি বিদ্যাগী মন্নুংদা শাস্ত্রবিদ্যান পুম্নমক্কগী অমুক হেল্লিবনি।

প্রমানং বিদ্যাদদাত্তি বিনয়ং বিনয়াৎ যাতি পাত্রতাম।
পাত্রত্বাদ্ধন মাপোতি ধনাদ্ধর্ম্মং ততঃ সুদ্ধম ॥ মরম অসিনা মতিক চারবদি অমুক পৈশাদি মশানা লাকচবনি। মহৈহু হৈত্রবদি পৈশা অমুক লাকওই।

ধন — জীবগী উপাই ধন লননি, বৈভব সম্পত্তি অমস্তুং স্থাবর জঙ্গম অসি জিংগী সম্পাতিনি।

ধনবান — মরন য়াম্ন লৈবা, মরায়বকফবা, থোইদোক হেন্দোক্ন মরন লৈব মী ধনবাননি।

ধনাধিপতি — লনগী ঈশ্বর মপু ধনপতি কুবেরনি।

ধন মদ — লন থর লৈরগা ঐনি হায়চুনা নাপন তোরিবা মী ধনমদ কৌই।

ধনিক — মরন মথুম মতিচান লৈজবা সাধু ওইবা পুকচেন চাওবা মী ধনিকনি।

ধবলমৃত্তিকা — ঙৌয়োক-ঙৌবা খরি মাটি চোক হায়বসিনি স্কুলগী ওয়ান ছাত্রা পাওতাকপিবদা বোর্ডতা অঙৌবনা ইতুনা তাকলিবা চোক খরি মাতি।

ধমন — থাংজয়োং শুব মিস্ত্রিনা শিজিন্নরি "ভস্ত্রাধ্মাপক" মুংশিং চিংসিল্লগা থাদোক্তুনা মৈ কায়বা যন্ত্র ১মনি।

ধরনিপতি — লৈপাক ঙাকপা শাসন কার্ত্তা মহীপাল রাজা হায়বনি

ধরনিসুতা — জনক নন্দিগী সীতা-জানকী হাইব অসি ধরনিসুতানি

ধরাত্মজ — মঙ্গল গ্রহ অসি ধারাত্মজ হায়রগন্সু খংনৈ।

ধর্ম্ম — অফবা থবকতৌবা, পূন্যচেনবা-বেদগীরানা থবকতৌবা, অফবা থবক তৌবা, লমচৎ ফজবা জাতি-ব্যবহার খংবা অমসুং যমরাজবু ধর্ম্মনি খংনগনি।

ধর্ম্মচারিনী — পতিব্রতা ওইবী ধর্ম্মনা মাং থাবী-লমচৎ ফজবী-ভার্য্যা-জায়ানি।

ধর্ম্ম চিন্তা — পূন্যগী রাখল খল্লিবী পুকচেন ফজবী অফবা রাখল্ল মাং থাবী ভর্য্যানি অমসুং অতুগুম্না মীনা মতমচুপ্পদা থবক তৌবদা মশাগী মচা মশুগী থবক্তা অমদি লাইগী সেবা তৌবদা অকায়বা লৈরোই মঙ্গল থোইনা ওইগনি।

ধর্ম্ম ধজী — মশাগী ওইবা ধর্ম্মনা ফিরান ওইরিবা, হিংননবগী লানফমদা জটানচিংবা বেশনা মশাগী ওইজবা সন্যাসিনি।

ধর্ম্মবান — থোইদোক হেন্দোকপা ধর্ম্মচেৎপা, পুন্যচেনব, অকব লমচৎনা মশাগী ওইবমী।

ধর্ম্ম শালা — উপবাসতৌফম লাইনিংফম, দান গৃহ অমসুং অতিথিশিংগী লৈফম থোইদোক ধর্ম্মচেনব মশাগী ওইজবা থাদোকপা মীগী লৈফমনি।

ধর্ম্ম শাস্ত্র — মনুনচিংবন লেংখ্রবা স্মৃতিশাস্ত্র-ব্যবস্থা চৎনগদবা রা হাইবা মাওইবগী লমচৎ সদাচারনি ব্যবস্থানি।

ধর্ম্মাধিকরন — নিংথৌগী বিচার লোইশং বিচার তৌফমশং ধর্ম্মালয় কোর্ট লোইশংনি।

ব্যঞ্জনময়েক তরামাপম শুবা "ধ" গী-বিচার অমসুং শব্দ-বাক্য খোন্থোক রাহে খরসিদং ইজরে। লোই নমক ইবদি পাংদব খংদবনা মথা তাব তৌররোই।

"ন" ব্যঞ্জনময়েক ২০ শুবা

নয়ন-নন্দ-নন্দন-নন্দলাল-নন্দালয়-নন্দিগী-নন্দরানী-নন্দকিশোর নহাক্কী-নখোয়গী-নখোয়বু-নখোয়না-নমা-নপা-নপুবোক-নবেমবোক নবেনথৌ, নশেন, নবাই, নমান্নবা, নমান্নবী, নহাক, নখোয়, নচে নচন, নন্দোন, নবুং, নপরা, নখুরা, নন্দোন, নমাই, নখুং, নখোং নকোক, নমিৎ, ননা, নচা, নশু, নচিন, ননাওশিংতনা নখোয়গী নখোয় ময়াম অসিতনা, নখোয়গী পরিরায় ঙাক্তনা নখোইগী নথুন; অসি পিক থল্লে, অতোপ্পা অমসু য়াওখিদরে, নখোয়গী নখোয়ঙাক্তনা পিক থল্লবা দেশনি লমনিঅসিদি।

ন — নদেবমিতি সঞ্চিন্ত্য ত্যজেত্তোগবাশ্রম:।

অনুদ্যোগেন তৈলানি তিলেভ্যো নাপ্নুমর্হতি ॥

নর : মীওইবা হায়বসিনা লাইনতম্বনি হায়তুনা নোমদনা তোকপা য়াদে লাইনতম্বনি, ইনান য়াংপস্নু সঙ্গোম মপান চাই হাইনা লৈথোকপা য়াদে। তুমতুনা লৈরিবা নোংশাগী মরাদা শজিনা থক চংলক্তে। অতুগুম্ব থাও মতিকচানা য়াওরিবা থোই-দিং মরু মাবু করিগুম্বা, উপাইনা চপথাইদ্রবদি, থাও ফংলোই মরম অসিনা নোমদব শুকয়া য়াদে ওমলিবা মথৈদি নোম্বতাবনি।

ন — নমাতরি নদারেষু সোদর্য্যে ন চাত্মজে।

বিশ্বাসস্তাদৃশ : পুং যাং যাদৃঙ্মিত্র স্বভাবজে ॥

মীওইব হায়বসি ওন্থোকপনি থাজরিবনি হাইতুনা লুনা চানবা মরুপ মপাংদা থাজবা বিশ্বাস তোই। মতৌ অতুগুম্বা মমাদা, মুপিদা, পোকমিন্নবদা হেকপোকপা মচা অতুদদি থাজবা অতু থমদে। মরুপ অসিদি করিগুম্বদা বিশ্বাস ঘাটকানি। মী-ওইবা হায়বসি অওকপনি থাজগদবদা থাজদে, থাজরোইদবা মফমদা থাজবা থমই।

ন — নগৃহ্যাং তুলসী মালাং ধাত্রী মালাং বিশেষত :

মহাপাতক সংহন্ত্রিং ধর্ম্ম কামার্থ দায়িনীম ॥

স্কন্দপুরাণ হাইরি :— কনাগুম্বা মী অতুনা মশানা থংনা নত্রগা থংহৌদনা লাকপা পাপ মাংহন্বিবা ওমলিবা মগুন লৈরবা তুলসী মালা অমসুং চতুর্ব্বর্গ, ধর্ম্ম অর্থ, কাম, মোক্ষ, পিব, ওমলিবা তুলসী মালা, ধাত্রী মালা করিগুম্বা কান্দ থক, থাদোকলোইদবনি।

নক্ত — রাত্রি-নিশা-রজনী-যামিনী-পুন্নমক অসি অহিং খংবা শব্দনি।

নক্তব্রত — অয়ুকতা চরাহেলগা মুমিদাংদা চাবা অসি নক্তব্রতনি।

নক্র — কুম্ভীর-কুমীর-ঝানকাঠ মখোই অসি জলজন্তুনি।

নখায়ুধ — থৌরবা খুজিন শা-নোংশা-কৈ মখোইসি খুজিন্না খুৎ-লাইনি।

নগাধিপ — অথোইবাচিং অৱাংবা খ্বাইগী ৱাংবা হিমালয়নি।

নগ্ন — ফি সেৎত্তবা বিবস্ত্র-দিগম্বর-মাইকৈনা ফিজেৎ ওইবা মন্যাসি।

নটন — নৃত্য-নর্তন নাচকর-জগোইনা জিবীকা ওইবামি।

নটেশ্বর — শিব মহাদেবা উমাপতি-কৈলাশপতি জগোইগী মপুনি।

নটাঙ্গী — মরুলুকপি-ইকাইথিবী মখোন ফজবী নটাঙ্গীনি।

নদীকূল — তুরেনগী নৈরাই নাক-ম্মেৎ ২বু নদীকূলনি।

নন্দ — বিষ্ণু শ্রীকৃষ্ণগী পিতা মচাবু ঙাকসেলিবা, মতুনা মুঙাইবা-পোকপা হরাওরিবা ইন্দ্রগী উপবননি।

নন্দিনী — কন্যা-পুত্রী-উমা-গঙ্গা ধেনু-রেনুকা মখোইসি মমিংনি।

নব — হৌজিক মশিং থিবদা ৯শুবা মশিংনি।

নবগ্রহ — সুর্য্যনচিংবা গ্রহমাপনবু নবগ্রহ কৌরিবনি।

নবাত্তি — ১দগী মশিং থিরকপদা মরিফুতরা (৯০) নববইস্মু কৌরি-বনি।

নববধূ — নৌনা লুহোংলকপদা ঙাইরিবী, অতোপা শাগৈ ১মদগী শাগৈ ১মদা নৌনা খোংদারকলিবী মুপিবু নববধূনি।

নবরাত্র — ইডা থাগী শুক্লা প্রতিপদ্দগীনবমীনা লোম্বা অহিং ৯ অসি ব্রত তৌবদা কানগদবা অথোইবা ব্রত ১মনি শ্রীভগবাম্না পেনবি।

নরকস্থা — নরক্তা লৈবা বৈতরনীনদি, ফত্তবা মীনা লৈবা মফম।

নরকজিৎ — নরকপু ভম্বা নরকপু জয় তৌবদি, বিষ্ণু-নারান-শ্রীকৃষ্ণনি।

নরমেধ — যজ্ঞ অথোইবনি, যজ্ঞ অতুদা মীদু হাংলগা আহুতি পিবনি।

নরলোক — মর্ত্ত্য লোক ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসিনি।

নরসিংহ — অবতারগী অহৌবা অথোইবনি নরসিংহ-বিষ্ণু-নর-শ্রেষ্ঠনি।

নর্ত্তন — নৃত্য—নাচ— জগোইনি অঙ্গভঙ্গি হকচাং থেকপা খোইবনি।

নষ্টচন্দ্র — থরান থাগী পক্ষ ২ মক মরিনি পানবা-মরিনি কোনবা নষ্টচন্দ্রনি।

নক্ষযেশ — নক্ষত্রশিংগী মপু নিশাকর আকাশবন্ধু চন্দ্রথানি। মতাং অসিদা ২০শুবা ব্যঞ্জনময়েকি হায়নিংবা খরঅসি থমজরিবসিনি মথাদি অনস্তনি।

## "প" ব্যঞ্জন ময়েক ২১ শুবা

পঞ্চমী-পঞ্চতত্ব-পঞ্চবিংশত্তি-পঞ্চবিধ-পঞ্চপলব-পঞ্চামৃত-পঞ্চবন পঞ্চাঙ্গুলী, পঞ্চপত্র পঞ্চপাত্র; পঞ্চবট, পঞ্চপ্রান, পদ্মনাভ পদ্মানেত্র, পঙ্কজ, পদ্মজ, পঞ্চমুখ, পঞ্চাঙ্গ্রি, পঞ্চকষায় পদ্মাসন, পঞ্চশুধি পঞ্চশস্য, পঞ্চোপচার, পঞ্চবিধমুক্তি, পঞ্চপ্রকার, পঞ্চভাব, পঞ্চযজ্ঞ পঞ্চবর্ন, পঞ্চবাদ্য, পঞ্চপর্ব্ব, পঞ্চগব্য, পঞ্চরসিক, পঞ্চ, পঞ্চদশ, পণ্ডিত, পক্ষি, পঞ্জিকা, পক্ষ (কৃষ্ণ, শুক্লা), পঞ্চপাত্র, পঞ্জাবী, পঞ্চাস পঞ্চপাণ্ডব, পঞ্চজন্ম (সঙ্গোম অনৌবা, সঙ্গোম অফম্বা, সঙ্গোমপান-ধি ঘিথি) পঞ্চমস্বর পঞ্চপঞ্চ, পঞ্চবিংশতি, পঞ্চত্রিংশত পঞ্চমুদ্রা, পশু, পক্ষি, পতঙ্গপঞ্চবতি।

"প" গী কাংলুপ খরা অসি পুথোক্লবা মতুংদা "প" গী শব্দ বাক্যকয়া মখাদা মথং (২) পুথোকচরগনি। পগী মতান

মথা — পদ্মনাভপ্রিয়াংদেবীং পদ্মাক্ষীং পদ্মবাসিনীম।
পদ্মবক্ত্রাং পদ্মহস্তাংবন্দে পদ্মামহন্নিমি॥

হরি শ্রীকৃষ্ণ পদ্মনাভগী চানবী মিংসনা থম্বান মানবী থম্বান্ন ফমফম ওইরিবী মাইথোং থম্বান মানবী, খুত্তা থম্বান লৈতেং ওইরিবী দেবীবু অহিং নুংথিন মতম পুম্নমক্তা অকাওবলৈতনা খুরুমজরি।

অতোপ্পা — পরোক্ষে কার্য্যহন্তারং প্রত্যক্ষেপ্রিয়বাদিনম।
বর্জ্জয়েত্তাদৃশং মিত্রং বিষবুম্ভং পয়োমুখম॥

কনাগুম্বা মীওই অমনা তৌরম্বা থবক অহুবু উরগা অমসুং তারগা মীহুগী মতুংদা থিনা চৈবা তৌরমলিবা থবক অহু শিং-থাবিদবা অহুগী মী অহু উরগনা মমাংদা পংথ থাগৎপা, মী অহুবু হুরাওনবনি হায়হুনা ফজবা রাঙাং কয়ানা তাবদা মুঙাইহলিবা অহুগুম্বা মীগা শঙ্গ তৌব মরুপ ওইরুবসি "হু" চফুদা মথক্তা সঙ্গোম হৈজিলগা থমোই শেংলিবনি হায়হুনা পিবহুগুম্বনি, মপূক-শেংদবা মীনি, মহাকপু মতুংদা থক থাজরোইদবনি ॥

পক্কান্ন — থোংলবা মুলবা চেং ঘি সঙ্গোম্নচিংবনা মুলহুলবা থুন্নবা পোৎনি।

পঙ্কজ — পদ্ম-কমল, থম্বাননি মথোয় অসি ঈশিংনা জিবীকানি।

পঙক্তি — জাতি মশেন তোঙান (১) হারবদি চিংমী-তম্মী, মুসলিম বেঙ্গলী আসামী, হিন্দু, অমসুম তোঙান (২) বা সিবু থংনগনি।

পচ — হায়বসি চাকথোংলিবা' চেং অহুবু মুন্নবা মৈ থাবা ঈশিং হৈজিনবা পোৎ অহু মুনবা থবক তৌরিবা মী অহুবু থংনগনি

পঞ্চকষায় — জাম, ক্যামলৈ, বট' বকুল, ১মসুং বরোই ৫ অসিনি

পঞ্চগব্য — শংগোম, অফম্বা, অনৌবা, শম্থি, শনয়ুং, ১মসুং ঘি অসিবুনি।

পঞ্চতত্ব — পঞ্চভুত, লৈপাক, ঈশিং, মঙান, নুংশিৎ, অহাংবা, হায়রিবা পোৎলম ৫ অসি পঞ্চতত্বনি।

পঞ্চদশী — পানখৎ লকপা অমসুং শিথরপগা পক্ষহগী আমাবস্যা পূর্ণিমা "২নি অসিবু খংনগনি।

পঞ্চনদ — তুরেন মঙা লৈবা দেশ অথোইবা পঞ্জাবনি।

পঞ্চনিরাজন — লাইগী ঈশ্বরগী নিরাজন তৌবনি মঙাশুগনি প্রতিদিন মুমিৎ খুদিং মাহুদি বত্তি, শঙ্খ, ধুতবস্ত্র (চিনৈদফি) লৈগী অমসুং প্রনাম ৫ নি।

পঞ্চপাণ্ডব — পাভুনিংথৌগী মচা ৫; যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জ্জুন, নকুল অমসুং সহদেবনি।

পঞ্চপাত্র — পঞ্চপাত্র হায়বসি শ্রার্দ্ধনি শ্রাদ্ধ মথল ১মনি, মাহুদি কনাগুম্বনা শিবমতংদা অমাস্যা অমসুং তর্পন মমুংদা শিরবদি পিতৃপক্ষদা হায়বদি তর্পনমমুংদা হায়রিবা পঞ্চপাত্র শ্রাদ্ধ অসি শোনগনি মঙ্গল ওইবনি!

পঞ্চপ্রান — মীওইবগী থরাই মঙা হায়বনি, প্রান, অপান, উদান, সমানব্যন ৫ অসি পঞ্চপ্রাননি।

পঞ্চভুত — মীওইবগী হকচাং অসি পঞ্চভুত হাহরিবা অসিনা শাবনি মমিংশিং পৃথিবি, ঈশিং, মঙান, নুংশিৎ অকাশ, ৫ অসিনা মী শেমলিবনি।

পঞ্চযজ্ঞ — মীওইবনা হায়বদি গৃহস্থদা লৈরিবা মীশিংনা সোইদনা তৌগদবা যজ্ঞ ৫ নি। ঋষিযজ্ঞ, দেবযজ্ঞ, ভুতযজ্ঞ পিতৃযজ্ঞ, নৃযজ্ঞ অসিনি।

পঞ্চযজ্ঞ — ব্রহ্মযজ্ঞ —

দেবযজ্ঞ —

পিতৃযজ্ঞ —

ভূতযজ্ঞ —

অধাকমি ( অধ্যাপক : ) ব্রহ্মযজ্ঞ : পিতৃযজ্ঞস্তু তর্পনম।
হোমো দৈবো বলিভৌতো ন্ৃযজ্ঞোহ্ তিথিপূজনম।।

১। অধ্যয়নম। — গুরু আচর্য্যন শিষ্যশিংগী মফমদা বেদ তম্বি তাকপি, শিষ্য অহুনা গুরুগী মফমদগী বেদ অমস্তুং মন্ত্র ফংলিবনি। খুদম ওইনা উপনয়নকান্দ আচর্য্য গুরু অহুনা ব্রহ্মচারি শিষ্য অহুগীদমক বেদতম্বিরি তাকপিরি মসিমক য়াম্নমরু ওইগ্রবনি। খুদম অমা ওইনা হাইরবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা শন্দিপ্য মুনিদা বেদতমখি, মুনিনা "সকৃত প্রোক্তং সর্ব্বং ভত্তাতম" মসি মক অচৌবা অধ্যয়ন যজ্ঞনি। যজ্ঞ য়াহৈ অসি মৈদা কৎপা ভাক্তনা যজ্ঞ নত্তে, চাবস্সু যজ্ঞনি. কৎপস্সু যজ্ঞনি, তম্বস্সু যজ্ঞ ভাক্তনি।

২। বন্মযজ্ঞ :। — ঋষি মুনিশিংনা অয়াম্বদেবতাশিংনা পেম্বিনবগীদমক যাগ-যজ্ঞ কয়াতৌরিবনি। খুদম ওইনা হাইরবদা নৈমিযারন্যদা শৌনকচিংবা ঋষিলিশিং ৬০০ তরুক্ত ইন্দ্রনা চিংবাদেবতাশিংনা পেননবগীদমক যাগ যজ্ঞ তৌরিবনি। যজ্ঞ অসিদা

অয়াম্ব দেবতাশিংনা পেনখিদ্রুনা জিবশিংগী কা-
ননবগীদমক মরুমরাং ফৌ-গেহু, যব, চানানচিংবা
মহৌষধিশিং ময়াং কাইনা ফংননবগীদমক মতম
চান নোং ঈশিং পিরি অসিনা মরম ওইদুনা
লৈপাক মমুংদা কুইনা পোখাইবা ডমদনা
লৈরুরবা মরু কয়া পোখাইদুনা ময়োন চোং-
লিবনি। অসিগুম্বা ব্রহ্ম যজ্ঞ অসিনা মরম
ওইনা জীব কয়া ( ২ ) উ রা উরি কয়াহিংলি,
অসিদম্ব নত্তনা মথন কয়াগী জিবনা উপাইওইরি
ব্রহ্ম যজ্ঞ মপুং ফারবা অচৌবযজ্ঞনি।

৩। পিতৃযজ্ঞ :।— তিল তর্পনদি পিতৃশিংনা পোম্বনবগীদমক পিতৃপক্ষদা তিল তর্পন তৌরিবনি। অসিদম্ব নত্তনা করি ( ২ ) গুম্ব মতমদা জাত কর্ম্ম গর্ভাধান বিবাহ, উপনয়ন নচিংবা কর্ম্মদা অভ্যুদয়িক শ্রাদ্ধ বৃদ্ধিশ্রাদ্ধ, নান্দিমুখশ্রাদ্ধ অসিনচিংবা কয়া অসিনা পিতৃশিংবু পেলহলি পিতৃশিংনা পেম্বিরবদি দেবতাশিংনা পেম্বি হাই যথা "পিতাসর্গ পিতা ধর্ম্ম পিতা হি পরমং পত। পিতরি পিতৃমাপন্নে প্রিয়ন্তে সর্ব্ব দেবতা" ॥

৪। ভুত যজ্ঞ :। — করিগুম্ব অমগী উদ্দেশ্যতা, হাইবদি মচাকংনবা অমদি সম্পত্তি কয়ানি সকাসি অদুনা

মহাকী অপায় অমুনা মাং থারগা শ্রীভগবান-
কী মঙ্গমরা অকত্ম রূপমান ইচা কংগে, নিংথৌ
ওইগে, ইন্দ্র ওইগে চহি করা (২) অকবড-
পন্না কৌহিবদি, চানা, থকুনা, তুমদনা
মহাকী অপাম্বতুনা মাং থারগা নিংলি।
অতোপ্পা অমনা গোপরাজ বৃষভানুনা, মতম
কুইনা মচা ফংলক্রবদা হাইবদি ফংবা য়াবা
মতম হেল্লকদৌরবা মতম ফাওবদা মচা
ফংখিদে। মতম অমুদা রাজ, রাণী (২)না
রা অসি তানরকই, মতম অমু রানীনা হাই
অমুওইরবদি স্বামী! ঐনা তাজখি মাহুদি
গঙ্গা মপান্দা "কট্যায়নী" কৌবী দেবী অমা
লৈ তাজখি "দেবী" অমুবু পুক্নিং চংননিংলবদি
জগৎজননী কট্যায়নীনা সোইদনা মচা পি
হাই," রা অসি তাবদা বৃষভানুনা মফম অমুদা
চৎলগা ভগবতী কট্যায়নীগী মফমদগী করিগুম্ব
লুংলবা পোৎ অমা ফংওকখি, পোৎ অমু রানী
কী মক্রমদা সিন্নবদা বৃষভানু নন্দিনী "শ্রীরাধা"
বু মচা ওইনা ফংখি রা অসি লৈ "ভুত্তযজ্ঞ
মক ওইগ্রবা যজ্ঞনি।

ন,যজ্ঞ:। — করিগুম্ব গুমিং নত্রগা নোংমগী ওইনা অত্তথি

সেবা পূজা তৌবদি-য়াম্না কানবিবনি। অদুগুম
সেবা খিজবা পিরক্পা কন্তিবগ অমত্তা পেচ্চ-
দুৰ. অসি নত্রগা মীওইরা কৈথোয়গী চহি অমগী
মম্নংদা পিতৃশিংগী উসব অহুদা নিমন্ত্রন কং-
ভুনা লেংবিরক্লিবা ব্রাহ্মান, বৈষ্ণবশিং অহু
পাদ্যার্ঘনচিংবা তৌহুনা ফুমিং অহুগী পিজবি
পিথক্লিবা, যথা শক্তিদক্ষিনা পিবা অসিনা
চিংবা অসি, অতিথি সেবানি পূজানি। ভগবান
শ্রীকৃষ্ণ মক্না ব্রাহ্মান ওইরগা অতিথি ওইনা
মতিকচাবা নিংথৌনাচিংবগী মফমদা দান কয়া
ক্লৌবি, অমদি করি লৈজদবা লাইরবা ব্রাহ্মান-
গী মফমদসু মীহুগী মবুকচেন য়েংহুনা অতিথি
ওইখিবগী রারি কয়া( ২ )লৈরিবনি "ন যজ্ঞঃ
অচৌবা যজ্ঞনি।

"ঋষিযজ্ঞ দেবযজ্ঞ ভূতযজ্ঞঞ্চ সর্ব্বদা।
ন যজ্ঞ পিতৃযজ্ঞাযথাশক্তি নহাপয়েৎ॥"

মথক্তা পনখ্রবা হাইখ্রবা যজ্ঞ মথলশিং অসি
মীওইবনা মতম পুম্নমক্তা য়ারিবমখৈ খকথা
দোক্লোইদবনি জিবগী উপাইনি।

ইতি পঞ্চমহাযজ্ঞাঃ॥

পন্যাবিধী — লৈবা, য়োনবা মফম, মীয়াম তিনবা বজারনি।

পন্যশালা — য়োননবা পোৎ থমফম য়ুম দোকান হাটম্নু কৌই মখিংনি।

পতিপ্রানা — মরা-মপুরোইববু ইথক থোংবা গুরুনি-লাইনি খল্লা সেবা তৌবা মী।

পথ্য — মচি ওইবা পোৎ চাবদা কানগদবা অনাবশিংগী চিঙ্গাকনি।

পদচ্যুত — মতিক মগুন হন্থবা মফম থাদোকপা (দিশকালি-ফাই ওইরবা) হায়বদি মফম তারবা এম-এল এ নি হায়বদা য়াববনি।

পদভ্রষ্ট — পদচ্যুত, মাগী ফমদগী তারবা পদভ্রংশ ফমকাইরব স্থানত্যক্ত মফম অহু পুমথা থাদোকপ্রবা মী মতাং অসিদা পনবা য়াবা লৈপাককী মীয়াম্না মহাক্কি সাসন মতিক চাদ্রে, লৈপাক্কি ইরাং হাংনব-শুনবা কাংবু ওনসিন্নহুনা ইমু নাইমু তানরিবা অসি সরকার অসিনা ডাকপা ওমদে ফম থাদোকউ কয়া হায়রব-ফাওবা ফম কোন্দুনা লৈবা মনিপুরগী মুখ্য মন্ত্রী শ্রীরিশাংকৈশিং হৌজিক্তি পদভ্রষ্ট নমহুনা থাদোকখ্রে।

পদচ্যুত ওসি রাজ্য অসিদা ওইখিবা থোকখিবা কয়া নিংশিংবা য়াই মাহুদি কংগ্রেস আইগী লুচিংবা মনিপুরগী শ্রীরিশাং কৈশিংনা হৌজিক ওইরিবা রাজ্য অসিগী মুখ্য মন্ত্রি ওইনা রাজ্য অসিগী লৈঙাক সাসন পুরমই। মতম মপুং ফানা রাজ্য অসিদা লৈরমদ্রে। মাগী সাসন লৈপাক্কি ওইবা রাথোক-লাম্থোক, মিহাৎ-মিপুন কয়া অসিনা অসুম হেক্তিনলকপদগী মহাকপু ফম থাদোকউ মতিক চাদ্রে কয়ানি লাওনখিবা মহাক্তক্তা এম এল এ কয়াসু দিশ কালিফাইদ ওইখিবা কয়ানি। অসুয়া খায়বুং (১) তৌতুনা লৈরকপনা চহি ২ খরা হেন্দকপদদি, স্পিকরগা মুরুরক্তুনা পদচ্যুত মফম তাখ্রে হৌজিক নিপামচা স্পিকরনা চিফমিনিষ্টর ওইদুনা মমিং ফাওবা হোংখি। "মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেশ" মমিং অসি হোংদোক্তুনা ওসি রাজ্য অসিদা শ্রীনিপামচা সিংহ চিফমিনিষ্টর মণিপুর হায়না ওসি লৈরে। শ্রীরিশাং মফম তারে. মথং করি অমুক ওইরক্কনি, হায়বা ওন্দ্রি, হৌজিক শান্তি ওইরব্রা হায়বদি শান্তিগী রাদি লাইরদুনা হাৎনবা-কাপ্পবা ফাখিনা-ইজৎ মাংহনবা অসিনাচিংবা কয়ানি। ওসিদি ওইরে হয়েং করি ওইগনি; কনা হাৎলে হায়রককনি, কনা কাপখ্রে হায়রককনি খংবগুমদ্রি। ওসিসু রাজ্য অসি ইংলব্রা? হায়বদি ইংদ্রি, কয়া হাৎনরি নোংমা কাংদে। অন্দোলন কয়ানি মৈরাপাইবী ছাত্র-ছাত্রি কয়ানি মা-মাগী উদ্দেশ্যদা তাল্লি দাবি কয়ানি, অঙকপনি দেশ অসিবু করম্বা মতমদা রাজ্য মন্ত্রি পানবগী লৈঙাক সাসন তৌতুনা ইংনা চিক্লা পালককদবা হে ঈশ্বর কোটি প্রার্থনা॥

পদাঘাত — মখোংনা মীঙোন্দা কাওবা পনবা মাই মত্তাং অসিদা মমাংদা হস্তিনাপুরগী রাজসভাদা দুর্য্যোধনগী মতৌ নাইবা যুবরাজ বিদুর বৈষ্ণবনি ১০০ গী ৫ গী মুঙাইন-রোইদবা উবদগী মাহু থোক্কনবা, মচা ওইবা দুর্য্যো-ধন্দা হায়রুরদা চেংনা ঐগী চারগী রানা মীগী রাজাংই হায়রদুনা অখিবা রাহৈ অসিদা নত্তনা পদাঘাত-তৌখি হায়রদুনা বিদুর মহা বৈষ্ণবনা হাস্তিনাপুর থাদোকখিবা পদাঘাতগীনি।

পদাতি — মখোংতনা চৎপা মীবু অমদি কুরুক্ষেত্রগী লাঙ্গাওদা পদাতি খোংমি লানমি হায়রগা খংনরিবনি।

পদ্মযোনি — ব্রহ্মা প্রজাপতি হিরন্যগর্ভ পিতামহ চতুর্মুখ ব্রহ্মাগী মিংঙাক্কনি।

পদ্মা — লক্ষ্মী কমলা, লবঙ্গা, মানসাদেবী, হায়রিবসি লক্ষ্মী মিং ঙাক্কনি,।

পদ্মাসন —যোগিশিংনা যোগ সাধনা তৌরিঙৈদা ফম্বা মওংবু হাইথনি।

পমপা — উরিষ্যাদেশকী মমিং লৈরবা তুরেনগী মমিংনি পমপানদি।

পয়োধি — সাগর, সমুদ্র, বারিধি, পায়োনিধি জলাধর, সমুদ্রগী মিংশিংনি।

পর — অন্য, ইতর, ভিন্ন, দূর, উত্তর, অনাত্মীয়, শত্রু প্রধান, উৎকৃষ্ট শ্রেষ্ঠ, অধিক, পশ্চাৎ, হায়রিবা-শিংসে অতোপ্পা খংনরিবনি।

পরদারগমন — য়ুমগী মুপিবু থাদোক্লগা, অতোপ্পা মুপিবু চুরুবা অসি পরদারগমননি।

পরমহংস — সন্ন্যাসি অথোইবনি, যোগীনি, "পরমহংস" গী মতাং অসিদা য়াকম খরদং পরমহংসগী ব্যুৎপত্তি অথোইরা কাংঙনি। মতাং অসিদা যোগী হায়রুবনা চপচাবদি কাংঙদা সঙ্গোম ঈশিং হৈজিল্লগা পিবদা কাঙনা ঈশিং নত্তবা সঙ্গোমতবু থকই হায়বদি তরু (২) বা ঈশিং থনমই অতুগুম্না সন্ন্যাষিযোগীনা লাইরিক বেদ তাবদা মচং ওইবা কানগদবা য়াতবু থঙংতুনা তাই হায়রি। মরম অসিনা সন্ন্যাষিযোগী মমিং অসি "পরমহংস" হায়রগা খংনরিবনি বেদগী য়াঙাক্তনি।

পরলোকগমন — হায়বা য়াহৈনা থংহললি, মৃত্যু-মরন, নিধন, লোকান্তরগমন নি।

পরশু — কুঠার-কুড়ালি মথোয় অসি শিংজংবু হায়বনি।

পরিব্রাজক — সন্ন্যাসি, মুনি, চতুর্থাশ্রমী, হায়রদি, ব্রহ্মচার্য্যআশ্রম, গৃহস্থাশ্রম বানপ্রস্থাশ্রম, যতিআশ্রম মরি অসিনু চতুর্থাশ্রমী,-যোগীনি।

পরিষদ — সভা-সংসদ, বহুজন মী ময়াম লাকুনা তিন্বা সভানি।
পরোক্ষ — উহৌদবা-মিৎনা শংশংনা উহৌদবা, তশেংবা নত্তবা থংদবা হায়বনি।
পর্নভোজন — তশেং (২) না মনাতবু খলগা চাবা জীব হায়েং।
পর্নশালা — উনা, রানাতনা শাবা মুনিশিংগী লৈফম পর্নশালানি।
পরশুরাম — জমদগ্ন মুনিগী মচা শ্রীভগবানগী অবতার মথল ১মনি "পরশুরাম"
পশুরাজ — নোংশাগী মমিং সিংহ,-মৃগেন্দ্র, কেশর।
পঙ্কজ — চন্দ্র-শশধর, নিশাকর, নক্ষত্রপতি থাগী মমিংনি।
পক্ষিরাজ — গরুড, ময়ুর, খগপতি, মখোই অসি গরুড়গী মিংনি।
"প" গী বিচার মতাং অসিদা লোইশিঞ্জরে

## "ফ" ব্যঞ্জন ময়েক কুর্নানিথোই শুবা

ফরে, ফরেদা, ফরবদি, ফরেনে, ফরসমু, ফত্রে, ফত্রবসু ফরে, ফত্রবসু, ফমললবনি ; ফরবনিনা, ফরেদনা, ফরবসিনি ; ফত্তে ফত্তসমু, ফত্তবনি, ফরে, ফবু, ফমনখ্রে, ফনবা হোৎনবদা, ফন-রারবনি, ফরনি, ফরে-ফরে, মুংডাইরেদা, ফত্তবা থবকসে ফন-তৌনিংলসু ফত্তবথবক্তি ফন অফবসু ওইসনু মতুং খক তৌরোইদবনি। মরম অসিনা হে অঙাংশা! অহল লমন লাইগুরুগী রা খক থওই-দবা তৌগনু, তাকপিরম্বা রাশিং খক অরেম্বদা মাংদবনি। য়েংউ তাও, অহনথিনা চকু অকাইবদা মেনবদি কল্লি চেংলি হায়রিবনি পাওরৌনি থিনবু চকু মেম্বহৌনবরা প্রমান তৌবনি, লাইগুরুগী

রাগ্নি সোইগন্দে কানবা রা য়াম্না ঙাংবনি সোইদনা হেক্তা ওইগনবনি ।

ফনীন্দ্র — লিন পুম্নমকি অথোইবা বাসুকি, অনন্ত,সর্প রাজনি।

ফলদ — উনি মহৈ পিবনি অপাম্বা, অহাওবা, অথুম্বা, মহৈ মীওইবগীদমক পিবনি মাহুদি, থৈবোং, হৈনিং, অসিনচিংবা কয়া (২) নি।

ফলপাকান্ত — ফৌ, গেহু, লফু, চানা, অরহর, মুগ, অসিনা-চিংবা কয়ানি, মহৈ য়ালগা পাম্বি অতুগী মপুন্সি অতুম লোইখ্রবনি ।

ফল্গুণী — নক্ষত্র অথোইবগী মমিং পূর্ব্বফল্গুণী, উত্তরফল্গুণী মমিং নৈবা নক্ষত্রনি।

ফাগু — ফগুৱাদদা সিজিন্নবা ঙাংশং ঙাংবা মকুপ-আবিরনি।

ফাল্গুণ — চহি অমগী থা তরামাথোইশুবা ফাল্গুণ থানি। মতাং অসিদা কুনানিথোইশুবা ব্যঞ্জন ময়েক "ফ" গী মথা থোইনা লৈতবা মরমনা মতাং অসিন্নাইদা লোইশিগ্নরে।

"ব" ব্যঞ্জন ময়েক ২৩শুবা ॥

বসু, বসুদেব, বসুন্ধরা, বসন, বসন্তি, বসন্ত, বয়ুনা ( জ্ঞান ) বমন বনমালী, বনবাস, বনমেয় ( বনগী পোথোক ) বলদেব, বলভদ্র,

বলবান, বনলক্ষ্মী, বকুল, বক ( উরক বকাসুর ) বনবিহারী, বহাদুর, বন্দনা, বধু ( মৌ ) বকাচাঁদ, বকরী, বগ্রাস, বলব, বন্ধু, বনরাজ, বই।

বগীবংশ জাতি মশিং লাকওমদবনি লোইবা নাইদে পরিবার পাকচাওই। ব অখোইবনি বিশিষ্টনি কাংবু অচৌবনি।

যথা — বরমেকো গুনী পুত্রো নচ মুর্খশতান্যপি।

একশ্চন্দ্রস্তমো হন্তি নচ তারা গনোহপিচ॥

অকুব মচা ১ মত্তং অফবনি, তৌইশুন্নসুং ফত্তবা মচা ১০০ চাম পোকপসু ফত্তে। মরমদি ১ মথক্তা থোকপা থান পৃথিবীগী অমম্বা পুম্নমক মঙান সন্দোকই মঙান পিরিবনি। তৌইশুন্নসুং থবানমিচাক লাখ ( ২ )না অমম্বসি মাংহন্ব ওমদে মঙান পিবা ওমদে। ধৃতরাষ্ট্রগী মচা ১০০বু পাণ্ডুগী মচা ৫ না জয় তৌখি।

বংশানুচরিত — বংশগী চরিত্র, সূর্য্যবংশ-চন্দ্রবংশগী চরিত্র থোকথিবা থোখোকশিং মমাংদা হৌরবা পূর্ব্ব পুরুষশিংগী লমচং ব্যবহার শিংনি।

বংশি — শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী মুরলী সখা, সখী, ধেনু বৃণ্ড কৌনবা বেণুনি বংশিনি।

বংশিধর — রাহে অসিনা তাকলি বঁশি ধর হাইবসি শ্রীকৃষ্ণতবু খংনগনি।

বক্র — চুমদবা থেকপা থোইবা তুরেননি অমসুং শনৈশ্বর-গ্রহ, মঙ্গলগ্রহ অনি অসি থোইদোক হেন্দোক

থেক্ক, খোইনা চৎপ গ্রহশিংগী মন্নুংদা অথোইরনি ।

বরজ্জ — সিন্দুর অসি বঙ্গদেশনা পুথোক্পনি হাইরি ।

বজ্র — ইন্দ্ৰরাজগী খুৎল্লাইনি, কুলিশ, অসনি শত-- কোটি মমিংশিংনি।

বজ্রপানি — বজ্র পাইবা ইন্দ্ররাজ, দেবরাজনি ।

বটুকরন — উপনয়ন নোগুন থাংবা, যজ্ঞোপবীতদান সংস্কারনি ।

বনিক — পোং য়োম্হোক, ম্নোনসিন তৌবা মীবু বনিক বানিজ্য কৌই ।

বদরিকাশ্রম — বদরিকাশ্রম তীর্থ অথোইবনি শ্রীব্যাসদেবগী তপ- স্যাতৌফম বদরীনি ।

বনমালা — শ্রীকৃষ্ণগী খোরিদগী চরন য়ৌবা ফাওবা চোম্বা মালানি ।

বনস্পতি — মপান শাৎতনা মহৈ য়াম্ব উ বনস্পতিনি, থৈবোং- হৈবোং, হৈরিংনি,

বনীক — চাকনিবা হাইজরগা নিরগা মবুক থবমীনি ।

বরানসী — কাশিগী মমিং চাওনা লৈবা বরানসী তীর্থনি তুরেননি ।

বরপাত্র — কন্যাদান তৌগে হাইদুনা নিমন্ত্রন তৌদুনা কৌক্ক- বদা, বিবাহগীদমক্তা লাক্লিবা জামতানি বরপাত্রীনি ।

বরফল — অথোইবা ফল কয়াগী মন্নুংদা মুবিনি ।

বরাহ — শা ওইরবস্নু শা অথোইবনি, বিষ্ণুগী অংশ অবতারনি ।

বর্ণকবি — নলকুবর মমিংনি ব্রহ্মাগী মচানি।

বর্ণশ্রেষ্ঠ — ব্রাহ্মন, বিপ্র, দ্বিজ বর্ন পুন্নমক্তগী অথোইবনি।

বর্ণমাতা — মমেক বর্ন পুথোকপা মমাদি লেখনী, কলম, বর্ন-তূলিকাসু কৌই।

বর্ণসঙ্কর — মিসিতজাশ্রিত জাতি ১। ১ গা লৌনরগা পোকপা মচা বর্ন সঙ্করনি হাইবদি লৌনবা য়াদবা জাতি কয়াগী য়ানি।

বলয় — সনানচিংবনা সেম্ব সাব পোং আভরন, অলঙ্কার অতোপ (২) পা খুজি, নাচি, লিক্লচিংব অসিনি।

বসন্ত — ঋতু অথোইবা চৈত্র, বৈশাখ থা অনি অসি লৈ শাংপ মতমনি। অমসুং দুষ্টরোগ, ফত্তবা অনাব লাই থোক-পা লাইনাগী মতমসু ওইবনি।

বসন্তদূত — হৈনৌনা মপান শাংপ মতম কোকিলনা মখৌ পোং-না খোংব মতমনি মরম অসিনা কোকিল হায়ব উচেক অসি বসন্তগী দূতনি।

বসন্তী — বসন্তগী মতম অসি হরিদ্রা য়াওং শংবা মচুগী মতমনি হঙ্গামপান শাংলি

বস্ত্র — লশিংদগী থোকপা লংনা সাবা ফি সেংনবা, ইন্নবা ফি মখল কয়ানি।

বহুগন্ধা — লৈহাওনি মনম মুংশিব কালি জিরানি, মনম মুংশিবনি।

বহুধা — বহুপ্রকার, অনেক প্রকার, নানাবিধ, বহুবিধ অয়াম্ব ঙাক্তনি।

বহুব্রীহি — সমাস ব্যাকরন শাস্ত্রগী মম্নুংদা সমাস মথল ৬ লৈ, হাইরিবা মথল ৬ অসিগী মম্নুংদা অথোইবা অহেৎ-পিব খংনব সমাসনি।

বহুভার্য্যা — ভার্য্যা নুপি য়াম্না লৌবা বনিতা কয়াগী মপু ওইবা কক্‌টএননি।

মহুমঞ্জুরী — মঞ্জুরী মতোন য়াম্না লোংবা শাৎপা তুলসীনি।

বহুমূত্র — মপান য়াম্না থোকপা (য়ুং য়াম্না (২) না) থোকপা লাইনা অমনি।

বহুমুর্দ্ধা — মকোক য়াম্না পানবা নারায়ন-বিষ্ণুনি।

বক্ষ্যমান — মতুং (২) দা হাইগদবা-মথং (২) লাকদবা ৱা কয়ানি। অসিনা মরম ওইতুনা মথাদা লাকদবা অক্ষর কয়াগী শব্দ-বাক্য ৱারি কয়া লৈরি, মতাং অসিদা লোইবা নত্তে।

## "ভ" ব্যঞ্জন ময়েক কুনর্মারি শুবা

ভক্ত; ভক্তি, ভাগবত-ভগবান, ভক্তবাসল্য, ভক্তপ্রহলাদ ভগিন ভগিণীসুত, ভগ্যবতি, ভগ-ভগদত্ত, ভক্তধ্রুব, ভঙ্গি ভব, ভগিন্দ্র ভগ্যচন্দ্র, ভগিরথ হায়রিবসি ভক্তিগী ৱাঙাক্তনি অমসুং ভাগ্যগী ৱা ঙাক্তনি।

ভক্তরূপে অবতার ভক্তি দিয়েজনেরজন।
নামরূপে অবতার সবজিবে উদ্ধারলাগি ॥

শ্রীধাম নবদ্বীপতা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু ওইনা অবতার লৌখিরগা জিবশিং হাইবদি মীওইবা জিবশিংগী মফমদা তাংলবা ফংওমদবা হরিনামবু য়েনবিরি অমসুং মীওইবা জিব পুন্নমকসু লানবিরি উদ্ধার তৌবিরিবনি।

অতোপ্পা অমসু — ভক্ষ্যভক্ষকয়োঃ প্রীতি বিপত্তেরেব কারণম।
শৃগালাৎ পাশবন্ধোঽসৌমৃগং কাকেনরক্ষিত ঃ।।

চিঙ্গাক ওইবা শক্তি অমসুং চাগদৌরিবা লমহুই ২ অসি স্বরূপ ওইবা মুংশিনবা হায়বসি অরাবগী মরম অমনি। লমহুইনা শক্তি অহু চিঙ্গাকনি চাগে নিংলহনা লাং ১মা থাকই, অহুবু দৈবাগতিদগী নাস্তোকপ্রবদা কাক অমনা শক্তিহুবু ঙাকপিথি কনবিখিবনি।

ভক্তা — অন্ন, ওদন, ভাত মখোয় অসি চাকপু হায়বনি ভক্তগী থরায়নি। মঙোন্দা পুক্লিং হাপপ্রবা, তদগত মঙোন্দা কথোকপ্রবা, অনুগত মতুংইনপ্রবা সেবক মনাইনি।

ভক্তদাস — চাককী মনাই, চাক্লা মরম ওইবা মনাইনি হায়না খংনুরবা, মনাই হায়বসি ১৫ নি হায়রি হায়রিবা ১৫ অসিগী মমুংদা অথোইবা মনাইনি।

ভক্তিমান — ভক্তিনা তিনবা থাজবা হায়বাসিগী অথোইবদি ভক্তিনি।

ভক্তিযোগ — ভগবান পরমেশ্বরগী মফমদা থরাই হকচাং স্বাওনা য়াম্না কঁন্না নিংজবা নকুবা উহাক্ত থাদোক্তবা স্বাম্না থাজবা অসি ভক্তিযোগনি।

ভগ — তুল্লি ওইবগী পুদম যোনি, শ্রীলক্ষ্মী, বীর্য্য ইচ্ছা জ্ঞান-বৈরাগ্য কীর্ত্তি-মহাত্ম্য অসিক মগুণ ঐশ্বর্য্য থাম্বা অমবা কর্ম্মচৈনবা, মোক্ষলাম্বোকপা মিংচৎ লাইবক যবা অরাম্বা সুভাঅতিনবা চন্দ্র-সূর্য্য অমসুং পূর্ব্বফল্গুণী নক্ষত্র অসি মখোকনি।

ভগবতী — গৌরী, সরস্বতী গঙ্গা হায়রিবাশিং ভগবতিগী মিং ওইকুনি।

ভগবান — বুদ্ধ-শ্রীকৃষ্ণ-সূর্য্য ভগবাননি।

ভগিণী — পোকমিন্নবা ভগ্নী স্বসা, সহোদরা পোকমিন্নবী হায়বনি।

ভগ্নাংশ — মপুম ওইরমদ্রবগী থুগাইরবা শরুক খণ্ডিত ককথৎ-লবা মচেৎ শরুকনি।

ভঙ্গিমা — ভঙ্গী, হায়বসি হকচাংগী শরুক অসি থেকপা হায়বা মখল্লবু হাইরনি লীলাভঙ্গি, ইঙ্গিতনা খংনবী, থোইনা চংপনি।

ভদ্র — কল্যান, মঙ্গল, কঞ্চন, শিবা, খঞ্জনপক্ষী, বৃষভ সুমেরু, বৃক্ষ, শ্রেষ্ঠ, সাধু, মনোজ্ঞ হায়রিবা শব্দশিং ভদ্র মঙ্গল খংনবগুকুনি।

ভবতি — হৌজিকক ওইরিবা মতমবু বর্ত্তমান মতমনি।

ভবসমুদ্র — ভবসাগর, ভাবার্ণব, সংসারসমুদ্র মখোয় অসি ভবসাগরনি।

ভয়ঙ্কর — অকিবা পোক পা অকিবগী মশক অতোনবা য়েংব-দকিবা অঙকপা অসুকপা কিনিংঙাইওইবা, অকিবা-কয়ানা থনবা অসি ভয়ঙ্করনি।

ভর্তা — অধিপতি পুন্নমক্কি মপু শ্বামী য়োকথাকপা তৌরিবা মী ভর্ত্তানি।

ভক্ষক — চারিবা চাগদৌরিবা অসি ভোক্তানি অমসুং ভক্ষকসু কৌই।

ভাগবত — অষ্টাদশ পুরান তরানিপানগী মন্নুং শ্রীমৎভাগবত অথোইবা পুরাননি।

ভাগীরথী — গঙ্গা, সুরধনী, জাহ্নবী, হাইরিবশিং ভাগীরথীনি।

পুন্নমক অসি ভদগী থোক্পা ঙাক্তনি শ্রীভগবান মানত্তনা সংসার কনানসু সেমখিদে। শ্রীভগবান অহোবসু লৈরিবসু অরোইবসু মাতনসেন্নি। মাদি কদাইদগীনো? কদোমদা লৈবনো? কদাইদগী হৌখিবনো? কদাইদা মকম কৈদা লোইবনো? কনানসু খংদে। থিবসু থিরিবনি বেদ শাস্ত্র কয়ান লাওরি অমু মানতনা অমুমেয় ওই অসিনা সিদ্ধান্তনি।

## "ম" ব্যঞ্জন ময়েক ২৫পারা

মধুয্দন-মধু-মধুবন-মধুমতী-মধুমক্কি-মধবাজ্য-মধুব্দিব-মধুমঙ্গল মধুমত্তি, মধুপান, মথুরা, মথুরানাথ, মক্কি, মগু, মপু মপা মনাও, মরূপ, মপাং, মচন, মচে, মবাই, মশেন, মথুরা, মঙ্গোন মকুবোক, মনেমবোক, মবুধো, মপা, মমা, মখোই, মশেন, মচানি,

মপানি, মনম্মা, মতা, মতাং, মতেক, মপুম, নমাই, মনিং, মথক, মখুম, মখুল, মরা, মমিং, মমাং. মথা, মতুং, মতৌ, মওং, মম্রি মন্ত্র, মক্কি, মহিক, মতৌতম্ব, মনাই, মতু, মরা, মথং, মনাও মহাত্মা, মরুভুমি মঙ্গলবার, মঙ্গল, মশুরি, মথেন, মকোই, মবাং কাইনা "ম" গী কাংলুপ মসি ওথোক্লা বামগ্রে মশিং থিওমন্ত্রে, অসিনা মরম ওইদুনা "ম"গী মতাং অসিরাইদা ইতি।

মরুযল্যাং স্থধা বৃষ্টি ক্ষুধাত ভোজনেতথা।
দরিদ্রে দীয়তেদানং সফল পাণ্ডুনন্দন ॥

মহাভারতকী ওইবা বানি যথা—কনাগুম্ব মতিক মগুন লৈব ঋষি অমনা পাণ্ডুনন্দন যুধিষ্ঠিরগী মফমদা পাওতাক ওইনা পিখিবা বানি। মরুভুমিদা নোংচুথবা মহাতাম্‌তনি মতৌ অদু- গুম্না মবুক লাম্ব চাকনিবা মীদা নিংথিনা চাক মবুক থম্না পিজবা হায়বসি করিগা প্রমান তৌরুগনি। মতৌ অদুম্না লাইরবা মীদা সনা লুপা পিবা দান তৌবা হাইবসে হে যুধিষ্ঠির! সকল সোই- দনা মহৈ চাওরিবনি, কানবা বানি।

অতোপ্পা অমা — মও'ব্যমিতি যৎছ্ঃখং পুরুষস্যো পজাযতে।
শক্যতে নান্থমানেন পরেন পরিবনিতুম ॥

অতোপ্পগী বান-ঐ সোয়দনা শিরগনি, হাইবা বাসি ভারগা অমদি মুন্না বিচার তৌরগা মী অদুনা মহা অরাব ওইরিবনি। হায়বদি অনা-অরেক কিবানন্তবা করিগুম্বা অমদগী ইথং-থংহৌদনা জানদি বাংবা নন্তবা সোইদনা শিবন্তারবনি। অসিগুম্ব বা অসি

অতোপ কনাগুম্ব মী অমনা মহাকী মতৌ অমদি মসিমীদমক্তা খল্লুবা ওমলরোইদবনি।

"ম"গী মা অমও — মৎপাদ সলিলৈর্যেষাং সিক্তানি মস্তকানিবৈ।
মমনৈবেদ্যমশ্নন্তি জ্ঞেয়াস্তে বৈষ্ণবা জনা:॥

হে বৈষ্ণব: ঐবুঙ্গিবা মী মখোইনা বিষ্ণুগী পাদোদক চরনামৃত থকপা অমসুং চরনামৃত মকোক্তা হাপ্পা, অতুগা বিষ্ণুদা কৎলবা প্রসাদি নৈবেদ্য খজিক্তুং ফংবদা হয়াওজরিবা, প্রসাদি খজিক্তুং ফংজবদা পেনব মুত্তাইজরিব মীশিং অদো-বৈষ্ণব।শৎলবনি খংউ।

খোইদোক অমসু — মশেয়ো নচশৌর বানা শ্রেনী তীর্থ সেবক:।
বোভুঙক্তে বাসরে বিষ্ণো: শ্বপচাদধিকোহিস:॥

স্কন্দপুরানগী — কনাগুম্বা মীনা একাদশী মুমিত্তা চরা হেল্লবা হাইবদি চারুরবা মীদো; শিব উপাসমা শিবনিংব ওইসমু, বনার্থী ক্ষেত্রিয় অচোবস্থ ওইসম্ম, আশ্রমা ব্রহ্মচারি আশ্রমদা লৈবমু ওইসমু, অমদি মতমচুপদা তীর্থ লক্ষাদ লৈবমু ওইসমু, মী মহাক অদো বৈষ্ণবকী মশিংদদি চনম্রে, হাইরিবা মী মখোই অতু 'তুই' খোংতুনা চারুবদগী হেননা তোপবনি পাপিমি।

মখ — ক্রতু- যজ্ঞ-যাগ হাইরিবশিং অসি যজ্ঞগী মমিং ওাক্কনি।

মঙ্গলঘট — করিগুম্ব প্রতিকাবগী অমদি মঙ্গলগীদমক মাইওম্ব-বদা তৌরিবা পুজা ঘটস্থাপন অহুমু হাইবনি।

লুহোংলমদাই কন্যাগী মমাংদা তৌরিবা ঘট অমুম্ম থংনগনি।

মঙ্গলাচরণ — করিগুম্বা কর্ম্মগী অহৌবমতম্দা মঙ্গলগীদমক দেবগী মন্ত্রনা অহানবা হৌবা অসি অকবা মঙ্গল গুইনবগী-দমক্তনি।

মঙ্গল্য — মঙ্গলগীদমক্তা পোৎ খর মঙ্গলপীবা দধি চন্দন স্বর্ণ-সিন্দুর সনাখোংনাং হরিথাগোক মশুর, কলায় হায়-রিবশিং মঙ্গল বস্তু ওাক্তনি।

মনিকনিকা— কাশি কৌবা পুন্য চেনবা মফমদা লৈবা তীর্থ বিষেশনি।

মণিপুর — মীওইবগী মশাদা ষটচক্র লৈ, ষটচক্রগী মনুং খোই-দৌগীময়াইদা লৈবা নাভ্রি চক্রনি নাভি খোইদৌনি, দেশবিশেষমু শংনৈ রত্ননা তিন্নবনি।

মনিমন্দির— রত্নতনা সেমগ্রবা মন্দীর, মনিমণ্ডপনি মণিমন্দীরনি।

মত — সম্মত, অভিপ্রায়, ভাব, আশয়, প্রকার, রীতি, তুল্য, শাসদৃশ হায়রিবা শব্দশিং অসি মত মানৈ ভাব তিন্নৈ হায়বনি।

মতভেদ — মতান্তর অভিপ্রায় মান্দবা ব্যবস্থান্তর মত মান্নদবা হায়বনি।

মধুপুরী — অথোইবা মমিং লৈবা অসি হায়রগা থঙ্মবা মথুরা নগরী মথুরামণ্ডনবু থংনরি।

মধ্যম — স্বর তোঙানবা, রাগ তোঙানবা, মাঝারি ময়াইদা লৈবা রাগনি স্বরনি।

মধ্যমলোক— পৃথিবী অমনি ধরণী হায়বা অসি স্বর্গ-মর্ত্ত রসাতল অহুমগী ময়াইবুনি।

মধ্যস্থ — উভয়পক্ষ পক্ষ অনিগী মরক্তা লৈবা হায়বদি অমগী মিচং মিচংস্থ নত্তবা হায়বনি।

মধ্যাহ্নক্রিয়া— স্নান ভোজনদি ক্রিয়া দ্বিতীয় কালীন ভোজনহারবু খংনগনি।

মন্যু — শোক-তাপ দুঃখ-খেদ হায়রিবশিং অশাওব খংনৈ।

ময়ূর — পক্ষি অথোইবনি মমিং শিখী কেকী কৌঈ, খুচুম পেরেস্থ খংই অপাগাছস্থ হায়।

মরা — মৃত, গতাসু-মড়া-শব-নিস্তেজ হায়রিবা শব্দশিং অসি শিরবা হায়বনি।

মহাকায় — মশা-মউ য়াম্না নোই চাওবা, নদী—শিবগী থোংশংবা, শামু, কার্ত্তিক পূর্ণিমা অসি খংনগনি।

মহাপথ — হায়বা লম্বী অসিদা চংথবা মুপা-মুপিনা অমুক হল্লক্রবা হায়বনি।

মহাপ্রলয় — হায়বদি স্বর্গ-মর্ত্ত রসাতল লোক অহুম অসি লৈত্রবা কল্পান্ত হায়বনি।

মহাষ্টমী — অশ্বিন মাস লাংবন থাগী পানখংলকপা অষ্টমী অসিবু — খংনৈ।

মহেন্দ্র — বিষ্ণুবু দেবরাজ ইন্দ্রবু মহেন্দ্রনি, থোইদোকপা চিংবুম্নু খংনৈ।

"ম" মহেশ্বরনি মতিক মণ্ডল লৈবনি প্রলয়দে তৌবঙম্বনি অণ্ডক-পনি, মাবু পুক্নিং চংনা নিংজবদা মী অহুগী অপাম্বা পিবা ওম্লিবা দেবতানি।

## "য" ব্যঞ্জনময়েক ২৬ শুবা

যপ, যজ্ঞ, যাগ, যজমান, যন্ত্র, যমুকাশ্মির, যম্বুবান, যমজ-যাত্রা, যমিন, যন্ত্ত, যান, যমদগ্নি, যব, যবাকুশুম, যজ্ঞশালা, যজ্ঞেশ্বর যতি, যজ্ঞোপবীত, যত্ন, যথা, যদ, যমূনা, যহ্নুমুনি, যম্বুদ্বীপ.

মীওইবা হায়বসি মুপী-মুপা খুদিং যজ্ঞতনা শেংবনি, সংস্কারনি, গর্ভদগী হৌদুনা যজ্ঞতনা মপুং ওইবা থবক্নি। করিগুম্বদা মতম ২ গী ওইনা খুদোংচাদবদগী তৌহৌদ্রবস্নু করিগুম্বা কান্দদি তৌহৌদবাশিং তৌদবা য়াদে তৌনরিবা ওাক্তনি। যজ্ঞ হায়বসি মী ওইবনা থাদোকপা য়াদে, ঈশ্বরনা মীবু জিববু যজ্ঞ তৌনবা ইনশিল্লি। ইবুঙো মহাক্না থোইনা হেননা পাম্লিবদি যজ্ঞতবু পাম্লিবনি মরম অসিনা মীওইবদা যজ্ঞ তৌ হায়না মতম পুন্নমক্তা তাক্লি।

যস্বাত্মরতিরেব স্যাদাত্মতৃপ্তশ্চ মানবঃ।
আত্মন্যেবচ সন্তুষ্টস্তস্য কার্য্যং নবিদ্যতে॥

কনাগুম্বা মীওইবা অমনা পরমাত্মা ঈশ্বরদা পুক্নিং চংজবা, সংসারগী ময়াদা ইন্দ্রিয়া পেননবা নত্তবা, পরমাত্মা ঈশ্বরহুনা পেনবা, করিগুম্বা অন্নরসনচিংবা নত্তবা, পরমাত্মাদুতবু পেনহনবা ঙম্লবদি নিপা অদু অতৈ কর্ম্ম অমা অমুক তৌরুদ্রবস্সু ঈশ্বরনা মাবু অদুম পেনবি।

১মস্সু— যদ যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্ত দেবেতরোজন:।
স যৎপ্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনুবর্ত্ততে ॥

মরম অসিনা অথোইবা মী মহাক অদুনা করিগুম্বা থবক কয়া কয়া তৌরিবা অপাম্বনা মাং থারগা, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনস্ম করিগুম্বা অমত্তা অপাম্বা লৈতনা ঈশ্বর মানা পেনবিবা কর্ম্ম কয়া তৌরি। মহাক্না তৌরিবা থবক মহাজনশিংনা থোইনা ইকাই খুম্নে। অতোপ্পা কনাগুম্বশিংনস্সু মহাক্কী মতৌ তম্লিংই, মরম অসিনা নহাক্না ধর্ম্ম রক্ষাগীদমক কর্ম্ম তৌ।

অতোপ্পা— যদা যদাহি ধর্ম্মস্য গ্নানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানম ধর্ম্মস্য তদাত্মানং শৃজম্যহং ॥
পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায়চ দুস্কৃতাম্।
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগোযুগে ॥

হে অর্জ্জুন! ঐ অসে করি করিগুম্বা মতমদা ধর্ম্মনা মরাই চাইথরক্লবদা অধর্ম্মনা মপাঙ্গল মথোনা লৈরক্লবা মতম অদুদা, হায়বদি লমচৎ কত্তবা পাপি ওইবা কয়া কয়ানা মরাই হাইগৎলকপা অদুগুম্বা মতম য়ৌরক্লবদি ঐ সোইদনা আবির্ভাব ওইরক্লগনি

থোক্কনি। মতম অদুদা এনা সাধু ওইরবশিংতবু কনশে ঙাকপিগে, সাধু ওইদবা পাপকি কর্ম্ম তৌবা মীতবু মাংহনগনি, অমদি ধর্ম্মবু মক্না চেংনা লৈহনগে হায়বগীদমক যুগ যুগ খুদিংদা এনা অবতার তৌবনি। সংসার অসি লোইবা নাইদ্রবনি, লোইথ্রবদি শিথ্রবদি অমুক পোকপা শোইদবনি মায়ানি সংসার অসে।

অমত্তং — যং যং বাপি স্মরং ভাবংত্যজত্যন্তে কলেবরম।
তং তমেবৈতি কৌন্তেয় সদাতদ্ভাব ভাবিত:॥

মরম কয়াসি হায়রগা মথা অমুক হায়রিবসি সুম্না থংউ হে— কৌন্তেয়! মীওইবা হায়বসি অরোইবা মতম লাক্লবদা হায়বদি শিরমদাইকান য়োরক্লবদা মী অতুনা পাম্লিবা অপাম্বা অমতংদি কম্না খনথ্রবনি। মতুংদি সনা-লুপা লন থুম জিবপানবা মী-লাইনচিংবা অমদি শিরমদাই তং কাল অদুদা শোইদনা খনগদবনি মতুংদা দেহ অসি থাদোক্লিবনি। মতম অদুদা খনখিবা মপুক্লিংদা চপয়ুংনা খনখিবা অতুনা মরম ওইদুনো অমুক্কী মপোক্তা শা-ঙা, হুই, যন, মী, মুনি ঋষিননচিংবা অসি শোইদনা পোক্লিবনি, মরম অসিনা শিরমদাইদা হরি শোনবা হৈনবা মীদি কৈ মতম চুপ্পদা হরিনাম কাওদনবা নিংশিংগদবনি।

যজত — যাগ-যজ্ঞ তৌরিবা ঋত্বিক ব্রাহ্মণ পুরোহিত যজমান কনবা তৌরিবা।

যজমান — যাগ যজ্ঞ অদুদা পুক্লিং চংশিন্না কার্ত্তা ওইদুনা থবক পাংথোক্লিবা ব্রাত্তিবুনি।

যজতি — যাগ, যজ্ঞ, মখ, যজন, পূজা মখোয় অসি যজ্ঞগী মমিংনি। ক্রতুস্মুনি।

যজ্ঞকুণ্ড — যজ্ঞগীদমক চুথেক মরি নাইনা শেল্লবা কুণ্ড গর্ত্ত কোমনি।

যজ্ঞপুরুষ — বিষ্ণু—নারায়ণ হায়বসি যজ্ঞনা থরায় ওইরিবা হরি

যজ্ঞভূমি — যাগস্থান, যজ্ঞস্থন, যজ্ঞশালা হায়রিবা অসি যজ্ঞগী মফম হায়বদি থোইনা হেন্না শেংবা মফম ওইগদবনি।

যজ্ঞাসার — উডুম্বর হায়বা উ অসি যজ্ঞগীদমক্তা অথন্নবা উ অমনি।

যতী — জিতেন্দ্রিয়, ব্রহ্মচারী, সন্ন্যাসী, যতুক, শরীচিহ্নবিশেষ হায়রিবসি হায়বদি কর্ম্মেন্দ্রিয় ৫, জ্ঞানিন্দ্রিয় ৫, হায়রিবা ১০ অসি "মন"গা ১১ নি অসি লাকশিনবা হায়বদি সংসারগী মায়ানি হায়রিবশিংসিগা মরি লৈনদ্রবা হায়বনি অসিবু জিতেন্দ্রিয় সন্ন্যাসি যতুক কৌই মখোয় ময়ামদগী তোঙানলিবনি।

যথাশক্তি— হেক ওয়িবা মখৈ হন্না হন্না হোৎনবা থাংবা কনবা মতৌ অচুগুম্বা শক্তিচুবু হায়বনি।

যথেপ্সিত — য়াম্না থরাই ৫ অসিনা চপ মুংনা নিংথ্রবা করিগুম্বা মথল অমনা নমথবা ওয়রোইদবা অপাম্বা অচু অতোপ্পা উপাই অমনা ককপা ওমদ্রববু হায়বনি।

যত্নপতি — যত্নবংশ—যত্ন শাগৈদা অবতার তৌবা হায়বদি পোকপা যত্নপতি পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনি।

যদৃচ্ছা — মনিং মথা তৌনা তক্ত তরুনা নিংলকপগী মতুংইন্না ইলাই-লাইনা হেক্তা ইরা রাদনা ওইথিবা থবকপু হায়বনি।

যবীয়ান — ১০ পোক্লবস্নু—৫ পোক্লবস্নু--২তা পোক্লবস্নু খ্বাইদগী অরোইবা ইতোন তোনবা অঙাং অন্থবু যবীয়ান কৌই।

যম — মথা থংবা অরোইবা মায়কৈদা লৈবা যমরাজ নিংথৌনি।

যমক — শ্লোক অমগী শব্দ মানবা ময়েক্লা হন্না হন্না হায়বা অলঙ্কার অথোইবনি মমিং যমক কৌরিবনি। অতোপ্পা অমনা গর্ভ অমদা নোংমদা মতম অমত্তদা অঙাং অনি পোকপা অসিবুন্নু যমক কৌই।

যমকিঙ্কর — যমরাজগী মনাই কিঙ্করনি।

যমদূত — যমদূতকী মমিং কাক-বায়শ বার্ত্তাহক, মথোয়সিন্নু দূতনি।

যমপ্রিয় — যমরাজনা থোইনা হেন্না পাম্বা উদি, বটবৃক্ষ অমস্বুং বটশাখা অসি অপাম্বনি।

যমুনা — তুরেন অথোইবনি, সুমিংকী মচানি কালিন্দী তীর্থনি।

যুগ — অনি তিন্নবা যোড়া সত্য ত্রেতানচিংবা যুগ মরি, রথগী চাকা পুন্নিবা দণ্ড অনিনি।

যুগপৎ — মতম অমতদা অমগীসু পুং চপ মান্নবদা তৌবা থবকপু হায়বনি।

ব্যঞ্জনবর্ন "য" গী খজিক্কুং পুথোকচবা মতাং অসিন্নাইদা তেঞ্জবে।

"র" ব্যঞ্জন ময়েক ২৭ শব্দা

রক্ত, রঘুমণি, রস, রসমণি, রঙ্গিণী, রঙ্গশালা. রক্তকুশুম, রক্তচন্দন, রনবীর, রঙ্গনাথ, রঘুবীর, রক্ষা, রতন, রঞ্জনা, রঞ্জিত, রঙ্গিণী, রক্ষাবন্ধন. রসোইঘর. রসগুল্লা. রসপতি, রসরাজ, রসিক, রসনা, রস, রঘুপতি।

র — রসাবেশ পরিষ্ঠশ্রাং জহারা মুরলীং হরেঃ।
হরেতি কীর্ত্তিতা দেবী বিপিনে কেলিলম্পটা॥

পূন্নমক্কী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগা বন্দা শানমিন্নবদা হৈশিংলবী শ্রীরাধিকানা ইবেম্মগী প্রেমরসদা ভাব অতু পুসব চংশিনখিবদগী শ্রীকৃষ্ণগী খুত্তগী থাদোকপা নাইদনা পাইরম্বা বাঁশি অমত্তা ভাইবা অনি অমুক শুদবা মুরলীবু হুন্দনা পুখি. হায়বদগী "হর" হায়বা রাহৈ অসি হায়বদি মিংথৈ অসি পণ্ডিত ওইবা জ্ঞামি পুরুবশিংনা খংনরি হায়নন্নিবনি।

র— রসতে ভজতোচেত ঃ পরমানন্দবারিধো।
অত্রেতি কথিতোরাম ঃ শ্যাম সুন্দর বিগ্রহঃ॥

শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌরিবা অতং-অথম লৈতমথৈ নিংনরিবা অয়াম্বা ভক্তশিংনা পূক্লিংদা মুংঙাইজননা সমুদ্রগা পান্দমলক্লবা মতম অত্তুদা শ্রীকৃষ্ণদা শাম্নে হায়তুনা শ্যামসুন্দর ইবুঙেঙা মাবু নাম অসিদা "রাম" হায়বা মীংথৈ অসিনা খংনরি।

র— রময়ত্যচ্যুতং প্রেম্না নিকুঞ্জবন মন্দিরে।
রামা নিগদিতা রাধা রামো যুক্তস্তয় পুনঃ॥

শ্রীমতি রাধানা ইবেম্মা মহাক্কী প্রেম্না মরম ওইতুনা কুঞ্জবন্দা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু মুঙাইহল্লি হায়তুনা শ্রীমতি রাধাবু "রামা" হায়না খংনৈ। রামা মাগা থাদনা লৈ হায়তুনা শ্রীকৃষ্ণবু "রাম" হায়বা নাম অসিদা অয়াম্বা ভক্তশিংনা তত্তনা শোনবনি, খংস্তু খংনবিনি।

কচ্চিৎ— রূপযৌবন সম্পন্না বিশাল কুল সম্ভবাঃ।
বিদ্যাহীনা নশোভন্তে নির্গন্ধাইব কিংশুকাঃ॥

মশক মতৌ ফজবা মথোন কারকপা অমস্তুং শাগৈ জাৎ অফবদা পোকপা কয়ামস্তু ওইসনু, বিদ্য মহৈতবা, মী মাগী মশাদা করিগুম্বা মথলগী বিদ্যা পক্রবা মীদো করিগুম্বদা লেমদে ফজদে। প্রমান ওইনা, লৈনি হায়তুনা ফন ফজরবস্তু মনম চেন্দবা পঙ্গোং মপানগুম্বনি- কনানস্তু পাইনদে চিন্নদে।

র — রহস্যভেদো যাচঞাচ নৈষ্ঠুর্য্যং চলচিত্ততা।
ক্রোধো নিঃ সত্যতা দ্যুত মেতন্মিত্রস্য দুষর্নম্;

শ্লোক অসিনা হায়ন্নিবদি—অরোনবা পাও শন্দোকনবা, নিতুনা লৌশিনবদা পেনবা নাইদবা, মপুক্লিং লেপ্তবা, পুকচেল শিকপা, য়াম্না শাওগলবা, ওইরোইদবা, রা ঙাংগনবা, অার শানবদা পুক্লিংচংবা হায়রিবা মীশিং অসে মরূপ্নি হায়না মীমাংদা ইমান্নবা তিনবদা অমদি চেকশিনলকপা মতমদা খক তিম্নরোইদবনি, তিম্নদবা য়াদতুনা তিম্নরবস্তু পুক্লিংদদি লাকথোক্কদবনি।

রইকাঠ — হায়বা য়াহে অসিনা তাক্লিবদি করিগুম্বা সরোবর পুখ্রি অমা কংপা মতমদা পুখ্রি অতুগী ময়াইদা স্তম্ভ উ অমা য়ুংলিবতুবু খংনগনি মসিবু ময়ুরস্তু হায়নৈ।

রক্ত — অঙাংবা হায়বসি শোনিত রুধির ( ঈ ) কুঙ্কুম (চন্দন) তাম্র ( কোরি) সিন্দুর, হিঙ্গুল ( অঙাংবা ) লোহিতবর্ন কুসুম্ভপুষ্প অনুরাগী, অঙাংবা ঙাক্তনি।

রক্তবসন — অঙাংবা ফি সেং-ইনলিবা মী সন্যাসনি ব্রহ্মচারিনি মথোয়সি।

রক্তবৃষ্টি — ঈগী নোং চুথবা, শোনিত বৃষ্টি উৎ-পাৎ মথল অমনি।

রক্তমৎস্য— মশা পূম্নমক পুমঙাং ঙাংবা ঙা মথল অমনি।

রক্তাক্ত — মশা পূম্নমক পুমঙাং ঙাংবা ঈশিং হাপতুনা তকলুরগস্তু ঈ মচু মক মানবা রক্তচন্দন্নি।

রক্তাম্বর — ঙাংশং ঙাংখ্রবা ফী ঈ মচু মাম্না ঙাংলবা ফী ফজবস্তু ফজধ্রবা ফীনি।

রঘুকুল — রঘুশাগৈগী অথোইবা শ্রীরামচন্দ্রনি রঘুনন্দন হায়রগা রঘুনাথ শ্রীরাম রঘুনাথ হায়রগস্সু শ্রীরাম দশরথি রাঘব রঘুপতি হায়রগনা শ্রীরামচন্দ্রনি।

রঘুবশং — কলিদাস মহাকবিনা ইখ্রবা, মহাকাব্য গ্রন্থনি রঘু শাগৈগী বংশ পরিচয় কয়া তাকপনি ইবিরম্বনি।

রঙ্গ — ধাতু অথোইবনি, রাংস্সু খংনৈ, রন ভুমি লানফম অমস্সুং জগোই ঈশৈ তৌফম ফজনা সেম শারবা মফমনি অমদি ফজনা লংহল্লবা পোৎস্সু খংনগনি।

রজনি — অহিং হায়বা খংনবা শব্দ অসি য়ামই, রাত্রি, নিশা যামিনী, নক্ত, কয়ানি।

রজনিগন্ধ— অথোইবা লৈগী মনম্নি, থাবল লৈস্নু খংনগনি।

রজণীচর— অহিংদা কোইনা কোয়না চৎপা রাক্ষস, নিশাচর, চোর তস্কর, প্রহরী মখোয়সিনি।

রজণীমুখ— অহিংগী মচিন প্রদোষ, সূর্য্যাস্ত, সায়ংকাল, অসিবু রজণীমুখ কৌই।

রজস্বলা— রজ ( ঈ ) থোকপা উবা মুপী ওইবীশিংগী ধর্ম্ম ঋতু মতী অসি হায়বনি।

রজোগুণ— বিষয়াভিলাষি ওইবা হায়বদি সনা-লুপা মহ্বাকী ওইবা লৈতেং ওইবা হায়বনি।

রতি — কামদেব পত্নী অপাম্বদা পুক্নিং চংবী রাগ অনুরাগ মৈথুন কর্ম্মবু খংনগনি।

রতি ক্রিয়া — স্ত্রীসংসর্গ নুপীগা সঙ্গ তৌবা মৈথুন কর্ম্মদা পূক্লিং লুপ হায়বনি।

রত্নসিংহাসন — রত্ননচিংবনা সেমশারবা, থোইনা হেন্না ফজরবা সিংহাসনবু হায়বনি।

রত্নাবলী — মণি কয়া কয়ানা মথং মথং লেংশিংল্লবা পরেং অমসুং অথোইবী রাজকন্যাসু খংনৈ।

রমা — শ্রীলক্ষ্মীদেবীবু হায়বনি "রমা" ক্ষীরদ সমুদ্রগী মচানি থোইনা হেন্না ফজবী শ্রীবিষ্ণুগীসু থোইনা অচাম্বিনী।

রস — রসনেন্দ্রিয় চাম্বিবা থক্লিবা পোংকী অখা-অয়াক থুম্বা য়াকপা খংলিবা ইন্দ্রিয়নি, মীওইবগী শরীরদা লৈবা ধাতু মথল অমনি। শৃঙ্গারনচিংবা রস মাপল খংবনি, অথোইবা ইন্দ্রিয়নি।

রসাতল — পৃথিবীগী মথা থংবা শরুক পাতালবু হায়বনি।

রসাল — চু, থৈবোং, হৈন্নৌ, মখোয় অসি "রস" না তিনবা পোং ঙাক্তমি।

রামজননী — বলরাম কৃষ্ণ মাতা রোহিণীনি, শ্রীরামচন্দ্র মাতা কৌশল্যানি।

"র" হাবা বর্ন অসিগী থরদং পুথোকচরিবা অসিদগী মথা অমুক থোইনা চথজররোই। লোইবদি অসিনা নত্তে, লোইবা নাইদে য়াম্না য়ামল্লবনি। ঐগী শক্তিনা লোইনা ইবা ঙমগদবা নত্তে, মরম অসিনা মতাং অসিরাইদা লোইসিঞ্জরে।

## "ল" ব্যঞ্জন ময়েক ২৯শুবা

লক্ষ্মি, ললিতা, লবঙ্গ, লঙ্কা, লক্ষ, লগুণ, ললিতা ত্রিভঙ্গ, লশ্মিং, লশিংফি, লশ্মিংকাপোন, লগুণ, লমাংদোং, লক্ষ্ণৌ, লড্ডু, লংবী, লমখাং, লংতুম, লম, লমহাং, লখা, লম্ফেল, লম্বু, লমশাং, লকু লফোই লফাং, লক্ষি, লমদিং, লক্ষিপুর, লমাবম, লমকোইবা, মীশিংনা ভারতকী মফম কয়া কয়াদা কোয়না কোয়না চত্তুনা দেশ বিদেশকী রাজনিতিগী ওইবা কয়া মমুত তানা খংজিনলি। হায়রিবা মখোয়শিং অসিনা দেশ অমগা অমগা পাও কয়া লৌনরি মবক অসিদা মুণ্ডাইবা কয়া অৱাবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। মীওইবা হায়বসিদি অৱা-মুণ্ডাই কয়াগী মপুনি, পুন্নমকী মথক্তা অখাংকনবা হায়বসিসু থাদোকফত্রবা ধর্ম্মনি।

রাকম অমত্তং— লোভেন বুদ্ধিশ্চলতি লোভোজনয়তে তৃষাম্।
তৃষার্ত্তো দুঃখমাপ্নোতি পরত্রেহচ মানবঃ॥

মীওইবা হায়বসিমক্তবু অপাম্বা হায়বসিমক্তনা বুদ্ধি অসি চঞ্চলতা ওই হায়বদি ইথক-ইরাংদা তাওদুনতা লৈবনা অমুকসু অপাম্বা অদুনা অরাম-খৌরাংবদা অমুক রাহল্লি। মরম অসিনা মীওইবনা ইহলোক অমসুং পরলোক অনিমক্তা অরাবা কয়া নংদুনা মতম লেল্লিবনি।

অমনা শ্রীমতি রাধিকাগী মফমদা ললিতানাচিংবী অয়াম্বা সখিশিংনা শ্রীমতি ব্রজেশ্বরী রাধিকাবু সেবা মথল মথল নাইনা তৌজবা

মতমদা সথিশিংত্তগী মুঙাইবা পেঙবা পোকপা ভাব অদু, তরামা-থোইগুবা "হরে" হায়বা নাম অসি শোনবদা ভক্তদা মুঙাইজবা কয়া ফাওহল্লিবনি।

লগুড — দণ্ড, লাঠী, রানা শাবা চৈ চৈশু অমম্মুং য়োৎনা শাবা খুৎলাই মথল অমনি।

লঘিমা — লঘিমা হায়বা অসি শ্রীকৃষ্ণগী অষ্ট মহিমা হায়বসিগী মঙ্গুংদা অমনি। খজিক্তুং খংবা, পরিমান চাং হস্থবা হায়বনি।

লঘু — য়াম্না য়াংবা খংই, হ্রস্ব—অতেনবা, খর্ব্ব—অনেম্বা সূক্ষ্ম— অকুপ্পা অল্প—খজিক্তুং পাতলা— পাগ্রিক পাবস্তু খংনৈ, মরম অসিনা অল্পপরিমান—চাং হস্থবা, অরুম্বা হস্থবা অসি খংনগনি।

লঙ্কাদাহী — শ্রীরামদাস হনুমান্না স্বর্ণ পুরী লঙ্কা মৈ থাখি হায়বনি, চাওরবা অমত্তা ঙাইরবা দশগ্রীব রাবনগী স্বর্ণলঙ্কা উৎ ওইহনখি।

লঙ্কামরিচ — য়াম্না ময়াক কনবা শাগ্রবা, ময়ামদগী থোইনা হেনবা মরক্কি।

লড্ডুক — থোইদোক-হেন্দোক্না থুমগ্রবা লডডু মথল অমমি রসগুল্লা থুম্নবা লডডুনি।

লতা — মশা-মরেং অমত্তা য়াওদনা মরি চৎপা পাম্বী অমনি।

লতাপনস— থোইনা চাওদবা পিকপ, মরি মথল অমদা পানবা অথুম্বা মহৈ অচৌবা ফল অমবুনি।

লম্বোদর — মনা মতোন শাংবা, মবুক নোইবা চাওবা শ্রীগণেশ ঠাকুরনি।

লাভ — মূলধন হায়: লৈবা সেন মহুট অহুদগী ললোন ইতিক তৌহুনা কয়া হোংনহুনা মহুদগী ফংলকপা অহেনবা সেন সেন্দোংবু খংনগনি।

লক্ষ্মীনারায়ণ —শালগ্রাম অথোইবা, মথুন অমত্তা লৈবা চক্রনা মরি উবা বনমালানা লৈতেং ওইবা অথোইবা দেবতানি।

লক্ষ্মীনৃসিংহ — শালগ্রাম অথোইবনি, চক্র অনি, বনমালা লৈবনি।

লক্ষ্মীকল — হরিথাগোকী মহৈ অসি লক্ষ্মীকল কৌই শ্রীফলনি।

"ল" বর্ন অসিগী থরদং পুথোকচবা মতাং অসিদা লোইজরে।

"ব" মযেক অসি ব্যঞ্জন মযেকী ২৯ শুবা মযেক্নি।

বসুদেব সুত সেই শ্রীনন্দ নন্দন।

বসুদেবকী মচা বাসুদেব শ্রীনন্দ নন্দনি, অমনী ঈশ্বরনি, গোপিশী শামনি, ভক্তশিংগী থোইনা হেয়া চায়বনি মহাকি গুণকী মথান্নু পোক্নি।

## "শ" ব্যঞ্জনময়েক ৩০ শুবা

শং শান্তি, শক্তি, শক্তিমান, শমি, শম্ভু, শঙ্কর, শক্র, শবী, শামু, শামতু, শমিক, শাত্তিন, শংঘ, শঙস, শঙথজল, শং মঙ্গল হায়বা রাহৈ অসি মীওইবা ঐখোয়না য়াম্না পামজবা রাহৈনি। করিগুম্বা অমা নত্রগা থবক অমা হেক লাকপদা জাত কর্ম্মনচিংবা চখোক-চংশিন অমদি মীওইবা ঐখোয়না নোংমগী ইহান হানবা নোং হেক ঙানবদা কমুংদগী হেক হৌগৎলকপদা পৃথিবী প্রার্থনা তৌরগা সূর্য্য মুমিত্তা থুং লোম্লহুনা থুরুমনরিবনি। রাহৈ, ঙসি মুমিৎ অসিদা ওইজ-ওইথক ফংজগে, মঙ্গল পিনবিয়ু হে সূর্য্যদেব হায়নরিবনি।

"শচীরনন্দন এবেবলে সর্ব্বজন"

শরীরস্য গুণানাঞ্চ দুরমত্যন্তমন্তরম্।
শরীরং ক্ষণবিধবংসি কল্পান্তস্থায়িনো গুণাঃ ॥

মীওইবগী শরীর হকচাং অমসুং মীওইবগী গুণ হায়বদি মরম্না তৌবা অকবা থবক তৌরুবগী মগুণ, মতীক মঙান অনি অসি য়াম্না লাপ্লে। মীওইবগী অকবা শিংথানিঙাই ওইবা গুণ মী মশাদা চংহুনা নপুনা লৈবা নত্তে। তোঙান তোঙাম্নি মরমদি অসিনি মীওইবগী শরীর "ক্ষনমপি ধ্বংসঃ" মিকুপ্তা শরীর মাংলিবনি, অমসুং মগুণ মহাক্না তৌরম্বা থবক—মহাকী রিত্থাগী মগুণ শিংথানহুমা মুপনা লোইবা ফাওবা লেংদনা অত্মক লৈহৌই, মরম অসিনা মিংচৎ হায়বসি মতম পুম্নমক্তা ঙাকদবনি।

শক্রুনা নাহি সন্দধ্যাৎ সুশ্লিষ্টেনাপি সন্ধিনা।
সুতপ্তমপি পানীয়ং শময়ত্যেব পাবকম্ ॥

করিগুম্বা মরম অমদগী মরূপ ওইনা তিন্নরবদি, হায়বদি উচিগা হৌদোংগা তিন্নবা ভারবদা মতু ওইথোক্কবনি। হায়বদি তিন্নবা য়ারোই মরম অসিনা তিন্নদবা য়াদহুনা তিন্নবা থোক্লবস্তু মতু থুনা থাদোক্কদবনি। প্রমান্দি মৈদা শাহনবা ঈশিংত্থু য়াম্না কন্না শৌব। মথৈ শাহনবা ঈশিং মৈত্থু লৌথোক্লিমথৈ অতুম শাগনি করিগুম্বা মৈত্থু মুথৎপা অমদি মৈত্থু লৌথোকপা নত্তনা ঈশিং শাবা থক নেম-থরোই ; মরম অসিনা য়েক্লবা য়ারিমথৈ লাপথোকনি।

শোকস্থান সহস্রানি ভয়স্থান শতানিচ।
দিবসেদিবসে মূঢ়মাবিশন্তিনা পণ্ডিতম্ ॥

মীওইবা হায়বসি শক-চু থেন্নবগী মতু, ইন্না বুদ্ধি-লৌশিংমু অতুম মথেমৈ মরমদি অসিনি অপংবা জ্ঞান লৈতবা মী কয়া কয়ানা পূক্লিংদগী পোকখিবা অরাবা লিশিং লিশিং অকিবা ইন্দ্রিয়গী ওইবা অকিবা ১০০/১০০ অসিগীদমক্তা থুমিৎ খুদিংগী মূঢ় ওইবা মীগী মফমদা হায়রিবা মনগী হকচাংগী অকিবসি লৈতে চংবিদে।

শ্রবনং কীর্ত্তনং বিষ্ণুস্মরণং পাদসেবনং।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভাগবত প্রথম স্কন্ধ।

ভক্তশিংগী মকমদা তাক্লি মচুদি ভক্তি মথল মাপন অসিগী চাওরাক্লা মথং মথং তাক্লি, অমসুং ভক্তি মাপন অসিনা মশাদা চংশিনহল্লগা শ্রীকৃষ্ণ উপাসনা তৌবদা শোইদনা শ্রীকৃষ্ণ ফংগনি কয়া হৌংনৌ হায়রি।

থুদম— অহানবা শ্রবন ভক্তিদা পুক্নিং হন্নচাং য়াওনা অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্লুনা বৈরাজ্ঞা ওইহুনা তাখিবা রাজর্ষি পরীক্ষিতনি। ২ শুবদা কীর্তন তৌহুনা মতম লৈবা খিবিক্তা শক শোন্দুনা লৈবা শ্রীবেদব্যাসনন্দন শুকদেবনি। ৩ শুবদা শ্রীবিষ্ণুবু মতম চুমদা নিংশিংহুনা শোম্নুলতা লৈবা মৈদগী ঈশিংদগী অরাংবা চিংথক্তগী কনাবিখিবা ভক্ত প্রহলাদনি। ৪ শুবদা শ্রীপাদ সেবা তৌহুনা মতম চুম্না থাদোকচদবা শ্রীলক্ষ্মী দেবীনি। ৫ শুবদা শ্রীবিষ্ণুবু মতম পুম্নমক্তা পূজা তৌহুনা পেনহনবা অহানবা পৃথিবীগী নিংথৌ পৃথুরাজনি। ৬ শুবদা দণ্ডবৎ তৌহুনা ব্রজদা কোইনা চৎপা লম্বীদা শ্রীচরন তাবা উবদা দণ্ডবৎ হেক্তা তৌবা অক্রুর বৈষ্ণবনি। ৭ শুবদা ইবুংঙো মপি মনাই সেবক ওইহনা নহাক্তা তন্তনা থানদবা হনুমানি। ৮ শুবদা মরূপ ওইহনা শর্য্যা অমদা হিপমিন্নবা চাকলুক অমদা চামিন্নবা পার্থ অর্জুনি। ৯ শুবদা মহাক্তী অরৈবা সম্পত্তিদা নত্তনা মশা কাওবা করিতবা অমত্তা থাক্তনা লৈহনা কথোকপা ওবা বলিরাজ নিংথৌনি। হায়রিবশিংসিগী মচুংদা ভক্তি অমত্তংবু পুক্কচেন তিংনা [illegible] [illegible] কয়ই হায়রিবনি।

লাইনিংলিবা মথক্তা পনখ্রবা ভক্ত বৈষ্ণবশিং অসি ভক্তি ৯ গী মতুংদা অমত্তুং ঙম্বতদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু ফংখ্রিবা ঙাক্তনি। অমবু ঙম্নবা হোৎনবদা থক্লাই ফাওবা থারগে খল্লিবনি, পূম্নমক অসিবু লোইনবা ভক্তি ৯ অসি ঙমখিবদি শ্রীমতি রাধিকাদনি, মরম অসিনা শ্রীমতি রাধিকাসি ব্রজেশ্বরী হায়না খংনরি।

শংস্য — থাগৎপদা মতিকচাবা, স্তুতি তৌবদা লাইগুরুশিংবা হায়রুগদবদা মতিক চাবা রা।

শকট — চখোক চৎশিন্দা তোংনবা গাড়ি. অমদি অতোপ্পা অমদনা বিষ্ণুনা হাৎপদা মতিক চায়বা ছিংচাবা মখল অমবুসু খংনগনি।

শকটহা — শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈগী রানি, শকট কৌবা ছিংচাবা অমা হাৎখি।

শকাব্দ — শক মিং অসি কৌবা নিংথৌ অমা পাম্লম্মী মতম অহুদগী ঙসি ফাওবা চথরক্লিবা চহি অসিগী মমিং শকাব্দ হায়রিবসিনি।

শকুনি — উচেক্কী মমিংনি অমসুং কৌরবশিংগী মাতুল (মামা) শকুনিসু খংনগনি।

শকুন্তলা — মেনকাগী গর্ভদা বিশ্বামিত্র মুনিনা পিহুনা পোকখিবা কন্যা অমোইবীনি।

শকুন্তলাত্মজ— শকুন্তলাগী মচা দুষ্মন্ত নিংথৌগীসু মচা ভরতরাজনি।

শক্র — হায়বা অসিনা ইন্দ্রবু খংই, অসিদসু নত্তনা অর্জুন বৃক্ষ অসিসু খংই।

শক্রধনু — আকাশতা থোকপা চুমথাংবু থংই অমসুং ইন্দ্রধনুসু কৌই।

শক্রমাতা — উরি মথল অমগী মমিং ভার্গীলতা, অসিদসু নত্তনা ইন্দ্রজননি অদিতিসু থংই।

শক্রসারথি— ইন্দ্ররাজ শোরারেনগী দোলাই থৌবা সারথি "মাতলি" থংই।

শঙ্কর — শিব মহাদেব মঙ্গল পিনহৈবা অফবা মঙ্গল পীবিবা হায়না থংই।

শঙ্করাচার্য্য — অথোইবা আচার্য্যনি গুরুনি, হায়থুবা রাদা অমুক হোংদোকপা য়াত্রবা বেদগী রাতমক কোংদোকপা অদ্বৈত বাদীনি।

শচি — ইন্দ্ররাজ শোরারেনগী মুপীগী মমিং ইন্দ্রপত্নী পুলোমজা কৌই।

শতক্রতু — ইন্দ্ররাজ দেবরাজনা অশ্বমেধ যজ্ঞ ১০০ রক তৌই হায়দুনা শতক্রতু কৌই।

শনি — গ্রহ মাপনগী মথুংদা ৭ শুবদা লৈবা শনি-শনৈশ্চরসু কৌই।

শব — মৃতদেহ—শিরবা মীগী মশাদু শব কৌই।

শব্দ — নাকোং ইন্দ্রিয় অসিনা লৌশিল্লিবা মথোন, শব্দ-নিনাদ-নিনদ ধ্বনি, বানি, রব, স্বন, নির্ঘোষ বাক্য পদ অসি শব্দনি।

শব্দকোষ— অভিধান হায়বনি করিগুম্বা শব্দ অমগী খংদবা য়েংলুবদা কজনা খংহনবা মচা ভানা শব্দশুগী অর্থ ফোংদোকপবু

শমীক — ব্রাহ্মন্নি মমিং লৈবা শমীক হায়রগা খংনবা ভাপসিনি।

শরৎ — ঋতুবিষেশনি চহি অমগী মন্নুংদা ভাদ্র আশ্বিন ২ অসি অথোইবনি।

শর্ম্মা — ব্রাহ্মন জাতিগী সাধারন ওইবা উপাধিনি "শর্ম্মা"

শর্ম্মা মঙ্গল ফোংদোকপা শব্দনি মরম অসিনা তালব্যশ ভৌদগী থোকপা ময়েক ব্যঞ্জন বর্ননি হায়রিবা বর্ন অসিনা মঙ্গলতবু ৱা ওইনা পুথোকই। অতুনা মহাক্কী শব্দশিং য়েংলুরগসু অযাম্বদা মঙ্গলগী ৱাহৈ তাক্না ওইনা পুথোকই।

## "ষ" ব্যঞ্জনবর্নগী ১৩ শুবা

ষট, ষড়ভুজ, ষটচক্র, ষন্মাস, ষষ্ঠি, ষড়ৈশ্বর্য্য, ষটকোনা ষন্মার্গ শ্রীভগবান্না ষড়ভুজ পান্বোম তরুক্ক লৈতেং ওইবা মূর্ত্তি অমা পুথোকই অঙকপনি। ফজৈ নুংশি য়েংবদা ভক্তশিংগী থমোইদা নুঙাইবা অপেনবা পোকহনলি। হায়রিবা রূপ মূর্ত্তি অসি দেবতা অহুমগী মূর্ত্তি ফোংদোকই, মহুদি শ্রীরাম, শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীগৌরাঙ্গ অহুম অসিগী রূপ মূর্ত্তিবু পুনপ্না অমত্তুদা ওইনা উহল্লি। শ্রীরামচন্দ্রগী লিরুংতেন, শ্রীকৃষ্ণগী মুরলি বাঁসি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী কমণ্ডলু দণ্ড পুম্নমক অসি অমত্তা ৱাত্তনা পুথোকপা মূর্ত্তিনি য়েংবদা অঙকপনি ফজবসু হায়নিংঙাই লৈতবনি।

ষষ্ঠীদেবীধ্যান তৌবগী মন্ত্র যথা— ওঁ ষষ্ঠাং শাং প্রকৃতেঃ শুদ্ধাং সুপ্রতিষ্ঠাঞ্চ সুপ্রভাম্। স্বপুত্রদাঞ্চ শুভদাং দয়া রূপাংজগৎ প্রসুম শ্বেত চম্পাকবর্নাভাং রত্নালঙ্কার ভূষিতাং। পবিত্ররূপাং পরমাং দেব সেনামহং ভজে।

মন্ত্র অসিনা ধ্যান তৌরগা পুক্নিংগী অপায়না হান্না পূজা তৌগনি, অমুক হন্না ধ্যান অমম্বুং আবাহনচিংবা তৌগনি। ওঁ হ্রীং ষষ্ঠ্যৈনমঃ মন্ত্র অসিনা হেক ওম্নিবমথৈ পোৎ পুম্নমক লোইনা কৎকনি, পূজা তৌগনি অমম্বুং থুরুমগনি অসিগী মতুংদদি ব্রতগী রাগী তাগ-হবনি। মতাং অসিদা অসিমক্ত্বং—

ষষ্ঠাংশা প্রকৃতের্যাচ সাচ ষষ্ঠী প্রকীর্ত্তিতা।
তস্যাঃ পূজাবিধৌ ব্রহ্মণ ইতিহাস মিমং শৃনু॥

ষষ্ঠী হায়বসিগী মরমদা দেবর্ষিনারদ মুনিগী মকমদা শ্রীনারা-য়ননা হৌদোকখিবনি, তাকখিবনি, মহাদি মাতৃকা ১৬ কী মহুংদা ৬ শুবা অসি প্রকৃতিগী ষষ্ঠীদেবীনি, হায়খি। অহুগুম্বা দেবীগী পূজাগী মরম অমদি শিরবা ইতিহাসকী ওইবা রাগি কয়া নারদগী মকমদা হৌদোকখিবনি তাহনখিবনি।

ষড়ৈশ্বর্য্য — ভগবানবগী ঐশ্বর্য্য তরুক, ঐশ্বর্য্য, বীর্য্য, যশ, শ্রী, জ্ঞান বৈরাগ্য অসিনি। হায়রিবা ৬ অসিগী মমিং "ভগ" কৌই মরম অসিনা ভগবান হায়রনি। মতাং অসিদা ভগবান হায়বা রাই অসি ভগবান্দি যামই॥ শির

ভগবান, ব্রহ্মাভগবান, শুকদেব ভগবান, অসিগী মতুং ইন্না ভগবত্তীসু কয়ানি অহু ওইরবদি পুন্নমক মান্নবদি নত্তে, মরমদি থেংনবগী মরমদি সৃষ্টী-স্থিতি প্রলয় অসিদি অতৈ ভগবান্না ওমদে, বিষ্ণু ভগবানতনা ওমই থেনবদি অসিনি।

ষট্‌পুরুষ — পিতৃ-মাতৃগী পুরুষ ৩/৩ বু হায়রনি, মতুদি পিতৃ-পিতামহ, প্রপিতামহ, মাত্মা মাতামহ, প্রমাতামহ, ৬ অসিনি।

ষড়্‌রিপু — মীওইবা হায়বা অসিগী মফমদা য়েক্নবা ৬ অসি লৈ মতুদি কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মাৎসর্য্য, অসিনি, মীওইববু ৬ অসিনা থুহুম মচল্লিবনি ৬ অসি থাদোকপা লাম্থোকপা ওন্নবা মীদো বৈরগ্যানি মহাপুরুষনি।

ষড়ৃতু — ঋতু ৬—যথা —শরৎ— হেমন্ত—শীত—বসন্ত—গ্রীষ্ম বর্ষা হায়রিবা ৬ অসিনা মফম অমদা পুন্না লৈরিবদি শ্রীমধ্য বৃন্দাবনতদা লৈবনি।

"ষ" মুর্দ্ধন্যষ মহাক্না পোকফম হোৌরকফম কোক্নি মহাকপু উচ্চারন তৌবাকান্দা শ্বর অসি কোক্তা পুথংলি মরম অসিনা মত্তেক অসিগী মমিং মুর্দ্ধন্যষ কৌরিবনি।

## "স" ব্যঞ্জন ময়েক ৩২ শুবা

সন্তান, সমান, সন্ধি, সংযুক্তা, সংস্কার, সম্মেলন, সন্নিধান, সভা সহদেব, সমুচ্চয়, সঞ্জয়, সপ্তমী, সপ্ত, সমবেতা, সদানন্দা, সনৎ, সনাতন, সনতকুমার, সভাপতি, সদস্য, সটিক, সস্তি, সময়, সত্যব্রত সত্যজিৎ, সমান, সনা, সখি, সমুচিত, সন্দং, সখী, সনাও, সঞ্চয়, সশ্য সম্প্রদায়, সফেৎ, সঙ্গাই, সঙ্গোই, সম্থি, সনয়ুং, সঙ্গোম, সখী, সন্তান, সন্তুম, সংস্কৃত, সংস্কার, সঙ্গঠন।

সংবাই অচৌবা থুমোক, উতোং ৬৪ হায়না চম্বা কৌ ওম্থোক ওনসিন তৌনবা থুমোক অদুবু সংবাই হায়না চৎনরি ওসিম্নু খংনরি। মতমগী মতুং ইন্না অরুম্বা মরু-মরাংনচিংবা অস্নুক লুমই খংনবা কিলো-গ্রাম মুং অচৌবা-মচা কয়া কয়ানি। মগি ওইবা ওন্নবা লিটর অতেন-অশাং খংননবা মিটর পুগমক অসি হৌজিক চংনরিবা মেট্রিক-সিস্তেম্নি।

সমানং যেচ পশ্যন্তি ত্বাঞ্চমাঞ্চ মহেশ্বরম্।
কুর্ব্বন্তি পূজামতিশ্ঞ জ্ঞেয়াস্তে বৈষ্ণবা জনাঃ।

মী অয়াম্বনা মখোয় পূগয়ক্না ব্রহ্মাবু মহেশ্বর শিবমহাদেববু অমস্তুং ঐবু সমভাব হায়বদি চপ মান্নবা মিৎয়েংদা অমত্তনি হায়বা, ব্রহ্মা-বিষ্ণু, মহেশ্বর তোঙানবা নত্তে অমত্তনি খল্লুনা য়েংলবা খল্লিবা অতোপ্পনি খনদ্রবা মী মখোয়শিংদো পুকচেন শেংলবা বৈষ্ণবনি।

সচ্চিদানন্দ তনু শ্রীব্রজেন্দ্র নন্দন।
সর্ব্বৈশ্বর্য্য সর্ব্ব শক্তি সর্ব্বরস পূর্ন॥

সংচিৎ আনন্দগী মশক ওইবা শ্রীঅঙ্গনি, ব্রজগী অমুবা থানি শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনি, ঐশ্বর্য্য তরক্ক। লৈত্তেংবা শ্রীভগবান্নি, অমাম্বা শক্তিনা তিনবনি রস পুম্নমক্কী তুংনফম্নি।

"সন্ধ্যা হলে আপনারদ্বারে সবেমিলি কীর্ত্তন করেন সবেদিয়া করতালি।"

সন্ধ্যা ওইরকপা, নুমিৎ তাররক্লবা মতমদা হে ইবুংঙো! নহাক্কি ননাক্তা ভক্ত-বৈষ্ণব পুম্নমক তিল্লিবনি। কীর্ত্তন তৌই—শকই-শোল্লি নংগী নগুণতবু শক্লি; খুবাক্তা তান থাই, পুম্নমক নুঙাইনরি অরাবা কয়াম্নু থনবিদে, হরাওনরি চিংনবা পুম্নমক থাদোকই।

সংকীর্ত্তন হইতে পাপ সংসার মোচন।

চিত্ত শুদ্ধি সর্ব্ব ভক্তি সাধন উদ্গম॥

ভক্ত ওইবশিংনা হরি সংকীর্ত্তন হরিনানগী গুণ-নাম তত্তনা কীর্ত্তন তৌবা শকপনা মরম ওইদুনা সংসারদগী, হারবদি ঐ-ঐগী সনা লুপা সম্পত্তি যুম, নুপী-অঙাং হায়রিবা সংসার অসিদগী বৈরাজ্ঞ্য ওইরকই। অমম্নুং পুক্নিং অসি সেংলকই ভক্তিদা চংশিননিংই, হে মীওইবা থৌরাং তৌ চংলকউ লাও অথিংবা লৈতবনি নুঙাইবা পোক্লিবনি॥

সংগ্রাম — যুদ্ধ, রণ, সমর, লড়াই, মথোয় অসি রনভুমি হায়বনি।

সংজ্ঞা — চেতনা, জ্ঞান, নাম, মমিংনি, বাথলবুম্নু থংনৈ অদুগা খুংনা ইদুনা তাকপা শংহনববুম্নু সংজ্ঞানি।

সংসার — মিথ্যা জ্ঞাননা মরম ওইদুনা লৈরিবা, অমদি গৃহস্থাশ্রমদা লৈরিবা হৌজিক্কী জগৎ অসি সংসারনি।

সংসারমার্গ— যোনি ভোগ— মৈথুনকর্ম্ম অ'সি সংসারগী লম্বীনি।

সংস্কৃত — ভাষা বিশেষনি পুন্নমক্তগী অথোইবনি, দেব ভাষানি, য়াম্না ফজনা সেংদোক্লবা কনামত্তনা আপত্তি তৌবা য়াত্রবা মরেক্কি শব্দনি।

সংহিতা — ঋষি, মুনিনা মুয়া থল্লগা লেংখ্রবা ধর্ম্মশাস্ত্র, স্মৃতি ধর্ম্ম সংহিতানি।

সঙ্কর্ষন — আকর্ষন হায়বদি ভগবান বিষ্ণুনা দেবকিগী গর্ভ চিংথোক্লগা রোহিনীগী গর্ভদা হাপ্ল হায়না যোগমায়ানা আকথিবা অচুম্ব মরম ওইচ্লা বলদেববু মপাঙ্গল মথৌনা কৌ হায়চুনা বলরাম কৌরিবনি, আকর্ষন তৌচুনা পোকই হায়চুনা সংকর্ষন।

সঙ্কীর্ত্তন — য়াম্না চংথোনা দেবতাগী নাম উচ্চারন অমসুং গুণশিং হিংচংশিং শক্ত-শোয়ি হায়চবা সঙ্কীর্ত্তন কৌরিবনি।

সঙ্গম — তুরেনশিং অমগা অমগা তিননবা সঙ্গম্নি। গঙ্গা-যমুনা সরস্বতী ৩ অসি তিনৈ হায়চনা ত্রিবেনী সঙ্গম গুসি থংনরিবসিনি। অচুগা স্ত্রী-পুরুষ ২ মিথুন্নি ভাব তিন্নববুম্নু সঙ্গম কৌরিবনি।

সত্যযুগ — যুগ মরিগী অহানবা যুগ সত্যযুগনি।

সদয় — হায়বসি, কৃপান্বিত, দয়ান্বিত, করুনান্বিত মথোয় অ'সি সদয়নি।

সদ্যোজাত— নৌরিবা হৌজিক্তা পোকপদা ঙাইরিবা নৌরিবা ঙোং ঙোং শারিবা থিজংলকপদা ঙাইরিবা, অনৌবা চহিস্থ থংমগনি।

সনক — শ্রীবিষ্ণুগী হেন্না চাম্বা ঊর্দ্ধবায়ু ওইবা ব্রহ্মাগী মচা মরিগী মধুংদা সনক অথোইবা বিষ্ণুগী অচানবনি।

সন্ধিপূজা — শরৎকী ওইবা মহাপূজাগী মপুংচমবা অহুমশুবা পূজা অষ্টমী নবমী ২ গী তিন্নবা মতমদা তৌবা পূজানি।

সন্ন্যাসি — কাম্যকর্ম্ম পূরবক থাদোক্লবা ৪ শুবা আশ্রমদা লৈবা যতি কৌই।

সপ্তশতী — শ্লোক ৭০০ না পরিপূর্ণ ওইবা অথোইবা লাইরিক শ্রীচণ্ডীনি।

সমকন্যা — বিবাহ তৌবদা মতিক চাব্বা কন্যানি।

সম্প্রদাতা — করিগুম্বা পোৎ অমবু মাগী ওইরবা মীগী ওইরবা হায়বদি পিথোকপ্রবা দান তৌথোক্লিবা অমমুং মানা হেক পোকচবা মচানুপী কন্যাবু মতিক চাবা বরদা পানিগ্রহ তৌহনা কৎথোকপা সম্প্রদাত্রি।

সপ্তসমুদ্র — লবণসমুদ্র ( থুমগী মস্তাক য়াওবা সমুদ্র ) ইক্ষুসমুদ্র ( চুগী মহিগী মঅম অমমুং থয়ন্থ থুবা সমুদ্র ) সুরাসমুদ্র ( কলাগী মতৌঙবা মখিনা য়াওবা সমুদ্র ) ঘৃতসমুদ্র ( ঘিগী মঅম অবা সমুদ্র ) দধিসমুদ্র ( শঙোম অমমুংগী

মনম য়াওবা সমুদ্র ) দুগ্ধ সমুদ্র ( সঙ্গোম অনৌবগী মহাও য়াওবা সমুদ্র) জল সমুদ্র (ঈশিং মাত্র ইচম চম্বা সমুদ্রগী ঈশিং ইচম চম্বা মহাও লৈবা সমুদ্রনি )

সপ্তদ্বীপ — দ্বীপ ৭= জম্বুদ্বীপ, শাকদ্বীপ, শাল্মলীদ্বীপ, কুশদ্বীপ ক্রৌঞ্চদ্বীপ, প্লক্ষদ্বীপ, শ্বেতদ্বীপ। মীওইবগী দেহদা জম্বুদ্বীপ শরুদা লৈবনি, শাকদ্বীপনা মীওইবগী ঈদা লৈ, হকচাংগী শরু তিনফম সংযোগতা শাল্মলী, কুশদ্বীপ্পা মাংস ফত্তবদা লৈ, ক্রৌঞ্চদ্বীপ্পা কোক্তা লৈ; প্লক্ষদ্বীপ্পা তু খুদিংদা লৈ, শ্বেতদ্বীপ খোইদোদা লৈ দ্বীপ ৭ কী লক্ষননি।

সপ্তপাতা — উত্তর গীতাগী মত্তা শ্রীভগবান নিম্নভাগবর্ননা তৌরিতল শ্রীপাদগী মথানি ; বিতল খোংমিংকী মথক্কি ; নিতল, কৈফগন্নি স্তুতম—খুকউনি, মহাতল খুংবাম—রসাতল কটিদেশ খ্বাংনি।

"তল" শ্রীভগবানগী চরণ মথকফাওবা। "বিতল" জান খুকউ। "সুতল" সন্ধিগী শিত্র অহোবা। "অতল" গুহ্য অথুপ্পা মফম। "তলাতাল" মুপা ওইবগী খুদম। "রসাতল" কটিদেশনি "পাতালনি।"

সপ্তধাতু — শুক্র, শোনিত, মজ্জা, মেদ, মাংস, অস্থি, ত্বক অসি ৭ ধাতুনি।

ব্যঞ্জনময়েক্কী দক্তেস অসিগী শব্দ ৱারেং কয়ানি অতুবু ঐনা লোইনা থংউৎপি ওমজদবনা থরস্নিদং পুথোকচরি।

## "হ" ব্যঞ্জন য়েক ৩৩শুবা।

হ — অহাম্বমক্তদা হরিনাম লৈতেং ওইরি —

হরে কৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।

হরে রাম হরে রাম রাম-রাম হরে হরে ।

হরি-হরেকৃষ্ণ-হরন-হরিন- হর-হবনীয়- হব্যম-হবিষ্যান্ন-হরিদাস হরিমোহন হবিলদার, হঙোইবম, হকচাং, হংচীৎ, হয়েং হঙ্গামমরু হঙোই, হংব, হঞ্জবম, হংবু হংলুরবদি হয়েংনি হংচিংনি হংলুবনা কানরিবসি থংলেদনা হংগদবনি হংদনা ঐ থংই, হেক্তা য়াবনস্তে। হংলমদনা অম্মম চৎলমলবদি শোইরোইদ্রা হাইবনি, হৌজিক্তি মন সেংলেদনা থংলে হাইবা নখোইনা মুন্না থংবস্তু নস্তনা নং অমা থিত্তং হৈমনশিংমনখ্রে। হৌজিক্তি হংহৈরুবগী কানবতু ফংলবনিনা ঐখোইগী চিংনবস্তু কোকলবনি চৎলসি যারেদনা করে (২) হংচিৎ নিকো কাওগনি।

"হরি হরি বলভাই কর মহাযজ্ঞ।।

মীপুম্নমকী মকমদা পাওজেঞ্জরিবদি মতম চুপ্পদা হরি হাইবা শব্দ অসি কাওরোইদবনি, হরি হরি শোলু ভাই হরি মান পেম্বিবনি। অমুকস্তু তাও ভাই হরি মান পামজবদি যজ্ঞনি যজ্ঞতবু পামবনি মরম অসিনা মহাক্ন পেম্বিনবগীদমক যজ্ঞ তৌরসি হরিগী যজ্ঞ (২)।

হ — হারয়ে নার্পয়েদ যস্ত তুলসী কাষ্টসম্ভবাম।

মালাং ধত্তে স্বয়ং মূঢং সযাতি নরক ধ্রুবম ।।

কালিতাং পঞ্চগব্যেন মূলমন্ত্রেন মন্ত্রিতাং।
গায়ত্র্যা চাষ্ট কৃত্বোবৈ মন্ত্রিতাং ধূপয়েচ্চতাম।।

অপংবা জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা তুলসী মালাবু শ্রীভগবান্দা কংপা নত্তনা হেক্তা শিজিলিবা মী অদো সোইদনা নরক তাই খংগদবনি কাওরোইদবা রানি। অতুগুম্ব তুলসী মালা অদু অহানবদা পঞ্চগব্যনা মরম ওইহনা সেংদোক্লগা, অতুগী মথক্তা অমুক মূল মন্ত্রজপ অমুক তৌগনি। অমসুং অদুগী মতুংদা অমুক গায়ত্রী জপ তৌগনি, পুন্নমককি মতুংদা ধূপকী মৈথুগা শম্নহনগা মন্ত্রগা মরম ওইহনা বিষ্ণু মন্ত্রনা পূজা তৌগনি। অমসুং অদুগী মতুংদদি ধারন তৌবা য়ারে মসি বৈষ্ণবশিংনথকা থাদোক্কে নিয়মনি।

হরি — হরে: সংকীর্ত্তনং পুন্যং মহাপাতকনাশনং।
সর্ব্ব কাম প্রদং লোকেহ্যপবর্গ ফল প্রদম।।

হরিনাম সংকীর্ত্তন তৌব থক অরেম্বওইদে খোইদোক হেন্দোক্ল মহা পুন্যগী মখলনি, অমসুং মী অদুগী মশাদ লৈরম্ব পাপ কয়া কোকথিজনি, অদুগা মী অদুগী অপাম্ব মচা-মরন পি অমসুং হিংলিন্ডে নম্রনবা নিরুলস্থ মুক্তি কাংলিবখি।।

হংসবাহন — ব্রহ্মা প্রজাপতি অসিগী বাহনদি কাংজনি তৌরবনি কাংও।

হট্ট — লৈব য়েরবগী অকম ওইথিবা বাজারনি।

হুতাশন — হুকাইবা থাদোক্লবা হাইথদি ইকাইবাখংজবা।

"দিগম্বরনি" অমদি ধর্ম্মগা মরি লৈনদ্রবা বিশ্বাস ঘাতক পুম্নু থংনগনি ফত্তব মী।

হতভাগ্য — লাইবকখিবা মী পূর্ব্ব জনমদা তৌখিবা পাপ অদৃষ্ট।

হনুমান — হনুমানগী মমিং বানর অথোইবা, পবননন্দন কুংশিংকী মচা অঞ্জনা নন্দন

হবনীয় — হোমতৌনবগী অয়াম্ব পোৎ অমসুং হোমগী মতিক চাব ঘি।

হরিতলী — ভুর্ব্বাতিংথোবু হাইবনি, বিশেষনা থংহনলিবদি সৌরভাদ্র মাসকী হাইথদি থৌরান থাগী পান থংলকপা অমদি শিথরকপগী চতুর্থী মরিনি পায় ৪ নিকোম্বদা থোকপা থা নষ্টচন্দ্রনি থেংবাকত্তে।

হরিনেত্র — অঙৌবা থাম্বন, শক্তিগী মমিং, মমিং নাপু মাম্ব, মকু মমিং অসি থংনগনি।

হরিবাসর — একাদশী অমসুং দ্বাদশী থুমিং অসি হরিবাসর কৌই।

হরিশয়ন — শ্রীহরি বিষ্ণু ভগবান চেপথিবা থুমিং হরি শয়ন কৌই।

হরিশ্চন্দ্র — নিংথৌ অথোইবনি ত্রেতাযুক্তা সূর্য্যবংশগী কুমনিশানগুবা নিংথৌ হরিশ্চন্দ্র মহারাজনি।

হরি-হর — হরি হর শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মহেশ্বর মহাদেবগা তং-
খাই ( ২ ) নি।

হলা-হল — "হ"নি সমুদ্রনৈবদা অহানব থোকপা কালকুটনি
হলাহল

"হ" ব্যঞ্জন ময়েক্কী কুন্থ্রাহুমদোই শুবা ময়েক অসিগী থোম্থোক রাহৈ রাতা অঙকপনি হরিগী সিমানা খংব ঙমদবগুমই অসিদা লোই গনি হাইবঙমদ্রে মতাং অসিরাইদা ইতি।

"ক্ষ" ব্যঞ্জন ময়েক ৩৪ শুবা

ক্ষত্রির, ক্ষতা, ক্ষমা, ক্ষনদা, ক্ষত্রিময়ুম, ক্ষেত্রানি, ক্ষত্রিয় হায়বা জাৎ অসি লৈরমদ্রবদি লৈপাক কনান ঙাকপিগনি। লৈপাক ঙাকপা লান তৌবা অকনবগী থবক পুম্নমক ক্ষত্রিয়শিংগী থৌদাং ওইনরিবনি।

ক্ষ — ক্ষত্রিয় রুধির ময়ে জগদপ গত পাপং শ্নপয়সি পয়সি
শমিত ভব তাপং কেশবধৃত ভৃগু পতি রূপ জয় জগ
দীশ হরে ।।

(জ) শ্লোক অসি দশ অবতার ৬শুব। অসিনা খংহনলিবদি

রাথরলৈরে অবতার অসিনা তাকলি শ্রীভগবান মথল কয়াগী অবতার তৌই, ৬শুবা ভৃগুপতিনি, ব্রাহ্মননি সন য়াম পামই। মহাক্না মথোম থোকপি সনবী কয়া লোয়রমই। নোংমদি ইখং খংহৌদনা মাগী সনবীশিং হুরানখ্রে, মানা কনান তৌরিবনো ধ্যান

তৌদুনা য়েংবদা উয়ে লোয়না খংখ্রে। মতম অদুদা অভিশাপ চৈখি, ঐগী সন হুদুনা পুরিবা নখোয় ক্ষেত্রিয়নি ঐ মুন্না খংলবনি মরম অসিনা পৃথিবী আসদা ক্ষেত্রিয় ১মত্তা থএলরোই হায়না অকনবা ৱাশক তৌখি। মরম অসিদগী "পরশুরাম" না পিতৃনত্য পালন তৌগে হায়দুনা মখুৎ চাবা থাংশাং, ১মা পাইরগা কোইনা চত্নুনা ক্ষেত্রিয়শিং হাৎলকপসি ২১ রকশুনা হাংপনি। ক্ষেত্রিয়শিং পোকলকই হাৎলি (২) অস্নুন্না ক্ষেত্রিয়শিং গিরি গুহাদা চংদুনা (১) লোৎখি, অদুম ওইনমক থি (২) দুনা ওৎপদগী পৃখিবীদা ক্ষেত্রিয় ১মা ফাওবা থিবা খংখিদ্রবনি।

মতৌ অস্নুন্না মতম কয়া হৌরবা মতুংদা ভগিরথ মহারাজনা স্বর্গদগী গঙ্গা পুথরকুনা সাগরগী মচা কয়া সর্গতি ওইখ্রবা মতুংগী ৱানি। অদুন্না মথং (২) চথরপনা ভগিরথ মহারাজদগী মথং (১) চথরকপসিনা কয়ামুক নিংথৌরেন কয়া চথরকখি। অস্নুন্না চথরকপনা সৌদাস কৌবা নিংথৌ ১মগী হাক্তুক্তা সৌদাসকী ভার্য্যা মদয়ন্তী কৌই। সৌদাম লমচৎ ব্যবহার কাইবা মী ওইবগী লমচৎ চত্তবা মুনি বশিষ্ঠগী মফমদা ব্যবহার কাইরুবদগী বশিষ্ঠগী অভিশাপন ৱাক্ষস হিংচাবা ওনখিবনি। অনপত্যনি মচাম্নু মাগী লমচৎ অদুনা ফংখিদবনি, মদয়ন্তি মচা থোইনা পাম্বিনী, জায়া-পতি ২গী এ কমদা বশিষ্ঠনা যোগগী শক্তিনা মদয়ন্তী মচা পিখি। অদুবু মদয়ন্তি চহি ৭ চুপ্পা গর্ভ ধারন তৌখিবনি, ৱা অসি বশিষ্ঠনা খংলক্লহনা নোংমা বশিষ্ঠ লাকখি। বশিষ্ঠনা মদয়ন্তিগী অবস্থা

য়েংলগা মহাক্র মদয়ন্তিগী মবুক্তা মুং ১মা পাইরগা য়ৈবদা খুদক অতুমক্তদা মদয়ন্তি মচা নিপা ১মা পোকখি, অর্থাৎ অসিগী মমিং "অশ্মক" মমিং অসি থোনখি। অশ্মকনা অমুক বালিক পোকই, বালিক অসি মতম অতুগী নুপি ময়াম্না কোইসন্দুনা পরশুরামগী অশাওবা ক্ষেত্রিয় হাৎপগী অশাওবা অত্থগী কনখি। বালিক ক্ষেত্রিয়নি মরম অসিনা পৃথিবীদা ক্ষেত্রিয় মত্ত লৈত্রিবসি লৈননবগী কনখিবনি। হায়রিবা বালিক অসিনা মরুওইনা ক্ষেত্রিয় মথং (১) শন্দোক্তুনা দশরথ-ঐড়বড়ি-মথংদা বিশ্বমহ মচা রাজর্ষি খত্বাঙ্গ অহুম্না মথং (২) ক্ষেত্রিয় সন্দোকখিতুনা ওসি পৃথিবী অসিদা ক্ষেত্রিয়-শিংনা অকনবনি রাশকচেৎপনি তৌগেনিংঙবা হেক্তা ওম্বা জাতি অকনবনি। অথাং কনবা ধর্ম্ম লৈবা ঈশ্বর চেংনা থাজবা মরম অতুনা হরি শ্রীকৃষ্ণনা চানবা ক্ষেত্রিয়কয়ানি।

ক্ষনদা — ক্ষনদা হায়বসি অহিংগী মমিংবু হায়বনি রাত্রি-নিশা

ক্ষত্তা — ক্ষত্রিয়গী গর্ভদা ব্রাহ্মনদগী পোকখিবা জাতিবিশেক দাসীপুত্র বিদুর।

ক্ষত্রিয় — চতুর্মুখ ব্রহ্মাদগী পুথোকখিবা পোকখিব বর্ন বিশেষ ক্ষত্রিয় নিংথৌ ওইবা ২শুবা বর্ননি।

ক্ষপা — ক্ষপাসু অহিং খংই, রজনি—রাত্রি-নিশা অসিনি।

ক্ষমতা — হায়বা রা অসি মতিক চাবা তৌবঙম্বা হায়বনি।

ক্ষমী — খাংবা কনবা, পুকচেন চাওবা-তিতিক্ষুসু হায়নৈ।

ক্ষয় — মযেং তাবা নিলয়-নাশ-রোগবিশেষ রাজ যক্ষ্মাসু খংই

ক্ষয়কাল — যুগ অমা লোইরতুনা মাংখবা যুগপু ক্ষয়কাল্লি।

ক্ষয়পক্ষ — কৃষ্ণাপক্ষ সিথরকপা থাব্ ক্ষয়পক্ষ কৌই।

ক্ষয়মাস — চহি অহুমগী মল্লংদা মলমাস ওইববু হায়বনি।

ক্ষান্ত — থাংবা কনবা অমস্তুং পূকচেন চাওববু থংনগনি।

"ক্ষ" ব্যঞ্জন ময়েক অসিগী থবদং পুথোকচবা লোইরে।

মথক্তা হাইথ্রবা পনথ্রবা (জ্যোতি) মঙান পুম্নমক্কী ওইনা ঐনা থংজবা উজবা থেংনজরুবা কয়া ফোংদোকচখরে। হায়নিংবা হাপ্লিংবা কয়া কয়ানি, মথেন মথেন্নি, অদুবু ঐগী দমক্তদি নত্তাং অসিদা লোইশিঞ্জরে। পুম্নমক্কী অরোইবদা মঙান কয়া ফোংদোকচখরে মথংদা মিংয়েং তাবিরসি মঙান পুম্নমক্কা তিল্লবা মহাপুরান শ্রীমদ্ভগবতকী রাজর্ষি পরিক্ষিৎকী মফমদা বাদরায়নি শ্রীশুকদেব মহামুনিনা লিখিবা রাবিনি। মতাংনা ভারতবর্ষ করিদগী থোনখিবা মিংনো? অমদি দ্বীপ, বর্ষ, পর্ব্বত নদ-নদী অসিনচিংবা অমস্তুং আকাশ মণ্ডল, ভূমণ্ডল, নক্ষত্রনচিংবা অসিনি অমুক্তং মিংয়েং চিংশিঞ্জরি সার্ব্ব ভাবুকা."

## তাং-নীগী ১৬ শুগা

শ্রীরাজর্ষি পরীক্ষিৎনা ভগবান শ্রীশুকদেবগী মফমদা হংজখি, প্রভো। ভারতবর্ষ কৌখিবা, অমদি মহাক্কা (ভরত) কী বংশনা পাকশন্না চাওখৎখিবা বননা অসি তাবগা থোইদোক্কা পেঞ্জখিবা অমস্তুং মহুদা পুক্রিং চিংশিনখিবা। তৌইগুম্বস্তুং প্রিয়ব্রত উপাখ্যানি মতাং অসিদা ভগবান শ্রীশুকদেবনা পৃথি মণ্ডলগী প্রসঙ্গস্তু চাওরাক্কা

ফোংদোকখি। মতাং অসি মহাক্না ( পরীক্ষিৎ) না থোইদোক্না খংনিংখি। মরম অসিদগী ভগবান শ্রীশুকদেবগী মফমদা পরীক্ষিৎনা খংনিংলিবা পুন্নমক হংজগ্রে। হে ভগবান! মফম অসিদগী অসি ফাওবা ভগবান সূর্য্যদেবনা মঙান পী, অমস্তুং মফম অদুদগী মফম অসিফাওবা গ্রহনক্ষত্রনচিংবা চন্দ্রদেবগা লোইননা তিনরগা মফম অসি যাওবা মঙান শন্দোকখিবা পুন্নমক অদুগা ভুমণ্ডলগী পাক-চাওবগী রা অসি হাননা তাকপিগ্রে। অসিগুম্বা ভুমন্দল অসিদা স্বায়ম্ভুমনু পুত্র প্রিয়ব্রত্তনা দোলাইদা তোংলগা পৃথিবী অসিদা কোইখিবা, মতম অদুদা দোলাই ( চক্র ) না কাংখোংনা মফম ৭ লুনা লুনা তৌখি, হায়রিবা ( চক্র ) কাংখোংগী মফম ৭ অসিদা ঈশিংগী লৈফম ওইদুনা সমুদ্র ওইখিবা পুন্নমক অসিস্থু ইবুঙো নহাক্তুগী তাজগ্রে। মফমশিং অদুনা "সপ্তসমুদ্র" ওইখিবা অমদি পুন্নমক অসিগী পরিমান চাওবা পাকপা শাংবা পুন্নমক অসিদি ঐঙোন্দা শুগাইনা খংহনবিখিদ্রি। মরম অসিনা ঐনা মহু মুন্না খংজদে, মুন্না অমুক্তা ফোংদোকপিরো, মহু ঐনা খংগে হায়বগীদমক খোরাংবামা পোকই। তৌইগুম্বস্তুং মসি অতোপ্পা প্রশ্ন অমা নত্তে মরম অসিনা ঐ অসি মুক্তি কামীনি, অদুগী অনুকুল ওইরগা বিষয় পুন্নমক ঐঙোন্দা মুন্না খংহনবিগনি।

মরমদি জগৎ অসিদা স্থার জঙ্গমচিংবা কয়ামুক অসি ঈশ্বরগী শক্তিনি ময়ানি, ঈশ্বরগী স্থুল শরীরদা লৈবঙাক্নি, ঈশ্বরগী স্থুল রূপ অসিদা অন্তকরন লৈবদি নত্তে, মরম অসিনা যোগ শাস্ত্রদা স্থুল বস্তুদগী হৌরগা সুক্ষ্মবস্তু যোগিশিংনা উপদেশ তৌদুনা হায়থরে।

মরম অসিদগী ঐনা মতম অসিদা অসিগুম্বা শ্রীভগবানগী স্থূল পদার্থ থুদিংগী পরিমান পাকপা চাওবা অমসুং মহাক্কী লক্ষণ মশক মওং অসিনা মরম ওইদুনা চংখোম্মা খংজরে। অদু ওইরবদি সুক্ষ্ম পরব্রহ্মগী ধারনানি অতোপ্পা অমা নত্তে। মরম অসিনা হেগুরো! ঐগী মফমদা থোজানবিদুনা হায়রিবা পুম্নমক অসে তরু তরুনা ফোংদোকপিয়ু হায়রিবা পুম্নমক অসি মপুংফানা খংহনবিরো, সুক্ষ্মতত্ব অসিদা ঐ চংসিজ্জরগে।

ভগবান শ্রীশুকদেবমুনিনা পরীক্ষৎকী ৱাহংদা পেনখিদুনা ৱাহংদুগী মথং মথং উত্তর পিগে হায়না হৌগৎখ্রে। হে পরম ভাগবত পরীক্ষীৎ! নহাক অসি জগৎকী ভুগোলপ্রনালি পুম্নমক অমুক অখাকপা লৈতনা খংবা পাম্লি, তৌইগুম্বসুং নংনা খংনিংলিবা পুম্নমক অদু মীওইবগী আয়ু (পুন্সি) অসি তেনবনিনা ওইথোক্লোইদ্রা খল্লিবনি। পৃথিবী অসিদা মসিদগী অতোপ্পা দেশ কয়াসু লৈ, অদুসু মশিং নাইদে, মতম অসিদা ঐনা পুম্নমক বর্ননা তৌবদা ঐগী বিফল ওইগনি, নহাক্কীসু বিফল ওইগনি। সাধারন ওইনা করিগুম্বা বিষয় অমদা মপুংফানা বর্ননা তৌদ্রবদি, করিগুম্বা মদুগী প্রধান ওইবা শরুক খরদি সোইদনা ব্যাখ্যা তৌবা তাবনি, অমসুং ঐনা নহাক্কী মফমদা মদুমক তৌগনি, মরম অসিনা মরু মরু ওইবা অংশগী বিবরণ অসিনা মরম ওইম্বনা পুম্নমক অসি নংনা মুন্না খনগদবনি অসি হায়দুনা শ্রীশুকদেবনা অহানবদা মনাক নক্পা লৈবা জম্বুদ্বীপ্তগী হৌরগা পুম্নমক বর্ননা তৌবা হৌখ্রে।

শ্রীশুকদেবনা বর্ণনা তৌগদৌরিবসিগী মনুংদা ইলাবৃত বর্ষগী লোইদোকপা বর্ণনা খর উবা ফংই। মহুদা অয়াম্বা চিংগী লম উৎলি, মসিগী মনুংদসু তোঙান তোঙানবা চিংশিংগী চাওবা রাংবা অমমমগী তোঙাম্বা গুণ লৈরিবনি। অসিগী মনুংদা মন্দর পর্ব্বতনচিংবা চিং ৪গী মরনদা বর্ননা তৌরি, হায়রিবা অসি, থোইনা অঙকপা পোকই। হায়রিবা চিং মরি অসিগী "উ" ( বৃক্ষ ) মরি লৈ, মখোয়গী তোঙান তোঙানবা উগী তোঙান তোঙানবা জগৎ অসিদা ওইথোক্কবা মগুণ কয়া তাক্লি। ( হায়রিবা উশিং অসিগী মগুণ হায়রবদা উশিং অসিগী মশা পুন্নমক্কী চাওবা রাংবা মতিক মগুণ য়েংবদা তোঙান্না মশক তাকই ) হায়রিবা চীং অসিদা হ্রদ ৪ অসিগীসু বর্ননা তৌরি, অহুসু অলৌকিকনি। হায়রিবা হ্রদ ৪ অসিগী ঈশিংগী শক্তা সাধারন হ্রদগা য়েংনরুবদা তোঙাম্বা মগুণ কয়ানা তিল্লি, মতৌ অমুম্না অধ্যাত্মিকতগী উন্নতি ওইবা মহাক্কী শক্তিনি অমসুং ওমথে লৈতবনি। অসিগুম্না "হ্রদ"সি পুন্নমক্কী শেম্বনি খংনহুনা যক্ষ গনধর্ব্বনচিংবা দেব যোনিদা পোকপা প্রানিশিংনা সাধারন চুম্লত ঈকুজবদা ঐশ্বর্য্য মুঙাইবা ফংখি, মতৌ অসুম তৌনা অসিগুম্বা পূন্ন চেন্নবা ঈশিংসে "হ্রদ" পুন্নমক্কী ঈশিংগী প্রভাবতা য়েংনবদা যোগগী শক্তি পোকপা অহু নত্রগনা মফম অহুদা যোগ তৌরগনা অকনবা যোগী ওইনা ঐশ্বর্য্য ফংলগা মশাগী চাওখৎপা ওইরিবনি। মসিদা অমুক হন্না দেবতাশিংগী শান্নবদা মতিকচাবা উপবন অমসুমি, মরম অসিনা দেবতাশিংনা দেবীশিংগা বিহার তৌরিবনি হান্ননিংঙাই লৈতনা আনন্দ রসনা তিনবা মতিক-মগুণ কয়া ফংলিবনি।

দেবতাশিংনা মফম অসিনা শান্দা লাকই অমসুং মফম অসিদা থোই-লোক-হেন্দোকপা হুন্ডাইনা মাথন্না দেবতাশিংনা পান্নখি বন্দুনা বন্না তৌনরিমনি, অসিগুম্বা মফম অসে মফম অতোপ্পা কয়াগা য়েংনরুবদা অসিনা অথোইবনি, মরম অসিনা হায়রিবা মফম অসিদগী অমুক অহেনবা অমা অমুক লৈরমখিগদ্রা ? হায়বা ডমগদ্রা ?"

সুমেরু চিংগী মাইকৈ ৭ দা চিং ৭ লৈ হায়গে, চিং ৭ অসিনী মখাদা মন্দর পর্ব্বত্তা খাইগা মানব্রবা অথোইবা হৈনৌ পাম্বী অমা লৈ ( হৌই ) হৈনৌ অসিগী রসনা তুরেন ( নদি ) অমা ওইনা চেল্লি, মতুগী ঈচেল অতুদা স্নান তৌরগা স্বর্গগী দেবীশিংনা মথোয়গী মশা অতু সুবাসিত ওই, দেবীশিংগী অঙ্গগন্ধ দশযোজন অতুকি মতিক লাপ্পা মনম চৎলি। যক্ষ পত্নীনচিংবা দেবযোনি রমনীশিংনা থোই-দোকপা রাখলগা লোম্বননা মতম চুপ্পপা সেবা তৌতুনা লৈবা মফম্রি, উ অসিগী অমদি ফল অসিগী রাগিনি। মতম অসিদা অতোপ্পা উশিংগী রা অমুক হায়গে, উশিং অসিগী মনুংদা জম্বুবৃক্ষশিম্নু অমনি, উ অসিগী ( ফল ) মহৈ অসিদগী চেন্থরকপা মহিনা জম্বু নদী হায়না চেনখ্রে, মহাকী তৌবগুম্বা শক্তিসু অংকপনি। হায়রিবা তুরেন অসিগী লৈরাই ২ মকী লৈপাক অতু নুংশিং অমসুং সূর্য্য কিরনগা তিনশি-নুনা য়ান্না নকশিন্নখিবদগী মশক তোঙানবা অমা ওইতুনা সনামক ওইনা পরিনাম তৌখি। সাধারন ওইনা জম্বুরসগী ইচেন অসিনা মফম অসিগী লৈপাক অসে সনামক্তি হায়না ধারনা তৌরি, য়োৎনা করিগুম্বা মওং শাতুনা শিজিন্নরম্বা তোকখ্রে, অমসুং জম্বুনদীগী

লৈপাক্তবু পাম্নখি, মসিগী মরমদা বৈজ্ঞানিকশিংনা আলোচনা তৌবদা থংই। অশেংবনি মিথ্যা সত্তে, হায়বদি মফম অসি সনা ওইদনিঙাই ওইদে। থোইদোক্লা ভগবান ব্যাসমক্না হায়খি, "বাযবর্কসং যোগ-বিপাকেন" অসিদা মরম ওইত্নুনা বৈজ্ঞানিকী যুক্তিগী মতুং ইন্না খল্লব্রবনি, মফম অসিগী লৈপাক লোয়ননা জম্বুরসগা তিন্নরুবা অমসুং নুংশিং সূর্য্যাগী মঙান অসিগা লোয়ননা কন্না সংযোগ ওইখিবনা বিজাতি অমা ওইগ্রে, মতম অসিদা থোইদোক-হেন্দোক্লা সনাগী কয়ামুক ওইবা মওং কয়া পুথোকখি, মরম অসিনা জম্বুফলগী রসদগী পোকখিবা নদী অসি ময়ামদগী তোঙানবা মগুণনি থংনখি।

মতৌ অসুম্না মহাকদম্বুবৃক্ষ অমসুং বটবৃক্ষ অনিগীসু অমুক খনগদবা ওই। অসিগুম্বা চিং অসি য়াম্না থুপ্পনি বটবৃক্ষ অসিগী তোঙানবা অমসু থোইদোক্লা অলৌকিকনি। মসি কল্পবৃক্ষমক্তা গান্নে কনাগুম্বগী অপাম্বা ভোগ্যবস্তু পিরিবনি মরমদি মঙোন্দগী কয়ামুক ওইবা (নদী) তুরেন চেন্থরিবনি মখোয়গী জাতিগী ওইবা শক্তিনা বটবৃক্ষগী থোইদোক হেন্দোপা মগুণ ফোংদোকখি। তশেংনমক হায়রবদা ভোগ্যবস্তু ফংই মসিমক ওইশিবনি, তৌইগুম্বসুং হায়রিবা নদীশিং অসিগী সেবা তৌজবদা, করিগুম্বা কান্দা জরা মরনাদি হায়বদি অহন ওইশিনবা অমদি শিবগী দোষ অদু করিগুম্বদা ফংলোই মীচুগী মশাদা করিগুম্বা উপদ্রব লৈরোই ভোগ্যবস্তু পুন্নমক মরাং কায়না ফংই, করিগুম্বা মরম অমনা চাননবগী করিগুম্বা অরাংপা অমা লৈরোই।

সুমেরু চিংগী মখোংদা মহাক্কী মায়কৈ পুম্নমক শিনথুংনা কুরঙ্গ কৌবা চিং কয়ামুক অমসু লৈরি। সুমেরুগী নোংপোক্তা লিশিং তরানিপান যোজন লাপ্লনি, অব্রাংদা য়াম্না পাকচাওবা চিং অনি লৈ, মখোয়গী মমিংনা জঠর অমসুং দেবকুট মমিংনি। অসিগুম্বা জঠর দেবকুট চিং অনি অসি যোজন লিশিং ২ চাওই অমসুং ব্রাংই। মতৌ অসুম্না নোংচুপ্তা পবন অমসুং পারিপাত্র মমিং অসি কৌবা চিং ২ মসু লৈরি মখোয়সু যোজন লিশিংতরানিপান পাকপা-চাওবা ব্রাংলিবনি। অব্রাংদ পাকপা ব্রাংবা চিং ২ নি, যোজন লিশিং ২ নিনা লোম্বনি নোইবা ব্রাংলিবনি, মতৌ অসুম্না অমুক হন্না মখা থংবা মায়কৈদা কৈলাশ অমসুং করবীর মমিং অসি কৌবা চিং ২ লৈ, যোজন লিশিং তরানিপান ফাওবা নোংপোক লোমদা শন্দোকখি অমসুং যোজন লিশিং অনি ফাওবা নোই-ব্রাংই। মতৌ অসুম তৌদুনা অব্রাংলোমদা ত্রিশৃঙ্গ অমসুং মকর মমিং অনি অসি কৌবা চিং অনি লৈ, মসি যোজন লিশিং ১৮ ফাওবা নোংপোকলোমদা শন্দোকখি অমসুং যোজন লিশীং ১ ফাওবা নোই-চাওই অমসুং ব্রাংলিবনি।

পবন অমসুং পরিপাত্র অসিনচিংবা চিংশিংগী থোইদোকপা পরিমান চাওবা-ব্রাংবা শাংবা অমুক তোঙান্না ইদুনা তাকক্রে মরম অসিনা সাধারন ওইনা হাইবদি চাওব্রাক্ক পবন অমসুং পারিপাত্র চিং ২ অসিগা লোইননা য়াম্ন নকশিনবনা মরম ওইদুনা "উদগায়তৌ" অমসুং ত্রিশৃঙ্গ অমসুং মকর চিং ২ অসিগা লোইননা

য়াম্মনকশিন্ন "প্রাগায়তৌ" অসিগী শরুক ওইনা অর্থ তৌই, অমুক হননা পাকসন্না যুক্তি তৌতুনা য়েংলগা মাতু য়ারে হাইনা পুক্লিংদা লেপকনি। মফম অসিদা টীকাকারশিংনা থোইদোক্লা পাক সন্না ফোংদোকলমদ্রে। চিং ৮ না মাইকৈ মরি অসি কোই-শিন্দুনা লৈ, পুন্নমকী ময়াইদা সুমেরু পর্ব্বতন ঙানথোইরি। সুমেরু চিংগী ফজবা লংবা সনা মক্কি মঙাননি, মতম পুন্নমক্তা ঙান্দুনা লংতুনতা লৈ তশেংনমক ঐখোইনা মৈ মক্কি খন্বতাই। মাইকৈ মরিদা মিং ৮ লৈ, মখোইগী পরিমান চাওবা সাংবা রাংবা পুন্নমক মানৈ, মতম মতমগী ওইনা থোইনা ফজবনি পুন্নমক চপমানৈ অথোই-অহেন নাইদে অসুম্না পাক চাওই, মতৌ অসুম্না রাংই মওং অসুম্না নোই-চাওই।

মতৌ অসুম্ন থোইনা হেন্না ফজবা সুমেরু চিংগী মথক্তা ময়াই মত্তদা সনা মকুনা সাবা কোন্নুং য়াম্ন লংলবা কোন্নুং অসি পিতামহ চতুর্মুখ ব্রহ্মাগীনি। মহাকী পাক-চাওবনা অযুত লিশিং যোজন চাক চাওরিবনি অমসুং মসি মাইকৈ ৪ রি চপ মানৈ। মসি মাইকৈ মরিমক সিন থুংনা মাইকৈ ঙাকপাশিংগী লৈফম মাইকৈ ঙাকপশিংগী মপু ওইরিবা, মাইকৈ হাইবসি মহাকি লৈফমনি। মখোইগী পরিমান পাকপা চাওবসি, হাইরিবা পুরীসিগা য়েংনবদা অতোপ্পা পুরীগা য়েংনরুবদা পিকই হাইবদি দ্বিসহস্র-যোজনগী ভংথাইনি। ব্রহ্মপুরীগী পরিমানদি অযুত সহস্রযোজননি, মহাকী ৪ গী ১ মা পরিমান অতৈ পুরীগী পরিমান ওইগনি।

মখোইগী চাওবা সাংবন। অপিকপা ওইদ্রবস্থ ব্রহ্মপুরীগী মাইকৈ মরিদা মখোইগা য়েংনরুবদদি চাংদম্নবা য়াবনত্তে। মতৌ অস্থুম প্রসিদ্ধ ওইনা লৈবনি, স্থমেরু পব্ব'তকী খ্বাইদগী রাংবা মফমদা কোন্নুং মশিং মাপনলৈ, মখোইগী মমিংদি—মনোবতী অমরাবতী তেজোবতী সংজমনী কৃষ্ণাঙ্গনা- শ্রদ্ধাবতী-গন্ধবত্তী- মহোদয়া ১স্থুং যশোবতীনি। হাইরিবা লৈফমশিং অসি মথং (২)ব্রহ্মা অমস্থং ইন্দ্রনচিংবা মাইকৈ ঙাকপাশিংগী লৈফমনি খংনগনি, হাইবদি ১বদা ব্রহ্মাগী কোন্নুং মমিং মনোবতী ২ শুবা ইন্দ্রগী কোন্নুং অমরাবতী অহুমশুবা অগ্নীগী কোন্নুং তেজোময়ী, মরিশুবা যমগী কোন্নুং সংজমনী, ৫শুবা নৈঋতকী কোন্নুং কৃষ্ণাঙ্গনা, ৬শুবা বরুনগী কোন্নুং শ্রদ্ধাবতী. ৭শুবা বায়ুগী কোন্নুং গন্ধবত্তী,৮ শুবা কুবেরগী কোন্নুং মহোদয়া, ৯ শুবা ঈশানগী কোন্নুং যশোমতী, অসিদগী অতোপা কোন্নুংগী রা হাইখ্রে, পুন্নমক অসিগী কোন্নুং পুন্নমক্তি প্রসিদ্ধ নত্রবস্থ ইন্দ্রগী কোন্নুং অমরাবতী অসিদি চাওরারু খংনরিবনি মরম অসিনা অমরাবতী অসি স্বর্গদা মপুং ওইনা মমিং লৈবা কোন্নুংনি। সেংন হাইরবদা লাইগী লৈফমনি হাইদুনা পুন্নমক্ত তোঙান খংনরিবনি সুখভোগকী মফমনি লোক অসিনা খংনরিবনি, মফম অসিদা অচং-চত্ত অরাবগী মমি ১ মা তাব লৈতে, মসি সত্যনি, অতোপ্প হাইনিংঙাই ১ মা অমুক লৈত্রবনি। ১ — ২৯"

## ভাঃ ৫ গী ১৭ শুবা

পরমহংস আচার্য্য শ্রীশুক দেবনা ১৬ শুবা অধ্যায়দা,--ব্রহ্মাগী কোম্নুং অমস্তুং মাইকৈ ঙাকপা লোকপান ৮ নগী কোম্নুং তাক্লগা অধ্যায় অসিমক্তদা আকাশ গঙ্গানচিংবা তাকে হাইজনা হৌগংখ্রে। মতাং অসিদা অহাম্ব মক্তদা আকাশ গঙ্গা পোকপগী বর্ননা পিরগা মহাক্ল হাইরকই-হে পরমভাগবত পরীক্ষিৎ! নহাক্ল হৌজিক মথক্তা হাইথ্রবা নদীশিংগী মপান্দা মোক্ষকামি ওইবা; মতু পোকগী রাম্নী থোইনা পূক্লিং লুনবগী মশক ওইবা অমস্তুং মাতুগা লোইননা ব্রহ্মাগী কোম্নুং অসিনাচিংবা থোইনা পাকচাওই, মরম অসিনা ব্রহ্মাগী কোম্নুংনচিংবা অসিবর্ননা তৌগদবা ওই হৌজিক মাতু হাইরগে তারো পূক্লিংচংনা।

"বলি" কৌবা অস্থুরপতি অমনা মহাক্কী তৌব ভম্বশক্তিনা দেবতা পুম্নমকপু মাইথিবা পিরগা স্বর্গগী ইন্দ্র ফাওবা অকি-তুজুং পোকহনখি, মতম অদুদা দেবতাশিংগী মঙ্গল ওইনবা শ্রীভগ-বান নারায়ননা কাশ্যপ মুনিগী গৃহদা "বামন" ওইনা পোকখি! মতম অসি মক্তদা হিংচাবশিংসিনা নৈবদা দেবতাশিংগী শক্তি অসি লৈরক্রুতুনা জগৎ অসিদা উপদ্রব কয়া তৌখিবনি। মতম অদুদা শ্রীভগবাম্ন করিগুম্ব মওং অমা ওইনা অবির্ভাব ওইরগা জগৎকি উপদ্রবতগী শান্তি ওইনখি। শ্রীভগবান মশামক্ল হাইখিবা অতুমক প্রমানগা লোইননা হাইরিবসিনি যথা-"যদা যদাহি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি

ভারত অভ্যুত্থান মধর্ম্মযয্য তদাত্মানং সৃজাম্যহং"॥ মাতুগী চপ চাবদা শ্রীভগবান্ন বলিগী প্রভাব খংলতুনা নেম্ন-পিক্ল বামন রূপ লৌরগা বলিগী যজ্ঞদা উপস্থিত ওইরগা খোংফম অহুমগী লম ভিক্ষা তৌখি।

বলিনা পংখিবনা খোংফম অহুম লমপিগনি হাইনা স্বীকার তৌখ্রে। মতৌ অস্নুম্ন শ্রীভগবান্ন খোংফম অহুম্না মরম ওইতুনা ত্রিভুবন আক্রমন তৌরগা বলিবু থিংতুনা থমখি। মতম অসিদা বলিনা ইবুংঙো মহাক্কী শ্রীচরন কমলদা চংজখি, অসিগুম্বা শ্রীচরনগী খুজিন্না মথকলোমদা ব্রহ্মাণ্ড কটাহ হাইবদি মথক্তা য়েংবদা খাং-গুম্ন উরিবা আকাশসি থিনগাইখি অমসুং মাতুদগী শেংলবা জল ধারা অমা চেনখি মহু থোইদোক হেন্দোক্ল পবিত্রনি, মহাক হেক শোক্লকুনদা জগৎকী মখল-মখা অয়াম্ব পাপকয়া লোইনা মাংখি। মতম অসিদা মহাকপু জাহ্নবী নত্রগা ভাগীরথী অসিনা চপচাবা মিংদি নত্তে মরমদি জহ্নু মুনিনা থকপদগী "জাহ্নবী" মমিং অসি ওইরক্লদৌরিবনি, ভগীরথ মহারাজনা মহাকসু পৃথিবীদা পুরক্লবা মতুংদা "ভাগীরথী" মমিং অসি ওইরগদৌরিবনি। মতম অসিদদি অহান্ব ওইনা মহাক্কী মতিক চপ চাব মিংনত্তে। অসি গুম্বা জল ধরা মতম কয়া অমা হৌগ্রগা আকাশ মার্গদা অবতীর্ন ওইগনি। ভগবান বিষ্ণুগী চরন্না থিনগাইবদগী চেন্থরকপনি হায়তুনা মহাক্কী মমিং "শ্রীবিষ্ণুপাদোৎভবা" ওইবনি হায়বনি। আকাশতা শ্রীভগবানগী চরণ নক্লকুবা মরমদা বিষ্ণুপাদ মমিং অসি হায়বতনি।

অসিগুম্বা ঈশিং অসি লোইননা ভগবান শ্রীবিষ্ণুবু উপাসনা তৌবদা ভক্ত অতু শ্রীবিষ্ণুগী চরন্দা হেন্না নকসিল্লি হায়তুনা পরমভক্তশিংনা ঈশিং অসিবু থোইনা ব্যবহার তৌনরিবনি। রাজা উত্তানপাদগী মচা ধ্রুব শ্রীভগবানগী অথোইবা ভক্তনি, মহাক্না শ্রীভগবামগী ভক্ত ওইরবসু হেক্তা উবা ফংবদি নত্তে। অসিগুম্বা পরমভাগবত ধ্রুবসে শ্রীভগবানগী মফমদা সাধারন ওইদবা য়াম্না হকচিন্না ভক্তিযোগদা চংশিনখিতুনা ভাবমুগ্ধ ওইরবদা ঈশিং অসিদা ভক্তিগা লোয়ননা স্নান তৌখি, য়াম্না পিপাসাগ লোয়ননা ঈশিং থকখি, নিয়ম কাইদনা ঈশিং অসিদা আশ্রয় তৌখিবনি। মতম অসিদা মহাক্না ( ধ্রুবনা ) ভগবান নারায়নগী মফমদা অকনবা উৎকণ্ঠাগা লোয়ননা অতংপা লৈতনা চেংনা মমিং অনি উইশিল্লগা অমসুং মমিং অনিদা প্রেম ধারা তত্তনা শিন্থরকই, অতোপ্পা রাখল অমা য়াওদনা অকম্বা ভক্তি যোগতুনা মরম ওইবদগী মহাক্কী মশাদা সাত্ত্বিক ভাব ফোংদোক্লুনা মতু চপ চপ য়ুংনা চুংখি। মথংদা সপ্তর্ষিশিংনা মতম পূন্নমক্তা ঈশিং অসিগী মতিক মগুন মুন্না খংখি, অমসুং জলধারা অসিবু ভক্তিগী মরমদা মুন্না খংই, অমসুং হায়রিবা ঈশিং অসিদা স্নান তৌবা জল পান তৌবা অমদি মফম অসিদা কুমিং খুদিং পরিক্রমা তৌবা অসি ঋষিশিংনা আত্মাগী পোনবা মুন্ডাইবনি কৃতার্থনি হায়না পুক্লিংদা চেৎনা থাজনখি। মুমুক্ষুশিংনা মুক্তিবু সর্ব্বোৎকৃষ্টনি খল্লুনা সংসারবু থাদোক্লগা, মশাবু কবিস্ত্র লৈতনা মুক্তিগী মখাদা চংশিল্লি। মতৌ অমুম তৌতুনা সপ্তঋর্ষিশিংনা জল ধারা অসিদগী

সিদ্ধি ফংই খংলদুনা ইহলোক পরলোক বিষয় পুম্নমক থাদোক্লগা জল ধারা অসিবু সেবা তৌই, মশাগী জটানা ঈশিং অসিবু ধারন তৌবসি ঐখোয়গী কর্ত্তব্যনি খনথি।

অসিগুম্বা জল ধারা সপ্ত ঋষিশিংনা পুম্নমক্তগী অহেনবা ঈশিংনি খংনখিবনি মসিবু থাজদবা লানগনি। তশেংনমক ঈশিং অসিগী মগুণ অঙকপনি, মসি হেক্তা হায়জিনবা নত্তে, করিগুম্বা মতমদা থাদোক্লোই, মহাকপু সেবা তৌজবদা হায়নিংঙাই নৈতনা কংনবা পি, অথোইবনি চেৎনা থাজগদবনি, মরম অসিনা ঙসি ফাও-বদা ঋষিশিংনা তীর্থ অসিগী সেবাদ মমাই খক ওন্থোক্তে। ঈশিং অসিবু সেবাদা অহঙ্কার পক্তবা অমস্তুং ভগবদ ভক্তদা অবির্ভাব ওইবা ঋষিশিংগী মখোয়গী ওইবা অসাধারন ভগবদ ভক্তি ফংদুনা অনম্বা পুম্নমক মাংখিদুনা ভক্তগী মঙান ফংই।

অসিগুম্বা জল ধারা অসিনা সুমেরুগী মথক্তা নৈরগা ব্রহ্ম-লোক্তা তারগা মরি থোক্লা খাইদোখি, মরি অসিগী মমিংদি — সীত্তা, অলকানন্দা, বংক্ষ ভদ্রানি। মরি অসিগী মনুংদা করম্বনা করম্বা মাইকৈদা চংখিদুনা সমুদ্রদা তিনখিবা, করম্বনা জলধারান মরম ওইদুনা করম্বদেশবু সেংদোকখিবা, পুম্নমক অসিগী মরম পুম্নমক মথক্তা অনুবাদকশিংনা য়াম্না শেংনা মমুৎ তান হায়খ্রে।

মতাং অসিদা জলধারা (গঙ্গা) গী রা লোইথরে; মতৌ অস্তুম তৌনা অমুক হন্না সুমেরু পর্ব্বতগী ঙেম্বরকলিবা তুরেন

কম্মাগী মা হাইমগে, মশিং নাইদে মখোয়গী থোইদোকপদি গঙ্গা-শুম সেংবদি নত্তে, হায়রিবাশিং অসিদা আশক্ত ওইদবদি নত্তে। মখোয় অসে করিগুম্বা মফমদা মখোয়গী বিষেশতা, অতোপ (২) পা মফম কয়াদগী কলকপা ঈশিংনি হায়না পুম্নমক্না খংনৈ। অহানবদা বর্ষ কয়াগী মা হায়ব্রে, পুম্নমক অসিগী মনুং ভারতবর্ষ কর্ম্মক্ষেত্রনি। অসিগুম্বা ভারত বর্ষসিদা পোক্লগা জীবনা কর্ম্ম কয়া তৌরিবনি, হায়রিবা কর্ম্মতুগী ফলা ফলনা মরম ওইদুনা অতোপ (২) পা বর্ষদা কয়ামস্থু পোকল্লুরিবনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না কর্ম্মগী অথোই অহেন খংহনগে হায়বগীদমক্তা ভারতবর্ষসিদা মথল মথা অয়াম্বা অবতার তৌরগা জগৎ অসিদা কর্ম্মগী উপদেশ কয়া পিরি। শ্রীভগবান্না উপদেশ পুম্নমক্কি মনুংদা মরুওইশ্রুবা গীতা তত্ত্বগী উপদেশনা ভারতবর্ষদা থোইদোক হেন্দোক্না শন্দোকলি। যহাওইসন্ন, অতোপ্পা বর্ষগা য়েংনবদা ভারতবর্ষ অসি পুম্নমক্কুগী অহেনবা বর্ষনি। মরম অসিনা কনাগুম্বজীবনা মতম অতুদা কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা অফবা মী ওইরিবনি মতম অতুদা কর্ম্মগী মতুংইন্না জীবনা চাওখংবা অকনবা তপস্যা তৌগে খল্লকই, অতুওইরবদি জীবনা পূর্ব্ব জন্মদা তপস্যা থরদি তৌরকই, মরম অসিনা অসিগুম্ব ভারত বর্ষ অসিদা পোকপা হায়বসি কৃতার্থ ওইরে, অতোপ্পা ভারত বর্ষ নত্তবা বর্ষদা পোকলুবনা অসিগুম্বা কর্ম্মজন্য শুভগতি অসিদি ওইথোকলোই, পুম্নমক অসি হায়রুরবদি ভারতবর্ষদা পোকচবা হায়রসি সম্ভাবনানি মতিক চাই।

অতোপ্পা বর্ষ কয়া লৈখ্রে, মখোয়শিং অতুদা সুখ কয়া ফংলিবনি, মতৌঅসুম্না নববর্ষগী রা কয়া (২) ঐনা মমাংদা হাইখ্রে। অসিগুম্বা বর্ষ মাপন অসিদা ভগবান পরমেশ্বরনা মখল মথা অয়াম্বা মুক্তি ওইরগা প্রতিমা খুদিংদা নিজ আত্মপ্রকাশ তৌতুনা মী পুম্নমকি মফমদা অমত্তা ওইবা উৎকর্ষনি হায়বসি সিদ্ধান্ত ওইহনখি। পুম্নমক হায়বদি প্রতিমা মুক্তি খুদিংনা মরম ওইতুনা শ্রীভগবান্না মফম পুম্নমকি মফমদা থৌজান কয়া (২) তৌবিখি।

মথক্তা হাইখ্রবা বর্ষশিংগী মমুংদা ইলাবৃত বর্ষগী রা অমুক হন্না ময়ামদগী হেন্দোকপা ১মা, উৎলদুনা মতাং অসিদা উবা ফংই, মতুদি অমত্তা ওাইরবা ভগবাম শঙ্করনা থোইদোক্লা কন্য় য়াওদনা পার্ব্বতীগা লোয়ননা মখল মথা অয়াম্বা সানবা অতুদা পুক্লিং চংখি। হায়রিবা অবস্থা অসিদা ব্রতধারী ঋষিশিংনা মফম অতুদা চৎলুরে পার্ব্বতীনা ৬কখিদুনা হৌগত্তুনা চৎখি, মাদু হেক উবদা শঙ্কর বিলাশ ভঙ্গ ওইবদগী মহাদেবনা শাপ তৌখি। মফম অসিদা কনাগুম্বা পুরুষনা হেক চংলকলবদি, মখোয় অদু নুপি সোইদনা ওনগনি, অসি হায়না শাপ তৌখি, অসিগুম্বা শাপ অসি মী পুম্নমক খংনখি। রা অসি মহাদেবগী লেম্না মাংদ্রবা রানি খংবদগী পুম্নমক নুপি ওইখিনি কিনবদগী মফম অতুদা কনাসু চংনখিদে। (রা অসি নবমস্কন্ধগী অহান্বমক্তদা বর্ননা তৌরি; মফম অতুদা থোইদোক্লা পাকসন্না খংবা ওনগনি) মফম অসিদা রাজা সুদ্যুম্না ১সু মহাকি অনুচরময়াম্না খংদহনা

চংলুবদগী মুপি ঙাক্তা ওন্থোকখ্রে, অসিগুম্বা মতাং অসি নবস্কন্ধদা মচাতানা ফোংদোকলি।

হায়রিবা মফম অসিমক্তদা ভগবান শঙ্করনা মতম পুন্নমক্তা চিংনবা লৈতনা পার্ব্বতীগা লোয়ননা লৈখি, শানখি, ১মুং পার্ব্বতীগী নশিং লৈতবা অমুচরিশিংগা তন্তুনা লৈমিনখি। মরুওইনা হায়বদি মফম অদু স্ত্রীলোক হায়বসিগী মমুংদা কনা-গুম্বশিংনা থংদবদগী মফম অদুদা হান্না মুপানি অদুবু মুপি ওইবা ফংখিদুনা পার্ব্বতীগী অমুচরী ওইদুনা মফম অদুদা কয়া লৈখ্রে। মফম অসিদা শঙ্কর নত্তনা কনাগুম্বা পুরুষ অমা লৈত্তে. মফম অসিগী থোইদোকপা তোপ তোপ্পা মগুণনি, চিংননিঙাই ১মা লৈত্রবনি,। মফম অসিদা ভগবানগী সঙ্কর্ষন মুত্তিনি, অসি-গুম্বা সঙ্কর্ষন মুত্তিনা প্রলয়কারী ভগবানগী মুর্ত্তিসিনা জগৎ সংহারগী প্রবর মূর্ত্তি অসি তামসী মুর্ত্তিনি। মতৌ অমুম তৌনা শঙ্কর ভগবান্না সমাধদা লুপসিনখিদুনা মখাদা লাকদৌরিবা স্তোত্রবাক্য অসি পাঠ তৌরগা অত্তৎপা লৈতনা পরম পুরুষ শ্রীভগবানবু অকনবা ধ্যান তৌখি। মরম অসিনা হে রাজন মতৌ মমতৌনা মতম অসিদা বর্ষকয়াগী মরমদা ঐনা নংগী মফমদা হায়খ্রিবসি নংনা মুন্না ভাব তানা খংলবনি। ১-১৬

ভগবান শঙ্করদেবা ইলাবৃত বর্ষদা লৈরগা শাঙ্কর্ষরূপ শ্রীভগবানবু নিংদুনা স্তুতি তৌখি, মাদুমক শ্রীশুকদেবা মহামুনিনা ফোংদোকখ্রে। ভগবান সঙ্কর্ষন অসি শ্রীবাসুদেরমকী রূপতিশেষনি মসিমক অহানবদা

ফোংদোকখ্রবনি, মরম অসিনা পরমাত্মরূপী শ্রীভগবানগী মতিকমগুম তৌবগুম্বা শক্তি পুন্নমক থোইদোক্না লৈ হায়বসি ফোংদোক্নগা শঙ্করনা স্তুতি কয়াসি তৌরিবনি। অহানবমক্দা "নমোভগবতে" অসিনাচিংবা অংশন মরম ওইহুনা ভগবান সর্ব্বশক্তিমান, অনন্ত শক্তি ১স্নুং ফোংদোক্কবনি, পুন্নমক অসি হায়রগা; ভগবান পুন্নমক্না য়েংনবদা মহাক্না পুন্নমক্কী অহেনবনি অমুক হন্না গুণশিংগী মন্নুংদা অয়াম্বা অথোইবনি হায়নরিবনি। সাধারন ওইনা পুন্নমক্কী অহে-নবনি হায়বসি খংদহুনা অল্পবুদ্ধি ওইবা মীনাদি খংবদা য়াগনি খংঙমগদ্র ?

শ্রীভগবান সংসার অসিদগী তোঙানবনি, অমুকস্নু সংসার অসি লেংদনা লৈনবস্নু তৌরিবনি, অসিগুম্বা নখোয় পুন্নমক্না শ্রীভগবান্দা সাধারনগী ওইদবা ভক্তি যোগ ফংলগা কৃতার্থনি, মখোয় অসি সংসার অসিগী অৱাবা কয়াগী শরুক য়াওদ্রবনি হায়দুনা ভগবান্না মখোয় পুন্নমকপু সংসার অসিদগী মুক্তি পীগ্রবনি। তৌইগুম্বস্নুং বহির্মুখ জীবনদি পরমার্থ পাদার্থনি খল্লগা মখোয়না মপুক্লিংদা চপয়ূংনা ধারানা তৌর্বদি নত্তে, মখোয়নদি বিষয় সুখগীদমক্তা পরমার্থ খল্লিবনি, মখোয় অতুদি সংসার অসিদা লৈবগা হন্না হন্না পতিত ওইহুনা লৈগনি। শ্রীভগবান্না মখোয় পুন্নমক অসি সাংসার অসিদা অমুক লাকহল্লিবনি, মখোয় অতু করিগুম্বদা মুক্তিগী মঙান ফংদনা মখল মথা অয়াম্বা যন্ত্রনা তৌহুনা বিষয় ভোগ তৌহুনা মখোয়গী জিবন অতু অরেম্বদা মতম হৌখিবনি। ঈশ্বর সর্ব্বৈশ্বর্য্যশালী

ইবুঙোমক্না মখোয় পুন্নমকপু মতৌ অস্তুন্না থল্লি, মখোয়গী নিয়ম তৌরি, মরম অসিনা নিয়ম অসিগী মথাদা থল্লিবনি।

শ্রীভগবাননা মরম পুন্নমক্তা শিনথুংনা লৈবনি মহাক সংসারগী রাংমদা লৈবনি মহাক করিগুম্বা পোৎ অমদি সংসার অসিগা তিন্নবস্তু নত্তে, মহাক অসে করিগুম্বা অপাম্বা অমস্তু লৈতে অমস্তুং ঐখোয়গুম্না করিগুম্বা অমোৎপা অমা লৈতবনি। ঐখোয়না করিগুম্বা পিকথ্রবা পোৎ অমগীদমক্তস্থ পুক্নিংনা কন্না নিংই, তৌ গুম্বস্তুং ভগবানদি য়ান্না সেংবনি, পুকসেন চাওবনি মরম অসিনা ঐখোয় পুন্নমক্না মহাকপু থওইদবা তৌরুদনা মতম চুপ্পদা অথোইবনি মাতনি থন্দুনা সেবা তৌগদবনি।

রাখল কয়াস্থ থল্লি, মাতুদি শ্রীভগবান রুদ্রবল দেবওইনা স্থরা ১স্থং মদানচিংবা থক্লগা সাধারন মত্ত ব্যক্তিগী মতৌগুম মিং ঙাংলদুনা মরম অসিদা সাধারনগী ওইনা থল্লুবদা করি থেন্নবা লৈবগে? মদ্যানচিংবদগী পোকলকপা বিকার মওং ১স্থং হেন্দোকপা থুদম করিস্থ নত্তে সংক্ষেপওইনা থংবনি মরম অসিনা অসিগুম্বা ধারনা অসি মুঢ় ওইবা মীগীতা ওইবনি, মাদুনক থনবগীদমক ভগবান রুদ্রনা উক্তবিষয় অসিদা লৈরগা স্তুতি তৌদুনা হায়খি, মাদুদি স্থরা ১স্থং মদ্যনা ওইখিবনি সাধারন ওইনা হায়বনি, মসিমক তশেংবদি স্থরজনিত বিকার নত্তে, নাগবধুশিংনা ভগবানগী মফমদা থোইদোক্না পুক্নিং চংই মখোয়গী মফমদা আসক্ত ওইরগা মখোয়না মুগ্ধ ওইদুনা লে, অসিগুম্বা তৌবগুম্বা বিভুতি অসি উৎকে উহনগে হায়বগীদমক শ্রীভগবানগী অসিগুম্বা রক্তনেত্রতান

খংহনবনি। মাগবধুশিংনা মতৌ অম্নুতৌনা শ্রীভগবানবু পন্নম উপাদ্য খংলহনা মহাক্কী সেবাদা মী অহুদা মহাক্কি পুক্কিং হকচাং পুন্নমক হাপচিলি, মতৌ অশুম তৌবনা তশেংনা ভগবান্না রক্তরূপ উৎপনি। বিবেক শালী ওইবা পূন্নমক্কা মতৌশুম তৌবনি খংলগা থোইদোক্কা আনন্দ উপভোগ তৌহুনা লৈখি, ১স্নুং খংদবা কনাগুম্বনা অসিগুম্ব। রক্তবর্নবু স্নুরাজনিত দোষনি হায়না খংনৈ।

শ্রীভগবানগী বিড়াটদেহসে ঙমখৈ লৈতবনি, মহাক্কি সীমানা ঙমখৈ খংবা ঙমদ্রা? অসিগুম্বা পাক চাওরবা ভুমণ্ডল অসি ইবুঙো মাগী মফমদা পিকপদগী অমুক পিকপনি প্রমান ঐগী মফমদা সর্সপ হঙ্গাম মক অসি য়াম্না পিকপনি, অহুগুম্না মহাক্কী মফমদা ভুমণ্ডল অসিগী পরিমান য়াম্না পিকই। মহাক অসি মিং ১০০০/১০০০ থোং ১০০০/১০০০ নি মহাক্কি স্বরূপ ধারনা তৌবদা ক্ষুদ্র বুদ্ধি ওইবা মীওইবগী পক্ষদা মপুং ফাবদি ওইথোক্তে! মহাক্কা ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইবা জগৎ অসি সেম্বনি, বিষ্ণুগী রূপতা জগৎ পালন তৌবনি রূদ্ররূপতা জগৎ অসি অমুক মাংবনি, মরম অসিদগী মহাকপু পূন্নমক্তগী অহেনবনি খন্দুনা পুন্নমক্কা প্রনাম তৌগদবা ওই। অসিগুম্বা শ্রীভগবানগী ধ্যানধারনা অসিনা মরম ওইহুনা মতম অহুদা ভগবানবু প্রত্যক্ষ ওইনা ফংলবা মতম অহুনা খংগদবনি মাহুদি ধারনাহুনা মরম ওইহুনা সংসারগী ভববন্ধন অসি লাইনা ককথংলি, অহু নত্রবনি করিগুম্বা উপাইনা সংসার অসি লাম্বা ওইথোকলোইদবনি ভক্ত ওইদবা মী অদো মতম কুইনা সংসারগী অরাবনা চাক্তুনা লৈ, মরম অসিনা মতম চুপ্পদা নিংগদবা

ওই, শ্রীভগবানগী মখল মখা অয়াম্বা স্তুতি তৌরগা শ্রীশঙ্করনা ইলা বর্ষদা মতম কয়া লেনখি।

## ভা: ৫গী ১৮ শুবা

শ্রীশুকদেব মথক্কি অধ্যায়দা রুদ্রনা করি ভাপ্তা শঙ্কর্ষন মুত্তি সেবা তৌখিবা মাহু বিশেষ ওইনা সন্দোক্লগা, হৌজিক ভদ্রাশ্বনচিংবা বর্ষদা (লৈপাক) ভগবানগী ১মত্ত, ওইবা প্রধান মুত্তিবু আরাধনা তৌখিবা, অদুগী বর্ননা তৌব মতাংনি। অসিগী মনুংদা অহানবা মক্তদা ভদ্রাশ্ববর্ষগী রাজী পাকসন্না পুথোকখ্রে। ভদ্রাশ্ববর্ষদা ভগবান হয়গ্রীব মুত্তিবু সাধারন ওইনা পূজা তৌখিবা; অসিগুম্বা বর্ষগী অধিপতি ভদ্রাশ্ব ১স্থুং মহাকি মতুং ইন্না অতোপ তোপ্পা পুন্নমক্কা মকম অদু মক্তদা লৈরগা মখোয় পুন্নমক্কা হয়গ্রীব মুর্ত্তিবু শ্রীভগবান পুরুষোত্তমগী মুর্ত্তিমক্কি খংলদুনা পুন্নমক্কা ধ্যান ধারনা তৌদুনা লৈখি। শ্রীভগবানগী গুণ কয়ামরুম লৈ মখোয় পুন্নমক্কা হায়রিবা গুণশিং অদু খংনা হয়গ্রীব মুত্তি ভগবানবু স্তুতি তৌখি; ১স্থুং পুরুযোত্তম ভগবান মহাক্কা জগৎকি সৃস্তি, স্থিতি, সংহারগী কারন্নি হায়দুনা খংনৈ ১স্থুং প্রতিপাদন তৌদুনা পুথোকখিবনি। অসিগুম্বা হয়গ্রীবা মুত্তি অসি নিম্নার্দ্ধ নরাকারনি ১স্থুং লেংজুমদগীদি মঙক শাংবা শগোনগী মওংমক্কি মরম অসিদগী অসিগুম্বা মুত্তি অসি হয়গ্রীবা হায়না খংনখি। মতৌ অস্থুম তৌনা হারিবর্ষ (লৈপাক্ক) দা শ্রীগভবান্না নরসিংহ রূপ ওইরগা মরুওইবা পুন্নমক্কা পূজা তৌনখিবনি।

প্রহলাদা অসি নরসিংহরূপধারী ভগবানগী অহানবা উপসকনি ভক্তনি মনাইনি। দৈত্যহিরণ্যকশিপুনা মতম অসিদা পাঙ্গল থৌনাগা লোয়নননা হৌগংলকই অমসুং ভগবানগী ভক্ত মহাক্কী মচা প্রহলাদগী মফমদা থাংবদা য়ারবা অত্যাচার কয়া তৌরবসু মঙোন্দদি করিসু ওইথিদে, ভগবান নারায়নগী নাম শোঞ্জবদা অয়াবা অতু লাইনা থাংখি, মতম অসিদা দৈত্যগী প্রতাপ অসিনা জগৎ অসিদা উপদ্রোপ কয়া হৌগংখি, অসিগুম্বা পাপতা পুক্লিং চংলবা দৈত্য হিরন্যকশিপুগী মাংননবগীদমক ভগবান্না নৃসিংহরূপ পুথোক্লগা, মহাকপু (দৈত্য) বু মাংহল্লগা অশেংনা নিজভক্ত প্রহলাদ ঙাকপিনবা তৌখিবনি। মতৌ অসুম তৌদুনা বিশ্বজগৎ অসি শান্তি ওইখিবনি, অসিদগী হৌদুনা প্রহলাদনা অসিগুম্বা নৃসিংহগী মশক ওইবা ভগবানবু মতম চুপ্পদা উপাসনা তৌদুনা লৈ, অমসুং মহাক্কী মতুং ইল্লিবা অনুচর কয়াসু লম্বী অসিদা হায়বদি প্রহলাদগী মতুং ইনখি। মতৌ অসুম তৌনা নরসিংহরূপী ভগবানবু পূজা তৌবতনা ভক্ত প্রহলাদগী অমকপা লৈতবা ভগবৎ ভক্তিনা অমসুং মহাক্কী চরিত্রনা থোইদোক্লা দৈত্যকুল থোইনা পবিত্র ওইখিবনি।

থোইনা মঙ্গল ওইরবা প্রহলাদ চরিত্রগী মমুংদা ময়ামগা মাল্লদবা খেনবা থর লৈ, মফম অসিদা প্রার্থনা শ্লোক খুদিংদা মুক্ষ থল্লগা থংবা ঙমদনি। প্রহলাদ নরসিংরূপী ভগবানগী মফমদা প্রার্থনা তৌখিবা অতুদি হে ভগবান। ইবুঙো নংনা জগৎ পুম্নমকপু মঙ্গল ওইবা পিনবিয়ু; হে সর্ব্বহিত কারিন! জগৎ অসিদা ফত্তবা

দৈত-দানব কয়া লৈরি, মখোয় অসিনা অনিংবগী মথাপোম্না অতোপ্পগী মকমদা ওং-নৈবা অসি থক তোক্কে, মরম অসিনা মখোই অসি তুকচনিংঙাই ওইবা থবক্কী মথাদা লৈরি; মতম অসিদা মখোয়গী কত্তবা স্বভাব ব্যবহার অসিদগী জগৎপু ঙাকপিয়ু। মতম অসিদা মখেয় পুম্নমক অসি হায়বদি দৈত দানবশিং অসিনা খুদোং-চাবা লৌতুনা লৈরে, অদু ওইরবদি মখোয়গী রাথন পরিবর্ত্তন তৌবিয়ু, অদু ওইরবদি মখোয় অফবা রাখল ফংলগা জগৎ অসিগী অপকার (কত্তবা) দগী পুক্লিং ওল্লকুনা মঙ্গল শরুক ওইরবা অদু ওইরবদি মখোয়দা লৈবা পাপকী শরুক মাংখিহুনা পুম্নমক্কী মফমদা অচৌবা উপকার অমা শোইদনা ওইগনি। মতম অসিদা ইবুঙো নহাক্না রাখল অসিদা পুম্নমক্কী থমোয়দা ফত্তবা লৈহন্দ্রবদা পুম্নমক্কী থমোয়দা তম গুণ মাংখিনি, অদু ওইরবদি পুম্নমক নঙোন্দা ওনশিল্লকুনা জিবনা কানবা ফংগনি। মরম অসিনা হে ভগবান! জগৎ পুম্নমক অসি নহাক্কীদমক্তা নহাক্কু খন্দুনা পাপকী শরুক মখোয়গী থমোইদা লৈররোই, মখোয়না পৃথিবী মফম খুদিংদা শেংলবা তপস্যা কুঞ্জ অমা ওইরগা স্বর্গগা য়েংনবদা অথোইবা অহেনবা অমা ওইগনি, মদুমক ওইহনবিয়ু। নহাক্কী মফমদা ভক্তি পুম্নমক অফবা ফল ওইগনি, মরম অসিনা ইহলোগ পরলোক অনিমক্তা নহাক্কী শক্তিগী মথা পোন্দুনা লৈগদবা ঙাক্কনি। মরম অসিদগী অদুম অদুম্বা কনানা কল পাম্বগী রাখল থাদোকুনা নহাক্কী ভক্তি ভাবতা চংশিল্লকনি, মদুমক ওইহনবিয়ু, হেনরসিংহদেব! নহাকপু নিংবা কনাগুম্বনা

অকিবগী শরুক লৈরোই, মরম অসিদগী অসিগুম্বনা জীবনা উৎকৃষ্ট ওইরবদা নির্ম্মল বুদ্ধি শক্তি ওইরক্তুনা কম্নিগুম্বদা নির্দ্দয়া ওইরোই-দবনি।

কেতুমাল বর্ষদা ( লৈপাক্তা ) মতৌ অম্মুম তৌনা ভগবান পুরুষোত্তম কামদেব ওইনা লৈ। কামদেব শব্দগী অর্থনা, মহাক্লা মখল মথা অম্নাম্না অপাম্বা পোৎ পুম্নমক পুথোকই অমস্তুং উপাসনা তৌরি, মখোয়গী সর্ব্বপ্রকারবস্তু হায়বদি অপাম্বা পোৎ পুম্নমক লোইনা ফংই, মরম অসিনা মুর্ত্তি অসিগী কামদেব মুর্ত্তি, মসে ভগবান পুরুষোত্তমগী মুর্ত্তিনি। অদু‧ক ওইসনু থাজবনা শ্রীভগবানবু মতম অসিদা জগৎ অসিদা সর্ব্ব শক্তিমাননি হায়দুনা পূজা তৌনরিবসিনি। মখল-মথা নিংদুনা উপসনা তৌই, অদু ওইরবস্তু সর্ব্বপ্রকার ফল অদু অদুমক ফংই, মসি জ্ঞাণীশিংগী সিদ্ধান্তনি। ভগবান্না লক্ষ্মী দেবীগী অপাম্বা অদু ফংনবগীদমক কামদেবগী বিগ্রহ মুর্ত্তি অসি লৌবনি। অসিনা মরম ওইদুনা ভগবান্না লক্ষ্মীদেবীবু পেনহনখি, অহি‧-চুংখিন অনিমক্তা দেবতাশিংগী মুঙাইজবা পেনহনবা ওইহনখি। লক্ষ্মীদেবী অসি থোইদোক-চেন্দোকপা সমাধি যোগগা লোয়ননা দেবতাশিংগসু লোয়ননা অসিগুম্বা রূপ অসি উপাসনা তৌখি। অসিগুম্বা যোগ সাধনা অসি অলৌকিক হায়বদি জগৎ অসিদা ওইবা নত্তবা, লৌকি লোক অসিদসু ওইবা নত্তবনি, মরম অসিনা, লক্ষ্মী অমস্তুং উক্ত-দেবতাশিং অসিগুম্বা লোক অসিগী নত্তে অলৌকিকনি, মতৌ অদুগুম্না যোগ সাধনাসু অলৌকিকনি।

লক্ষ্মীদেবীনা কামদেব ওইনা শ্রীভগবানবু স্তুতি তৌরগা মহাক্কী কয়ামুক ওইবা গুণ প্রকাস তৌদনা স্তুতি কয়া তৌখি। মহুদি হে ভগবান! ঐনা ইবুঙো নহাকপু সেবা তৌজরি, ঐ করিগুম্বা ফল অমা পামজদে, নহাক্কী সেবাতবু পামজবনি, কনাগুম্বী রমণীশিংনা করিগুম্বা ফল অমগীদমক নহাকপু সেবা তৌবনি, মখোয় অহু থোক্ত-দোক্কা পংলবনি। মখোই অহুনা নহাকপু থাদোক্লগা মতম অহুদা অত্তোপ্পা পতি পামহুনা, অত্তোপ্পা পতিহু অহুম ফংই, অহু ওইরবাদ মখোয়না মখোয়গী নুঙাইবা অহু মপুং ফাবদি নত্তে। মরমদি লাইগী নোংদমদগী ওইরকপা মথল কয়াগী অরাবা সোইদনা লাকই। জগৎ অসিদা সম্পত্তি কয়ালৈ, মথল মথা অয়াম্বা সম্পত্তি অহুনা মরম ওইহুনা নহাকপু হুন্দোক্লগা থমই, মরম অহুদগী নহাকপু পতি ওইনা কামনা তৌরগা পতি ওই, মত্রগা করিগুম্বা মথল অমা ওইনাম্মু ফংলিবনি মখোয় অহু জ্ঞান লৈবা মীনি। মখোয়না নহাকপু ফংল-বদি অহুদগী হেনবা অমা অমুক লৈত্রবনি অহুনা জগৎকী বস্তু পুম্নমক করিম্মু কান্নদ মরম অসিনা হে ভগবান! ঐনা নহাক্কী সেবাতবু পামজবনি নহাকপু সেবা তৌরগা লাইবক ফবা ওই নহাক অসি ঐগী পতিনি মসিনা ঐগী কৃতার্থনি, ঐগী অমুক করিগুম্বা অপাম্বা অমা লৈজদ্রে, নহাক্কী কৃপাতবু পামজবনি। নহাক্কা ভক্তবু চানবিবা অহুগুম কৃপা তৌবিবগা লোয়ননা মখোয়গী মকোক্তা নহাক্কী অকিবা কোকহুনবা ওম্বা খুৎনা শোকপিরগা মখোয়বু থৌজানবিবা ঐগী ইকোকথক্তমু অহুগুম্না শোকপিরগা ঐগীম্মু কতার্থনি, ঐগী জীবন

অসি ধন্যনি ঐনা করি অমুক হায়গনি, ঐনা ভক্তিগা লোয়ননা খুরুমজরি।

মতৌ অসুম তৌদুনা রম্যকনামবর্ষদা ভগবান্না মৎস্যেরূপ ধারন তৌখরে। চাক্ষুষ মনুগী অরোইবদা পৃথিবী অসি প্রলয় সাগরদা লুপথখরে, মতম অসিদা ভগবান্না পৃথিবীগা লোয়ননা লুপখ্রবা বেদ পুন্নমক উদ্ধার তৌনবা মৎস্যরূপ ধারন তৌরগা বেদ উদ্ধার তৌখি। অমসুং বৈবস্বত মনুগী অধিপতি মনুগী মফমদা ঈহান হান্না ফোং-দোকখিবনি। হায়রিবা মনু অসি রম্যকবর্ষগী অধি পতিনি, মনু অসি সাধারন ভক্তি যোগী সহায়না অসিগুম্বা মৎস্য মূর্ত্তি ভগবানবু আরধনা তৌদুনা লৈখ্রে। শ্রীভগবান্না মৎস্যরূপী ওাগী মওং মতৌদু ওইরগা মহাক্কী মফমদা করিগুম্বা থংদবদি নত্তে, ভগবান জগৎকী অত্মানি জগৎ অসিদা করিগুম্বা স্থাবর জঙ্গম পদার্থ পুন্নমক্তা-লৈবনি, পুন্নমক শ্রীভগবানগী মশক ওাক্তনি মী-শা উচেক অসিনচিংবা উ-ঋা চিং পুন্নমক অমসুং তিন-কাং থরায়পানবা পান্দবা চেতন অচেতন পুন্নমক শ্রীভগবান্দগী ওইবা ওাক্তনি। শ্রীভগবানগী শক্তিনা অথোই-অহেন নাইবনি, ভগবান্না অসিগুম্বা মৎস্য মূর্ত্তি অসি ওইরগা জগৎকী ১ তা ওাইরবা মরু ওইখ্রবা বেদবু উদ্ধার তৌখিবসি থোইদোকপনি চিংননিঙাই ওইদে। মরম অসিদগী ভগবান্না নিজ স্বরূপ অতি প্রিয়নি খনখি, মসি পুখোক্তে থংহনগে হায়বগীদমক "ভগবতঃ প্রিয়তমঃ মাৎস্যমবতাররূপম" অসিগুম্বা অসি লৌখিবনি। ভগবান মনুনা অসিগুম্বা মৎস্যরূপ অসিবু আরধনা তৌখি, মতম

অসিদা মহাক্না ( মন্থু ) না স্তুতিবাক্যপ্রয়োগ তৌহুনা লৈখি, অহুনা মরম ওইহুনা ভগবানগী মুর্ত্তি অসি মখল-মখা ফয়াম্বা অপাক্না পিবনি, মসি সাধারন ওইদবা পুন্নমক্তগী অথোই-অহেনবনি হায়বসি ফোংদোকই।

প্রলয় কান্দা পৃথিবী অসি রসাতন্দা লুপথখি, মতম অহুদা মহাক্না লোয়ন লোয়নন। জগৎ ওযধি পুন্নমক হায়বদি ফো-গেহু-চানা লফু লফোই জীবগী হিংনবনি পুন্নমক অসি লুপ্লিবনি। মতম অসিদা পৃথিবীগা লোয়ননা ওযধিশিং অসি মতম অস্মুক য়াম্বসি ঈশিংদা লৈখরে, অহু ওইরবদি মরু-মরাং পুন্নমক অসি মাংবা ভারে। মরম অসিদগী ওযধি পুন্নমক মাংদনবা ভাক্লগা অমুক হন্না লাকদৌরিবা প্রানিশিংগী মঙ্গল অমসুং জীবিকানি, অহু ওইরবদি মতম থরগী মমুংদা মরু-মরাংশিংগা লোয়ননা পৃথিবী উদ্ধার শোয়দনা তৌগদবা ওই। অসি খংলহুনা ভগবান্না ওযধি মরু-মরাংশিংগা লোয়ননা পৃথিবী উদ্ধার তৌখি। মরম অসিদগী জগৎকী থোইদোক-হেন্নোকপা উপকার তৌবিরিবা শ্রীভগবানবু খুরুমজরি শ্রীভগবানগী প্রভাবনা প্রানিশিংগী প্রানবায়ু নিয়ম নাইনা চৎলিবনি অসি ফাওবা শ্রীভগবানগী কৃপানা নিয়ম কায়দনা প্রানিশিংগী প্রানবায়ু মুংশাপ্পর হোন্দোক-হোজিন তৌরিবনি, অসি ফাওবা জীবনা হিংহুনা লৈ, মথং মথং কর্ম্ম তৌই, অমুক হন্না ঈশ্বরগী কৃপানা তৌরিবা থবক অসিদগী লেপখিবদা জীবনা হিংবা অসি থাদোক্লগা শিরে খংনরিবনি মরম অসিনা হেভগবান! জগৎ জীববু মুঙ্যাইবা পিবিবা নহাকপু হন্না হন্না খুরুমজরি॥

মতৌ অসুম তৌদুনা হিরণ্ময় বর্যদা ভগবান্না কূর্ম্ম অবতার ওইখ্রে। মৎস্য মশক মুত্তি অদুনা চাওরবা থবক পাংথোক্লিবা ভগবানগী মুত্তি অদু অতিপ্রিয়নি। অসুম্না অসিগুম্বা কূর্ম্ম মুত্তি অসিসু ভগবানগী পরমপ্রিয়নি। মরম অসিদগী ইবুঙো মহাক্কী মককমদা থওইরুদবদি লানগনি। ভগবানগী মুত্তি মথক য়ামই, পুম্নমক্কী মনুংদা অদুম অদুম্বা মুত্তি থুদিং মৎস্য কূর্ম্মনচিংবা মওং উৎখ্রে, মৎস্যাদি (ভা) গী সাধারন প্রানিগী মওংনি অদু ওইরবসু মখোয়দগীদি জগৎ অসিদা থোইদোক-হেন্দোকপা গুণনি হায়বসি থংনগনি।

পিতৃগনগী অধিপতি অর্য্যমা অসি কূর্ম্মরূপকী উপাসকনি। অসিগুম্বা রূপ অসি অথোইবনি থংহল্লগা, মপুং ওইবা পরব্রহ্ম থংই, মতাং অসিদা হায়খ্রে মদুদি, হে ভগবান কূর্ম্মরূপিন! নহাক্কী ময়া শক্তি নহাক্না অসিগুম্বা বিশ্ব প্রপঞ্চ জগৎ অসিদা থোইদোক্না ভাল্লি। নাম-রূপ্পা মরম ওইদুনা নহাক্না তাকল্লি, করিগুম্বা মিং নত্রগা মশক্না মরম ওইদুনা থংহল্লি মখিদা চিংনিঙাই লৈতে। অদুনা ঐখোয়না থংই, মিংনা অমসুং মশক্না থংবা ঙমই মদু তশেংনা মায়াগী প্রভাবকুগী হেনবনি অতৈ করিসু নত্তে। তশেংবদি সাধু সঙ্গদগী প্রভাবনা নহাক্কী কৃপানা জীবন তত্ত্বজ্ঞান ফংবনি। মতম অসি নংগী মায়া অসি মাংখ্রগা দৃষ্টি গোচরনা নংবু উবা ফংই মতম অদুদদি নংগী মিং রূপ অমা অমুক লৈত্রে হে ভগবান। ঐজ্ঞানবিদুনা অসিগুম্বাকু বুদ্ধি ওইবশিংগী মোংলবা বুদ্ধি অসি মাংহল্লগা সুবুদ্ধি পীনবিয়ু।

অদু ওইরবদি অসিগুম্বা পারমব্রহ্ম কূর্ম্মরূপ অসি উপাসনা তৌবনা ঐখোয় কৃতার্থনি নিংজরে।

উত্তরকুরুবর্ষ অসিদা ভগবাননা বরাহ রূপ লৌখ্রে। বর্ষবাশি-শিংগা লোয়ননা ভগবতী পৃথিবী অসি মখোয়গী উপাসক্নি। অতোপ্পা পুন্নমক মকমদা ভক্তি থাদোক্নগা, অমত্তা ওইবা মুর্ত্তি অসিদা চংশিল্লগা পৃথিবী অসি মহাক্কী উপসনা হৈশিংবা অদুনা মরম ওইদুনা, শ্রীভগাবাননা বরাহরূপ লৌরগা প্রলয় সাগরদা লুপ্তুনা লৈরিবা পৃথিবীবু ইবুঙো মাগী য়াতোন্দা হাপ্পগা ভাকশেন্দুনা পুথংখি; থবক অসিদা উদ্ধার কারীবু অতোপ্পা ব্রাখল অমা থল্লুবা সৈতনা ভক্তি তৌজরি॥

## ভাঃ ৫ গী ১৯ শুবা

শ্রীশুকদেবনা মহাক্কী অধ্যায়দা উত্তরকুরুবর্ষদা শ্রীভগবাননা করম্বা রূপ্তা বিরাজ ওইখিবা অমসুং কনা কনানা মহাকপু আরাধনা তৌখিবা, অমুম্না বর্ননা তৌরগা হৌজিক কিমপুরুষবর্ষ অসিদা ভগবাননা করম্বা রূপ ( শকক্ষম ) লৌরিবা কনানা উপাসক ( ভক্ত ) ওই হায়বা রাক্ষম অসি শন্দোক্না হায়বা হৌগংগ্রে। কিমপুরুষবর্ষ অসি কিন্নর-শিংগী লৈক্ষম ওই মরম অদুনা ভগবাননা শ্রীরামচন্দ্র ওইনা অবতার তৌখি। শ্রীরামচন্দ্রগী প্রধান উপসক ( ভক্ত ) দি রুদ্রগী অবতার ওইনা হনুমান্নি। শ্রীরামচন্দ্র বন চংপদগী হৌদুনা হনুমান অমং

অথন লৈতনা সেবা তৌব ফং থবনি সংযনি অথোইবনি মহাবীর হনুমান মতম কুইরবদগী ভক্তিগা লোয়ননা শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা চংজগিবনি, অতোপ্পা অমনদি তেক ফংবদা রাগনি, মরম অসিনা মহাবীর হনুমান রাম ভক্তগী আদর্শনি, মহাক অসি অমুক চাংদমিল্লাই লৈত্রবনি। অ সংগম্মা মহাবীর চাংদমিল্লাই লৈত্রবা ভক্তিগা লোয়নবা মহাবীর কিপুরুংর্যদা ফাওবিবা শ্রীরামগী মুর্ত্তিগী মফমদা চংজাখি। অমম্বুং জগৎ শিনথু না রাম ভক্তিগী আদর্শ ফোংদোকখি। মহাক্না (হনুমান) রামচন্দ্রগী মফমদা আরাধনা তৌনা তৌনা স্তোত্র পাঠশু তৌখি, মহাক্কী মগুণ শিনথুংনা শন্দোকই ভক্তিগী থোইদোকহেন্দোকপশু উৎলি। গন্ধর্ব্বশিংনা ভগবান রামচন্দ্রগী মফমদা ভক্তিনা ঈশৈ শকখি, অমম্বুং হনুমান্না ভক্তিভাব পুথোক্তুনা থুম্বা ভগবদকী মিং অসি ভাবদা থোইদোক্না পেনখি।

ভক্ত অথোইবা হনুমান ভগবান শ্রীরামচন্দ্রগী দমক্তা স্তোত্রপাঠ তৌখি, মহাক্কী রাথল অঙকপনি য়াম্না রাংথ্রবা রাথম্নি। হনুমান্না হায়জখি, হে ভগবান! ইবুঙো নহাক্কী মিংচৎনা জগৎ অসি শন্দোকশুরবনি করিগুম্বা অমকপা অমা লৈতে। হে ভগবান! ইবুঙো নহাক্না পরংব্রহ্ম স্বরূপ ওইতুনা মর্ত্তলোক অসিদা নরাকার (মানুষরূপ) ওইবিরগা মথল-মথা অম্বাম্বা জগৎ অসিদা ওইথোক্কবা থবক কয়া তৌবিরি, পুম্নমক অঙকপা ওইথরে। পিতাগী বাশক ভাকপদা থিন্দনা ফংলগদবা রাজসিংহাসন অমম্বুং লোক অসিগী থোইদোকপা সম্পত্তি অমম্বুং ভমখৈদগী হেন্দোকপা রাজ্যগী শুথ পুম্নমক অসি মতম

খরগী মনুংদা থাদোক্লম্লগ: তমখিরবা অন্নাবনা তিল্লবা বনবাস তৌখিবা, অমুম্না বন লাকপদা সুগ্রীবনচিংবা অথোইবা বানর কয়াবু অথোইবা মরূপ ওইখীবা অমসুং থুম্লবা ফত্রবা চাণ্ডালবু পরমমিত্র ওইনা আলিঙ্গন তৌরগা জগৎনা খংবদা ভৗয়োইদবা থোইনা পুকচেন চাওবা ফোংদোকখি। মথংদা মতমগী মতুং ইন্না অতোপ্পনা (রাবন্না) হুন্নুনা পুখ্রবা লক্ষ্মীগী স্বরূপ ওইবী সীতা উদ্ধারগী থোরাংদা সমুদ্রদা পন থিংলগা (লম্বী শেম্লগা) লঙ্কাপুরদা চংলগা জগৎ অসিগী মাংনবা তৌরিবা লঙ্কাপাত্ত রাবনবু বধ তৌরগা মশামক্না অলৌকিক প্রমান তৌখি। তৌইগুম্বসুং থবক অসি পাংথোক্কে হায়বগীদমক মনুষ্যদেহ অবলম্বন তৌখিবনি, মসি অরাইবদি নত্তে অসিগুম্বা থবক কয়াসি পাংথোকপা অসিনা মরম ওইহুনা লোকশিক্ষাবিধানন্দ ইবুঙো নহাক-কীদি কর্ত্তব্যনি। গুরুজনগী আদেশ পাওতাক ভাক্না চৎপদা মশাগী মুভাইবদি তুচ্ছনি, থবক পাংথোক্লিংবদা অতোনববু মরূপ ওইগনি, মরমদি তশেংনা হায়রবদা কনাগুম্বা অদু নিচ নত্তে মী পুম্নমক ব্রহ্মগী স্বরূপনি, মরম অসিনা কনাবুসু চিংনরোইদবনি, পুম্নমক ব্রহ্মগী স্বরূপ্নি খল্লুনা উপসনা তৌরিবনি, অদু ওইরবদি ঐগী অপাম্বদো শোইদনা সিদ্ধ ওইগনি। মতৌ অসুম তৌহুনা কনাগুম্বনা শাস্ত্রবু নিন্দা তৌরবদি পাপ পুগনি, মসি মাংননবা তৌবসি অনিবার্য্যনি, ওইথোক্তবা পোৎপু ওইনবা তৌবসি মাংনবগী মশক্তি। পুম্নমক অসি জগৎ অসিদা খংহল্লবগীদমক রামমুর্ত্তি ওইরগা রাবনবধনচিংবা অথোইবা থবক কয়া পাংথোকখি। হে লোকশিক্ষা গুরো! নংনা

তৌরিবা থবক পুন্নমক অফবা ঙাক্তনা নহাক্না মতম অহুদা থবক পুন্নমক লোকশিক্ষাগীদমক্তনি, অপংবা মীনদি নহাকি মাইওক্তা শিংনরি মখোয়না থংদ্রি নিস্কলঙ্কনি হায়বসি। নহাক্তি নির্ম্মল স্বরূপনি অশাওবা লৈতে অন্নাবা লৈতে, অহু ওইরবদি করি তৌহুনা সীতা বিরহদা রাবনগী মফমদা সাওরিবা মসি মতিক চাদে নহাকসে লোকশিক্ষাগীদমক্তনি।

জগৎ অসিদা মীওই অনি ঊবা ফংই, মাহুদি ধর্ম্ম লৈবা ১মা ভক্তি লৈবা ১মা, অনি অসিবু শিক্ষা পিগে হায়হুনা ভগবান শ্রীরামচন্দ্রনা মীওইবগী রূপ লৌবনি ইবুঙো মহাক্না ধর্ম্ম ১স্নুং প্রেম অসি ফোংদোকখি। রামচন্দ্রনা গুরু অজ্ঞা পালন তৌই মুনি ঋষিশিংগী যজ্ঞ ঙাকপনাচিংবা থবক্না মরম ওইহুনা মশাগী ধর্ম্মস্নু ফোংদোকখি, ধর্ম্মগী মরমদা মী পুন্নমকি মফমদা উপদেশ কন্না পিখি। পতিব্রত্ত ওইবা ভার্য্যা সীতাবু রাক্ষস রাবন্না পুখিবা মতুংদা অরাবা কয়াবু খাংখিবা মসি পুন্নমক লোইনা উখি, পতিব্রতা ওইবী নিজভর্য্যাবু ধার্ম্মিক পুরুষনদি উপেক্ষা তৌরোই, মহাকপু অরাবদগী কনবিগে ১স্নুং ঙাকপিগে হায়না হোৎনরম-লোইদ্রা, অসিনা মরম ওইহুনা জগৎ অসিদা কনাগুম্বনা স্ত্রী সাহচর্য্যাদা জগৎকী অরাবসে হায়বা ঙমদবনি। অসিনা মরম ওইহুনা তত্ত্ববু য়াম্না মুন্না অনুসন্ধান তৌরগা সীতা মায়ারূপ্তা সামান্তরানি, মরম অসিনা শ্রীরামচন্দ্র শেংলবা পরমব্রহ্ম স্বরূপ ওই-রবস্নু অরাবদি খনখি। মরম অসিদগী সংসার অসি মায়ানি মায়া

থাদোক্লগা থবক তৌগনি, অদু ওইরবদি অরাবা করিসু লৈরোই, অনেম অরাং অরা-মুংঙাই ১মত্তনি থনগনি, অদুম্না তৌরবদা সংসারগী ভবসাগর অসি লাম্থোকপা ঙমগনি।

হে জীব! শ্রীভগবান পেনবিরব অদু ওইরবদি মহাক্কি কৃপানা মী অদু পোকপগী মহৈ য়ালবনি। মহাকি কৃপান খোইদোক হেন্দোকপা জগৎ অসিদা করিগুম্বা অথোইবা পোৎ শোয়দনা ফংগনি। নহাক্না ঐ শাগৈ জাৎ অকনবদা পোকই হায়দুনা নাপন থক তৌরোইদবনি মাদু থ্যদোক্কদবনি। কুলগী শাগৈগী ফজবা মতিক মগুন কয়া ১মদি করিগুম্বা পোৎ জগৎ অসিদা খোইদোক্না অহেৱবনি হায়না নাপন তৌরবদি মাদুদা ভগবান্না করিসু পেন্বিরোই অদুনা শাগৈগী শীল স্বভাব ওইদে। ইবুঙো মহাক্না অবতার কয়া (২) তৌখরে মাদুদি — মৎস্য-কূর্ম্ম-বরাহ অসিনাচিংবা মখল মখা অয়াম্বা অঙকপা রূপ ১সুং বৃন্দাবনদা গোপ শাগৈদা পোক্লগা ভক্তগী মফমদা মশামক ফোংদোকখিদে, তৌইগুম্বসুং মুম্না খন্তরগদি মাদু উবা ফংই থংই—ভক্তি হায়বা অসিতনদি থংই ১সুং মহাক্নসু খোইনা পেনবিরিবনি।

নহাক্না নিচ জাতিদা পোক্লবসু মীনা তুকচনিংঙাই ওইবা থবক্তি থক তৌরোইদবনি মরম অদুনা নহাক্না শ্রীভগবনগী মফমদা ভক্তি লৈখিবনা ১মত্তা ঙাইরবা পরম-স্বরূপ ভগবানদা চংজফমনি থংনা চংজখিবা, মহাক্কী সেবাদা থরাই য়াওখিবা খন্দুনা অমুক্তা য়েংসি, নহাক্কী মফমদা শ্রীভগবান্না ইলাই লাইনা কৃপা পিবিখি। অসিবু

দুর্লভ নত্রাও, লমচৎ ফত্রবা চাণ্ডাল্লা ভগবান ভক্তিনা মরম ওইদুনা অরাধনা তৌজৈ পুক্কিং ২ লোংদনা ভগবানগী চরন্দা চংজখিবা অদুনা মরম ওইদুনা মহাকি মফমদা ভগবান্না কৃপা তৌবিদুনা মহাক অদুবু নিজপরমমিত্রনি হায়না আলিঙ্গন তৌবিখি। মাদুদি ঐখোয়না খংই (হনুমান অসিনচিংবা) তুকচনিংঙাই ওইবা বানরজাতিনি ১স্নুং কৰিস্নু খংদনবনি অদুগ ভক্তিগী প্রভাবনা ভগবান্না ঐখোয়বু নিজ আত্মীয়গননি হায়না য়াবিখি। ভক্তিদগী রাজা বলিনা শ্রীভগবান ফংখিবা ওইথোক্তবা নত্তে, মহাকি কৃপানা অযোধ্যা বাসীশিংনা শ্রীরামচন্দ্রবু উজবদা স্বর্গমক্তি খন্না খুরুমজৈ।

শ্রীশুকদেবনা অস্নুম্না মথক্তা হায়খ্রবা ইলাবৃতনচিংবা বর্ষগী (লৈবাকি) উপাস্য দেবতা ১স্নুং প্রধান উপাস্যদেবতাগী রারি থোকশিবা খোদোকশিং হায়রগা হৌজিক ভারতবর্ষগী মরমদা থোইদোকপা বিবরণশিং ফোংদোক্লবগীদমক. ভারত বর্ষগী তপশ্চারি ওইরিবা নরনারায়ন ২ গী মরমদা হান্না ফোংদোকখ্রে। শ্রীভগবান্দগী তোঙানবা নত্তবা জগৎ অসিদা খংহনগে হায়বগীদমক নর ১স্নুং নারায়ন ২ গী মশক ওইরগা করিগীদমক অস্নুক কষ্টতপস্যা তৌরিবা করম্বা মওংদা অকনবা তপস্যা তৌরগা জীবনা থোইদোকপা ফল ফংলিবা, মসি ফোংদোককে হায়বগীদমক, বদরিকাশ্রমদা লৈরগা চাংদমনিঙাই লৈতবা তপস্যা তৌরিবা ১স্নুং তপস্যাদুগী ফলনা ধর্ম্মজ্ঞান ঐশ্বর্য্যনাচিংবা অথোইবা গুণশিং ফোংদোকখি। মাদুদা মহাক্না নিজ প্রয়োজনগী সাধন নত্তে, মরমদি ভগবান বাসুদেব পূর্ণব্রহ্ম পূর্ণাত্মানি, মহাক্না করিগুম্বা অপাম্বা লৈতে।

ভগবান নারদনা ঋষিগী মশক মওং ওইনা অনুভব তৌখি ১মুং তত্ত্ব অদু খংলগা বর্ন ধর্ম্মগী আচার ১মুং আশ্রম ধর্ম্মগী আচার পালন তৌবদা অদুগী মতুংদা তারতম্য নাইদনা মুনিশিংগা লোয়ননা সাংখ্য ১মুং যোগনা মরম ওইদুনা অথোইবা ভক্তি লৈখি। অমুম্না ভগবান উপাসনা তৌবদ। মখোয়না পঞ্চরাত্রশাস্ত্র সাংখ্য শাস্ত্র ১মুং যোগশাস্ত্রনা মরুওইবা প্রকৃতি পুরুষনচিংবা তত্ত্বশিং ফজবা মওংদা মচাতান সৃষ্টিগী মরমদা মপুং ফান খংহলি ১মুং যোগশাস্ত্রনা যোগিশিংগী নিয়ম পদ্ধত্তি পুথোক্নুনা খংহনলি। অসিগুম্বা সাংখ্য শাস্ত্র ১মুং যোগ শাস্ত্রনা শ্রীভগবানতবু ফোং-দোকপনি। ভগবান পুরুষোত্তম্না কপিলমহর্ষি ওইনা অবতার তৌরগা সাংখ্য শাস্ত্রগী পাওতাক প্রদান তৌখিরনি, মাদুদা আসুরনা চিংবনা মহৈ (২) আক্রমন তৌনদনা জগৎ অসিদা প্রচার তৌখি. ১মুং যোগশাস্ত্রসি ভগবান্না পতঞ্জলি ওইনা অবতার তৌরগা ফোংদোকখি।

মরম অসিনা "ভগবত প্রোক্তভ্যাং সাংখ্য যোগাভ্যাং" অসি-গুম্বা অংশসিগী প্রমাননি। মফম অসিদা আশঙ্কা ১মা ওইরবদি ভগবানতনা সাংখ্য শাস্ত্র-যোগ শাস্ত্র ২নি অসিগী উপদেশ তৌখ্রে. মসি করিনো ? মসিগী উত্তর খন্দুনা য়েংবা তাই। অসিগুম্বা কাপিল সাংখ্য শাস্ত্র ১মুং পাতঞ্জল সাংখ্য শাস্ত্র ১মদি যোগ শাস্ত্র হায়রিবা শিং অসিগী মতশিং য়েংলগা খংবা ঙমগনি। কাপিল মুনি ভগবাননা অহান্বদা সৃষ্টিতত্ত্ব পুথোকখি হায়দুনা সৃষ্টিগী মরমদা ঈশ্বরগী মরমদা থোইদোকপা প্রয়োজন লৈত্রবসু ঈশ্বরনদি খংবিরিবনি ১মুং যোগমার্গদা

ঈশ্বর ঐখোয়গী থোইদোক্ন উপযোগীনি হাইনা, পতঞ্জলি যোগ শাস্ত্রদা মহাকপু ঈশ্বরনি হাইনা খংনখ্রে। মসে সৃটিগী মরমদা পাতঞ্জলি যোগশাস্ত্র কাপিলেয়সাংখ্যগী মতুং ইন্না মসি খনবতাই। মসিদা সাংখ্য শাস্ত্র-যোগশাস্ত্র লোইননা পঞ্চরাত্রগী মরমদা দেবর্ষি নারদনা বর্ননাগা লোইননা উপদেশ তৌখ্রে।

নারদ ঋষিনা ভগবান নরনারায়নগী মশক ওইবা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণবু অথোইবা পুরুষনি হাইনা খংখি, অমসুং অসুম্না খংবসিনা মহাক্না ইবুঙো মহাক্কী থবক পুম্নমক অমদি গুনাবলি ফোংদোক্লগা স্তুতি তৌখি. মহাক্কী থৌরাংনা অহেন অথোই নাইদনা ঋষি পুম্নমক অমত্তা ওইবা লম্বিদা মতুংইনহনখি।

শ্রীভগবান দেহ পুম্নমক্ত অন্তর্যামি ওইনা লৈখি অমসুং মহাক্ন অন্তর্যামি ওইনা লৈরগা পুম্নমক্ক মফমদা নিয়মতৌরিবনি. তৌইগুম্বসুং দেহ অতুনা ফংলিবা অরা মুঙাই পুম্নমক্ত মঙোন্দা শোকপাদি ঙমদে। সাধারন ভাবতা এখোয়না খংই, অতোপ (২) পামফমদসু উব ফংই, মসি সোইদ্রবনি; মাতুদি পাত্রদা পোং লৈ. হাইবদি পাত্রগা পাত্রিগা মহৈ (১) সংসর্গ তিনবা মহৌশানি। মসিদা চিংনিঙাই ওইদে তৌইগুম্বসুং আত্মা দেহগা লোইননা লৈরিবনি, দেহগী জীবাত্মাগী অরাম খৌরাংবা অতুনা পরমাত্মা দদি শোক্তে মরম অসিনা সাধারন বস্তুশিং থেংনবদা পরমাত্মা পুমমক্তগী বৈশিষ্টনি।

নরনারায়নরূপী ভগবান ১সুং মহাক্কী উপাসনাদা পুক্নিং চংলিবা নারদ তমসুং অতোপপা ঋষিশিংগী উপাসনানা মরম ওইদুনা

ভারত বর্ষ অসি অতৈ বর্ষদগী অথোইবনি হাইখি। মতৌ অসুম্না মফম অসিদা মখল মখা অয়াম্বচিং লৈ, মখোইগী মওং মতৌ লক্ষনমুম্ন খংখ্রে। অসিগী মনুংদা মলয় পর্ব্বত মথাদা অথোইবাচিংনি, অসিগুম্ব পর্ব্বত অসিদা মনম মুংশিরবা চন্দন বৃক্ষ কয়া লৈ, হাইরিবা চন্দনবৃক্ষ অসিদা মহুকল্লবা লিনশিংনা উখুদিং য়েংসিন্দুনা লৈখ্রে। মখোইগী মুংশিবা মনম অতুনা মফম অদুদা হৌরিবা উশিংদা মুংশিংনা সন্দোকখিত্তনা উপুন্নমক চন্দন ওইশরে চন্দনউগা মান্নখরে। মৈনাক পর্ব্বত হিমালয়গী অথোইবা মচানি, ইন্দ্রনা মহাক্কী মশা ককখি, মরম অতুনা মশা কননবগীদমক সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈখি মসি অতোপ (২) পা পুরান্দ ইগ্রে। ঋষ্যমুক পর্ব্বত অসি রাজা বালিনা তান্তোখ্রবা সুগ্রিবগী লৈফমনি। মহেন্দ্র পর্ব্বত লঙ্কাগী মনাক্তা লৈবনি মসি লঙ্কাগী বর্ননা তৌবদা খংবা ওমগনি, অসিগুম্ব মহেন্দ্র পর্ব্বতগী মরমদা রামায়ন্দসু য়াম্না মুন্না সুগাইনা আলোচনা তৌবা উব ফংগনি।

বিন্ধ্য পর্ব্বত ভারতবর্ষদা সুপ্রসিদ্ধনি মমিং লৈবচিংনি। বরানসি চৎপগী লম্বিদা মেঘমালা ওইনা আকাশ পক্ত য়াংনউই। ঋষ্যমুক গিরি ভল্লুক (শওম) শিংগী লৈফমনি হাইনা খংনৈ। চিত্রকুট পর্ব্বতদা রাম-লক্ষান অমসুং সীতা মতম কুইনা মফম অসিদা লৈখি অতুগা মহাককী মমিং রাম গিরি হায়নসু খংনৈ। মেঘদুট কাব্যদা মহাকবি কালিদাশনা চিং অসিগী মমিং রামগিরি হাইনা ইগ্রবনি। গোবর্দ্ধন পর্ব্বত বৈষ্ণবশিংগী মফমদা অতিপ্রসিদ্ধনি। রৈবত পর্ব্বত দ্বারকা মনাক নক্ত লৈবচিংনি—অথোইবচিংনি। মাঘকাব্যদা চিং অসিগী থোইদোকপা মসিগী বর্না

উবা ফংগনি। ইন্দ্রনীল পর্ব্বতদা অর্জ্জুন্ন ইন্দ্রগী তপস্যা অত্থু শক্কাং ওইনা ফংখিবনি, মমৈথংদা মহাক্কী থৌজাননা মহাদেবগী মফমদা আরাধনা তৌবগা মহাকপু পেনবিখিত্নুনা মমাং মক্তদা পশুপাত খুলাই অসি ফংঙিবনি। ইন্দ্রনা আরাধনা তৌবা মফম অথোইবা মফমনি হাইত্নুনা মফম অত্থু ইন্দ্রকীল হাইনা খংনখি। চিং শিংগী মন্নুংদা চিং পুন্নমক অমমম মমিং লৈবা অথোইবা চিং ঙাক্তনি, অতৌ অমুম্মা নদ নদী পুন্নমকস্থু আলোচনা তৌবদ অহেন্ব অথোইবা লোইনা খংব ঙাক্তনি। রাখল লৈবা য়াম্ন উবা ভগবৎ ভক্তশিংন মথোইগী নিজবুদ্ধিগী মতেংনা অমদি অতোপা গ্রন্থশিংগী টপাইনা মুন্না খংখিবনি। অসিগুম্বা চিং পুন্নমক নদ-নদীনা চিংবা অসিনা মরম ওইত্নুনা ফজহলবা ভারত বর্ষসে কর্ম্ম-ক্ষেত্রনি। মসে রা অসি হন্না (২) না হাইখ্রবনি। অসিগুম্ব ভারতবর্ষসিদা পোকচবা মীনা মহাক্কী অধিকারগী মতুংইন্না কর্মস্থ তৌরগা, পুনাগা লোইননা সাধারন ওইদবা ভগবত ভক্তশিং মুক্তি পিরিবনি মরম অসিনা ভারত বর্ষ কর্ম্ম ক্ষেত্রনি, ভগবানমকী জন্মভূমিনি ॥

শ্রীশুকাদেবনা ভারতবর্ষগী মরমদা মথল-মথা অয়াম্ব বর্ষ-সিংগী মরমদা অথোই অহেন কয়াম সন্দোক্লা হাইখ্রে। জগৎ অসিদা জীবনা অক-ফত্তভোগ তৌরিবা অসি মহাক (২) কী মতিক চাব কর্ম্মগী অনুস্থাননি। অসিগুম্বা ভারতবর্ষসিদা মীশিংন তৌরিবা কর্ম্ম অত্থুগী মতুংইন্না অপাম্বদু ফংলিবনি, তৌরিবা কর্ম্ম

অদুনা মরম ওইদুনা ভারতবর্ষসিদা পোকচবা পামজরিবনি । মীওইবতা নত্তনা দেবতা পুন্নমকস্থু ভারত বর্ষসিদা পোকপা ( অবতার ) তৌবা পামনখি। দেবতাশিংনা হাইখি অসিগুম্ব ভারতবর্ষ অসিদা মখোইনা ( দেবতা ) শিংনা পোক্লগা দেবতা-শিংদুনা শ্রীভগবানগী মফমদা সাধারন ওইনা ভক্তি যোগ ফংবদা কৃতার্থ ওই, ভগবানস্থু থোইনা পেনখি। দেবতাশিংস্থু ভারত-বর্ষদা পোকপসি থোইদোক্লা সার্থকনি, ভগবান্দ হাইজখি মখোই-পুন্নমকস্থু ইবুঙো মাগী থৌজান ফংখি, ভারতবর্ষ অসিদা পোকলি-বসি ঐখোয়গী কৃতার্থ মপুং ফারবনি। মতম কুইনগী মমাংদগী অপাম্ব অসি ইলমদ্রবদি অরাবনি। করম্ব কান্দ ঐখোইগী অপাম্বসি ফংলমদ্রা: ঐখোই তকম্ব অপস্যান লাই ওইবা ফংলি অঙকপনি। অপংবা খংদবনা খুদুম চলম্নবদি দেব ( লাই ) ওইবগী ব্রত কয়া দান কয়া তপস্যা কয়ামুক তৌবতাবনি, হাইবদি ভারতবর্ষসিদা পোকপনা ঙসি ঐখোয় অফবা রাখল অমদি মখল মখা অয়াম্ব ভোগকি অধিকারি ওইরগা নুঙাইবগী ঙমখৈদা ঐখোয় লৈরি। অতংপা লৈতনা সুখভোক্তা লৈরগা মথং ( ২ ) পুক্লিং নুঙাইনা লৈরিবনি নুঙাইবা অদুনদি মমৈথংদা শান্তিদি ওইথোকলোই, মরমদি অচাকপা মৈদা ঘি হৈজিনবদা মৈদুনা থক তুমিন্না লৈতবনি মথং( ২ ) মৈচাক হেঙ্গংলকপা মশান তাবনি। মতৌ অমুন্না বিষয় ভোক্তা হৈনগ্রবদি ভোগ অদুনা শান্তিদি ফংবদা রারগনি। মরমদি দেবতা ঐখোইগী দেবজন্ম অসি অরাবনি খন্দুনা ফত্তবা ওইনা অম্নুক খলককনি।

কর্ম্মক্ষেত্র ওইবা ভারত বর্ষ অসিদা নরজন্ম ওইনা পোক্লগা মী অতুনা অথোইবা ওইরবনি, অতুবু মূঢ় ( অপংবা ) ওইবা মীনা পরমার্থ অতু কাওথোকখিতুনা মুণ্ডাইরবা লৌকিককি বিষয়ভোক্তা মুণ্ডাইনা মতম লেনথোকই। নিষ্কাম ভাব অসি অফবনি খল্লগা অমস্বং মাতুবু মতমচুপদা খল্লগা, সকামি অমনা মহাক্কী অরোইবা মতম ফাওবদা মহাক্ক খনখিবা ৱাখন, মথোয়গী উপকরন হাইবদি সকামিতুনা ভগবান্দ কংখিবা অতু অরেম্বরা মাতু থক অরেম্ব ওইদে মাতুনা জন্মান্তরদা অমুক ফংলিবানি, অমুক মী মী অতুনা জ্ঞান লৈত্রবদি জীবন অতু রান মতম লেলিবনি।

মরম অসিনা হে জীব। লাইবক ফব ওইতুনা ভারতবর্ষগী কর্ম্ম ক্ষেত্র অসিদা মীওইবগী মপোক ফংলি। মাতুগী মতিচাবা ব্যাহার তৌরগা সার্থকনি, শ্রীভগবানগী কৃপান তৌজখিবা কর্ম্মনা মীওইনা পোক্লগা জ্ঞান শক্তি ফংনবা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বা ব্যবহার অসি য়াওদ্রেবদি চুমদবরু অচুম্বনি খন্দুনা মতম শাংনা মহাক্কী ( শ্রীভগবান ) গী সেবা থাদোক্লবদি, অমুকহন্ন কৃমি কীট-পতংচিংবগী মপোক অমুক ওইবোইদ্রা? মরম অসিনা নহাক্ক জ্ঞান শক্তি ফংনবা হোৎনগদবনি। অফবনি-ফত্তবনি ৱাখল তৌরগা ফত্তবদো থাদোকনি অফবদো লৌসনগনি অতুওইরবদি মী অতুগী শক্তি নইহ যালে। অসিগুম্বা শরীর মপোক ফংলগা শ্রীভগবান-নগী সেবাদ ব্রতী অমা ওইববদি নহাক্কী নখুংনা হরিগী মন্দির মার্জ্জন তৌবা মতিকচাই নহাকী নখোংনা শ্রীহরিগী মন্দির পরিক্রমা ১মদি

সাধু সঙ্গ তৌবা চৎপদা সিজ্জিন্নৈ মহৈ য়ালে কানরে। নমিং অতুনা শ্রীভগবানগী শ্রীমুর্ত্তি দর্শন্দাসিজিন্নৈ, নাকোংনা শ্রীহরিগী কীর্ত্তন শ্রবন তৌই তাই, ইন্দ্রিয়না গুণ কীর্ত্তন তৌরিবনি, নাতোন্না ইবুঙোগী নির্ম্মল্য তুলসী পত্রগী লৈগী মনম লৌই, মতৌ অসুম্ন "মন" না ধ্যান তৌরবদি নরজন্ম ওইজবগী কানরে।

নহাক্ক মতম অমদা যাগ-যজ্ঞনচিংবনা অতোপ্প দেবতা কয়া পূজাতৌই, হবিদান তৌই অন্যদেবতাগী মন্ত্র তৌরগা পুডোদাশন-চিংবা পোৎনা অন্যদেবতা পূজা তৌবদা, পুক্লিংনা পাম্বগী মতুং-ইন্না ইন্দ্রনাচিংবা পূজা তৌবদো শ্রীভগবান পুরুষোত্তম নারায়ননা পেনবি। অসিগুম্ন ইন্দ্রনাচিংবগী উদ্দেশ্যদা হবিনা চিংব হবনীয় দ্রব্যনা দান তৌরি মাতুদা পুরুষোত্তম শ্রীনারায়ননা থোইদোক্ক পেলিবনি। মথক্তা হাইরিবা মন্ত্রগী উপাইনা কংখ্রিবা পোং শ্রীভগবান নারায়নক্ক হকথেংননা লৌরিবনি। ব্রাফম অমা হাইর-গে কনাগুম্ব সকামী অমনা মতম পুম্নমক্তা হাইবদি ইহলোক পরলোক অনিমক্তা কর্ম্ম অতুনা মুঙাংবদো কুইনা খক লৈতবনি। মরমদি মহাক্কী কর্ম্মগী ফল অতু চারবা মতুংদা অতোপ্প অমা করি তৌসিগে খলন্নি। পিক্কবা তিনদগী চাওরবা ইন্দ্রফাওবদা সম্পত্তি অতুনা থোইদোক্ক মুঙাইনা মতম লেলি। সম্পত্তি হাইব লন অসি হাইবদি সনা লুপা লম কয়া অসি করিগুম্ব কান্দ মাং-খি মাসি সোইদবনি। তৌইগুম্বসুং নিস্কাম কর্ম্ম তৌরিবা মী অতুনা নিস্কাম কর্ম্মগী ফলনা শ্রীভগবানগী পরম পদরী সোইদনা

ফংই। করিগুম্বা কান্দা অমাংবা লৈতে, মরম আসন সকাম অমসুং নিষ্কাম ২ নি অসিগী মসুংদা নিষ্কামকর্ম্মনা অথোইবনি। মরম অসিনা ভারতবর্ষ অসিদা ননজন্ম ফংলগদি স্ত্রান শক্তিগী পাঙ্গন্না নিষ্কামকর্ম্ম অথোইবনি হায়বসি খনগদবান।

মরম পুন্নমক্তা মফম খুদিংদা ভারতবর্ষ অসিদা পোকপনা সকাম অমসুং নিস্কাম কর্ম্ম অনিমক্তা অধিকারি ওইরিবনি হায়রিবা অসিদা নিষ্কান্না সাধনা তৌবদা অথোইবনি। মরম অসিনা অসি-গুম্বা ভারতবর্ষ অসিদা পোকপনা পেল্লোইদ্রা? দেবতাশিং ফাওবনা ভারতবর্ষ অসিদা পোকপা পাম্লিবনি। বর্ষ পুন্নমক্তগী হেনবনি খংলদুনা শ্রীভগবান্না ভারতবর্ষ অসিদা মথল মথা অয়াম্বা অবতার মীন কুর্ম্ম বরাহ নৃসিংহ হায়দুনা অবতার তৌরিবনি। মরম অসিদগী পুন্নমক্তা য়েংনরুবদা হায়বদি অতৈবর্ষগা য়েংনবদ অথোইবা বর্ষদি ভারতবর্ষনি হায়বনি চিংনিঙাই লৈত্রবা রানি।

ভাঃ ৫ গী ২০ শুবা

শ্রীশুকদেবনা হায়খি—হে পরীক্ষিৎ মহারাজ! জম্বুদ্বীপকী বর্ননা অসিগী মতুংদা প্লক্ষদ্বীপশিংগী চাওবা-রাংবা শাংবা অমদি ফজবা অসিনা মরম ওইদুনা বর্যসিগী তোঙানবা বর্ননা তৌরগে মুন্না তারো। যথা—সুমেরুচিংবু মানবা জম্বুদ্বিপ্না কোইশিল্লি, অসুম তৌনা জম্বুদ্বীপ পরিমান ওইবা লবন সমুদ্র অসিনা অমুক জম্বুদ্বীপপু কোয়শিন্দুনা

লৈ। নগরশিংস্তু লৈ মকমগী ওমথৈগুম মপানলোমদা কোয়শিল্লি, অশ্ন্ময়া লবণ সমুদ্রসে অমুক যেংবদা শরুক ২ পাক চাওই প্লক্ষদ্বীপ্পা জম্বুদ্বীপ্প কোয়শিনখ্রে। জম্বুদ্বীপতা চাওরবা জম্বুবৃক্ষ অমা হৌরি, প্লক্ষদ্বীক্ষপকী পাক-চাওবগুম মতাকস্তু চাওরিবনি। পাম্বী অসি স্বর্ন ময়াবা অমসুং প্লক্ষদ্বীপকি মতুং ইন্না প্লক্ষদ্বীপ মতাকী মমিংনি। অসিগুম্বা প্লক্ষদ্বীপ অসি সপ্তজিহ্বা অগ্নিগী মতৌগুম্বনি। দ্বীপ অসিগী অধিপতি প্রিয়ব্রতুগী মচা ইধ্মজিহ্বনি, দ্বীপ অসি বর্ষ ৭ থোক্লা থায়দোক্লগা দ্বীপশিং অসি নিজপুত্রশিংদা পিথোকই মশামক্না (ইধ্মজিহ্ব) না মতুংদা মহাক্না আত্ম সমাধিনা মরম ওইনা পোথাখরে বর্ষশিংগী মমিং শিব, বয়স, সুভদ্র, শান্ত, ক্ষেম, অমৃত, অমসুং অভয়নি, বর্ষ ৭ অসিগী অমুক চিং ৭ অমসুং তুরেন ৭ পূম্নমক অসি লোইনা মমিং লৈবা ওাক্তনি। হায়রিবা বর্ষ ৭ আসগী চিংস্তু ৭ নি মমিংশিং—মণিকুট, ব্রজকুট, ইন্দ্রসেন, জ্যোতিষ্মান, সুবর্ন, হিরন্যষ্ঠীব মেঘমাল, অসিনি, অসিগী মথংদা তুরেন ৭ কী মমিং—অরুনা নৃম্না, অঙ্গিরসী, সুপ্রভাতা, ঋতম্ভরা, অমসুং সত্যম্ভরানি মখোয় অসি অতিপ্রসিদ্ধনি। হায়রিবা মহাদ্বীশিং অসিগী ঈশিং অসি হেক শোকপদা, থকলুবদা মনাক্তা লৈতুনা সেবা তৌবদা রজোগুণ অমসুং তমোগুণ মাংলিবা ঈশিংনি। মতুদি হংস, পতঙ্গ, উদ্ধায়ন অমসুং স্যাঙ্গ মমিং অসি কৌবা চহি ১০০০ পুন্সিবা লাইমকা মান্নবা মওং লাই মকা মানবা মচা পোকপা ব্রাহ্মনচিংবা বর্ন মখিগী মশক ওইবা স্বর্গগী মশক ওইবা ভগবানগী মশক ওইবা সূর্য্য দেববু আরাধনা তৌদুনা

লৈখ্রে। পরমপুরুষ ভগবানমক্কী গুণ চেনবা পেনবি ৈহবা ধর্ম্মগী মপু ওইবা সূর্য্যদেবর্ ঐখোয়না থুরুমজরি চংজরি ।

অসিগী মতুংদা প্লক্ষদ্বীপনচিংবা দ্বীপ ৫ গী থোইদোকপা রা অমা হায়রগে প্লক্ষনচিংবা দ্বীপ ৭ অসিদা মখোয় পোকপনি, মখোয় পুন্নমক মশক চপ মান্নৈ যথা— আয়ু, ইন্দ্রীয়ঃ ওজঃ সহঃ বল, বৃদ্ধঃ বিক্রমঃ অসিনি মখোয় পুন্নমক চপ মান্নৈ চংখৎপা মগুণ লৈবা মান্নৈ, অথোই-অহেন নাইদবান। থোইদোক-হেন্দোক্লা প্লক্ষদ্বীপ অসি, চুগী রস য়াওবা সমুদ্রনা কোইশিল্লি, মসিদগী দ্বিগুন হেন্না পাকচাওবা শাল্মলদ্বীপ অসিবু থোইনা পাক-চাওবা সুরাময় সমুদ্রনা কোইশিল্লগা লৈখ্রে। প্লক্ষদ্বীপ অসিগা মান্ননা চাওবা শাল্মলী বৃক্ষ অমা হৌজিক লৈ। শাল্মলি বৃক্ষ অসি ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী স্বরূপনি অবয়বনি ছন্দন মরম ওইদুনা স্তুতি তৌরিবা পক্ষিরাজ গরুড়গী লৈফম্নি প্রসিদ্ধনি, অসিগুম্বা শাল্মলি সিনা শাল্মলি দ্বীপ অসিগী মফম পুন্নমক্তা শাল্মলী দ্বীপ হায়না থংনরিবনি। দ্বীপ অসিগী অধিপতি প্রিয়ব্রতগী মচা যজ্ঞবাহুনা মহাক্কী মচা ৭ তা মহাক্কী মমিংনা তিনবা বর্ষ ৭ থাইদোকুনা পিথোকখ্রে, বর্ষশিং অদুগী মমিংদি—সুরোচন সৌমনস্য রমনক, দেববহ, পারিভদ্র, অপ্যায়ণ অমসুং অভিজ্ঞাতনি। বর্ষ ৭ অসিগী পর্ব্বতসু ৭ নি— সুরস, শতশৃঙ্গ, বামদেব, কুন্দ, কুমুদ, পুষ্পবর্ষ অমসুং সহস্রশ্রুতিনি, অসিগীসু অমুক মতুং ইন্না অনুমতী, সিনীবালী, কুহু, রজনী, নন্দা, রাকা, হুন্নৈনশিংগী মমিংনি।

অসিগুম্বা বর্ষ অসিদ লৈরিবা পুরুষ পুম্নমক শ্রুতিংগী বীর্য্যধর অমস্থং ইস্তন্ধর—হায়রিবা মমিংসিনা খংনরগা সোমদেব ভগবান্না বেদ ময়ুগী অধিষ্ঠাতা ওইবা শ্রীভগবান বিষ্ণুবু বেদোক্ত বিধান কাইদনা পূজা তৌখি। সোমদেবনা শুক্লাপক্ষ কৃষ্ণাপক্ষ অনিমক্তা মথং মথং বিষ্ণুগী মঙাল্লা মরম ওইদুনা পিতৃলোক অমস্থং দেবলোক অনিমক্তা অন্ন চাননবা চিক্তাক অসি বিভাগ তৌদুনা পি, অসিনা মরম ওইদুনা মখোয় পুম্নমক নিংথৌগুম্বনি মথক্তা হায়খিবা শাল্মলী-দ্বীপকী মথৌগুম সুরাসমুদ্রগী অহেনবা য়েংবদা শরুক অনিগা পাক-চাওবা মান্নে হায়দুনা পরিমান পাঙথোক্লিবা ঘৃত সমুদ্রনা কোইশিনবা কুশদ্বীপ অমা লৈ। কুশদ্বীপ অসি লাইমক্লা শেমখিবা কুশ ঙাক্তা হৌবা অতৈ নাপি অমা য়াওদ্রবা মফম্নি। কুশ ঙাক্তা হৌবা মফম অসি কুশদ্বীপ হায়না খংনরি। মফম অসিদা চংলুবদা মফম অসিগী শেংলবা মুংশিংনা পুম্নমক্কী হেন্না লংলবা মৈগুম্ব। মঙান অমনা মায়কৈ পুম্নমক্তা সন্দোকখিবা সি উনরিবনি।

হেরাজন! দ্বীপ অসিগী অধিপতি প্রিয়ব্রতাত্মজ (ইধ্মজিহব) গী মচা বসু, বসুদান, দৃঢ়রুচি, নাভিগুপ্ত, সত্যব্রত, বিপ্র, অমস্থং কামদেব হায়রিবা মচা ৭ অসিগীদমক তোঙান তোঙাল্লা খায়দোক্লগা চপ মাননা য়েন্থোকপিখরে। অদুগী মতুংদা মহাক (ইধ্মজিহব) নশামক্লা অকনবা তপস্যা তৌখি। মচাশিংগী অধিকার ওইরবা বর্ষশিংগী মমিং—বভ্রু, চতুঃ শৃঙ্গ, কপিল, চিত্রকূট দেবানীত, উর্দ্ধ-রোমা অমস্থং দ্রবীন মমিংশিংনি। অসিগা লোয়ননা নদীশিং

বর্ষশিংগী সিমানাস্নু লৈরিবনি—রসকুল্যা, মধুকুল্যা, মিত্রবিন্দা শ্রুতবিন্দা দেবগর্ভ, ঘৃতচ্যুতা অমস্নুং মন্ত্রমালা নদীশিং অসি থোইদোক্লা অতিপ্রসিদ্ধনি। হায়রিবা মচা ৭ অসি লোইনমক কুশদ্বীপ্তা লোইনা লৈশ্রে, মখোয় পুম্নমক্লা মমিং লৈরবা তুরেনশিং অসিদা স্নান তৌবা থকলুবা অসিদগী মখোয় পুম্নমক্কী রাখল অসিনা মরম ওইদুনা কুশল, কোবিদ, অভিযুক্তা অমস্নুং কুলক মমিংশিং অসি কৌবা মমিং লৈরবা যাগনচিংবা ক্রিয়া অমদি শ্রাগ্রদগী ফংলকপা জ্ঞানগী মতুংইন্না অগ্নিমক্কী স্বরূপ ওইবা ভগবান পরমেশ্বরগী মফমদা অকনবা তপস্যানা অচেৎপা ধারনা তৌখিবনি।

হে অগ্নে! হে মৈ কৌবা লাই! নহাক অসে পরমেশ্বরগী স্বরূপ ওইবা শাক্ষাৎ বাসুদেবগী হব্যবাহীনি যজ্ঞতবু পাস্থিবনি, যজ্ঞ অসিদা যজ্ঞেশ্বর বিষ্ণুগী মরমদা নহাক্লা পেনবিনবা তৌরিবনি। অসিনা মরম ওইদুনা ইবুঙো নহাক্লা পেনবিরগা পেঞ্জরিবনি। যজ্ঞ অসিনা মরম ওইদুনা দেবতাগী শরুক যজ্ঞসিনা পিরগা, পরমপুরুষ ভগবান শ্রীবিষ্ণুবু পুজা তৌই। যজ্ঞ অসিনা মরম ওইরগা অঙ্গ-দেবতা পুজা তৌই, অসিনা মরম ওইরগা প্রধানদেবতা যজ্ঞেশ্বর ইবুঙো মহাক্লা পেনবীখি। কুশদ্বীপ অসিবু ঘৃতোদকময় সমুদ্র অসিনা কোইশিল্লি, মথংদা শরুক অনি হেন্না পাক চাওবা ক্রৌঞ্চ-দ্বীপ্না মপান্দা চপমানবা চাংদা ক্ষীরোদ সমুদ্রনা অমুক কোইশিল্লি। পর্ব্বত অসিসু ক্রৌঞ্চনামক পর্ব্বত হায়রগা অতুম থংনৈ, অসিগুম্বা চিং অসিগী চিংখাং ( নিতম্বা ) অসিদা কুঞ্জ কয়ালৈ, দেব কান্তিকী

অস্ত্রপ্রহারনা নৈথায়ৱবদা অতৎপা লৈতনা ক্ষীরদ সমুদ্রগী ঈশিংনা শেংদোকই। জলাধিপতি বরুণনা মফম অদু ঙাক্তুনা অকিবা কব্রি অমা য়াওদনা কার্ত্তিকী থুংলাই অদুনা মফম অদু অকি অথং লৈতে। ক্রৌঞ্চদ্বীপকী মপু প্রিয়ব্রতগী মচা ঘৃতপৃষ্ঠনা দ্বীপ অসি মহাক্কী মচা ৭ তা তোঙান তোঙাননা য়েন্থোকখ্রে। অম্মমা পিথোক্লম্নগা মহাক্না পরম মঙ্গল স্বরূপ ওইবা পুম্নমক্কী আত্মা সংসারগী ভববন্ধন মাংহনবা ঙম্বা শ্রীহরিগী চরন্দা চংজখ্রে। আত্মা মধুরুহ, মেঘপৃষ্ঠ সুধমো, ভ্রাজিষ্ঠ হোহিতার্ন অমসুং বনস্পতি, মথোয় অসি ঘৃতপৃষ্ঠগী মচা ঙাক্তুনি। মথক্তা হায়গ্রবা পুরুষশিং অসিগী অমুক শুক্ল·বর্দ্ধমান ভোজন, উপবর্হন, নন্দ, নন্দন ১সুং সর্ব্বতোভদ্র মখোই ৭কী মিংনি। অদুগা অভয়া মৃতৌঘা, আর্য্যকা, তীর্থবতী, রূপবতী পবিত্রবতী অমসুং শুক্লাঅসিনা মথোয়গী প্রসিদ্ধনদীনি। মথোয় পুম্নমক্না বর্ষসিদা লৈরগা তুরেনশিং অসিগী শেংলবা লুরবা ঈশিং অসিদা স্নান তৌবা থকলুবা অসিনা পুরুষ, ঋষভ, দ্রবিন অমসুং দেবক মমিংশিং অসি কৌদুনা জলাঞ্জলি অসিনা অর্ঘনচিংবা দান তৌরগা জলময় ভগবানগী আরাধানা তৌদুনা লৈখি। অসিগুম্বা নদীশিং অসি অচম্বা অমত্তা নত্তে মমিং লৈবা ঙাক্তুনি অফাওবনি।

হে জল! নহাক অসি ঈশ্বরগী মফমদগী মতীক নগুণ সামর্থ্য ফংগ্রবনি নহাক্না ভুলোক, ভুবলোক, স্বলোক, ত্রিভুবন অসি শেংহল্লগা শেংদোকপিরগা নহাকপু শমনজবদা ঐথোয়সু অমুক পবিত্র ওইরবনি। নহাক্না ঐথোয়গী পাপ পুম্নমক কোকপিরবনি। ক্ষীরোদ

সমুদ্রগী মতুংদা অমুক মাইকৈ মরি কোইশিন্দুনা শাক মমিং অসি কৌবা তুরেন ১ লৈ মহাক্কী পাকচাওবনা দ্বাত্রিংশৎ লক্ষ যোজন্নি। মসিনা অমুক দধিরসময় ওইবা সাগর অসিনা অমুক কোল্লি, সাগর অসিগী পরিমানদি শাকদ্বীপকা মান্নে মসিস্সু দ্বাত্রিংশৎ লক্ষযোজন্নি। শাক দ্বীপতা শাক কৌবা "উ" লৈ হৌই মমিং অচুম হায়নৈ অতোপ্পা মমিং অমা লৈতে। শাক বৃক্ষ অসিগী মনম য়াম্না নুংশি দ্বীপ অসি মতম পুম্নমক্তা সুবাসিত ওইনা লৈ, হায়রিবা দ্বীপ অসিদা প্রিয়ব্রতগী মচা মেধাতিথিনা অধিপতি ওই, মচাশিংগী মমিংগী মতুং ইন্না বর্ষ ৭ খায়দোক্লগা মথং মথং পুরোজব, নামোজব, বেপমান, ধম্নানীক, চিত্ররেফ, বহুরূপ, অমস্যুং বিশ্বাধার অস্মুন্না বর্ষ ৭ কী মচা ৭ অধিপতি অমমম ওইহনল্লগা মশামক্না লেমহৌরিবা পুন্সি অসি শ্রীভগবানগী মনাক ওইবা তপোবন্দা অকনবা তপস্যা তৌখি।

মথক্তা হায়খ্রবা বর্ষ ৭ অসি মগুণ লৈরবা পর্ব্বতশিংগা লোইনচুনা লৈবা ঙাক্লি, তুরেন ৭ অসিস্সু মতিক-মগুণ লৈবা তুরেন ঙাক্লি, চিংশিং অমদি তুরেনশিংগী মমিংশিং—ঈশান, উরুশৃঙ্গ, বলভদ্র, শতকেশ্বর, সহস্রশ্রোতা, দেবপাল, মহানস হায়রিবা চিংশিং থোইদোক্না মমিং মগুণ লৈবা ঙাক্লি। অনঘা, অয়ুর্দ্দা, উভয়পৃষ্টি অপরাজিতা, পঞ্চনদী, সহস্র স্রুতি নিজধৃতি তুরেনশিং অফাওবনি, হাইরিবা চিং তুরেনশিং অসি মগুণদি অমগা অমগা মান্নদে বৈলক্ষনন্নি। ঋতব্রত অমস্যুং দানব্রত অনুব্রতনচিংবা মমিংশিং অসিনা বর্ষ বাসি পুম্নমক্না প্রনায়াম্নচিংবা তৌদুনা রজগুণ তমগুণ মাংহল্লগা অকনবা

সমাধিগা লোয়ননা বায়ু রূপি ভগবান্দং চংজখরে। অসিগুম্বা বায়ু রূপি ভগবান প্রনালি মতুং ইন্না মশাগী তৌবঙম্বনা মরম ওইদুনা মন্নুংদা চংশিল্লগা জীব পুম্নমকপু পালন তৌখি। উরিবা জগং অসিগী মখাদা লৈরগা শংশংনা অন্তর্য্যামি বায়ুরূপি ভগবানগী মফমদা ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু হায়জখি।

অস্নুম তৌনা অমুক দধিমন্দোক কৌবা সাগরগী মতুংদা শাক দ্বীপকা য়েংনবদা শরুক অনি হেন্না চাওগ্রবা মাইকৈ মরি থুংবা মানরবা ঈশিং য়াম্না থুম্বা সাগর অসিনা মপানগী শরুক্তা কোইশিন্বা পুষ্কর কৌবা দ্বীপ অমা লৈ। দ্বীপ অসি মৈগী মতৌগুম লংই, সনাগী থম্বাল মনানা লক্ষ অমা ওইদুনা চাওরবা থম্বাল অমা লৈ। থম্বাল অসি ভগবান কমলাসন ব্রহ্মাগী আসন ওইনা সেম-শ্রবনি। দ্বীপ অসিগী মন্নুংদা মানসোত্তর কৌবা চিং অমা লৈ। মসি অযুতযোজন ৱাংই অমসুং পাক চাওই। নোংপোক-নোংচুপ্তা বর্ষ অনি লৈ, মসিনা মখোয়গী চিংগী অৱোইবনি অমসুং মফম অসিগী মাইকৈ মরিদা ইন্দ্রনচিংবা মাইকৈ মরিগী লোকপাল কোন্নুং লৈ। মরিসিগী অমুক মথক্তা সুমেরু লৈ সূর্য্যগীরথনা চহি চুপ্পা কোইদুনা দেবতাশিংগী নুংথিন অমসুং অহিং হায়না থাইদোক্লি, হায়বদি উত্তারা-য়ণ দক্ষিনায়ন অসি কোইনা চৎতুনা সূর্য্য দেব লৈরিবনি। অসিগুম্বা দ্বীপ অসিগী মপুদি বিতীহোত্র কৌই। প্রিয়ব্রতগী মচানি, মহাক্কী মচা রমনক অমসুং ধাতক ২ অসিনা বর্ষগী অধিপতি ওইরগা মশা-মক্তি ময়াম্বগী মতৌগুম ভগবানগী উপাসনানচিংবদা পুক্নিং লুপখিদুনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈখরে।

অসিগুম্ব বর্ষ অসিদা মখোয় লৈখি। পুরুষশিং অসি ব্রহ্মাগালোগ অমত্তদা লৈবগী ফলনি। সকাম কর্ম্মনা মরম ওইতুনা ভগবান ব্রহ্মাবু ধারনা তৌরগা মখাগী বাক্য অসি উচ্চারন তৌতুনা লৈখি। অতু-গুম্বা ব্রহ্মাবু কর্ম্মতুনা মরম ওইরগা নিংলিবনি, অমস্তুং অপাম্বা অতু ফংলগা মখোয় পুন্নমক্তা পরমেশ্বর রূপ অতু লেংদনা থমখি। মহাক অসি অমত্তনি অনি অমুক শুদবনি, ব্রহ্মজ্ঞানগী এক মাত্রসাধন্নি। অসিগুম্বা ব্রহ্ম মুক্তি অসিবু মীওইবনা সেব্য-সেবক্কী ভাবতা তোঙান্না পূজা তৌনৈ অসিগুম্বা শ্রীভগবানবু ঐখোয়না হন্না হন্না খুরুমজরি।

উক্ত হাইখ্রবা শুদ্ধোদ সাগরগী মনুংদা লোকালোগ কৌবা চিং অমা লৈ মহাক অসি মাইকৈ অমরোমদা সূর্য্যগী মঙান ফংই অমরোমদা ফংদে। মরম অসিনা মহাকী মমিং লোকালোগ কৌরিবনি। অসিনা মরম ওইতুনা সূর্য্যলোক যুক্ত প্রদেশ সুর্য্যলোক শূন্য প্রদেশ ২নি অসিগী মরাইদা সূর্য্যদেব লৈরিবনি। মান সোত্তর পর্ব্বত অমস্তুং মেরুপর্ব্বত ২ গী মরক্তা অতুক্কী মতিক পাক চাওই রাংই পৃথিবী অসি শুদ্ধোদগী মখাদা লৈ, মসি আদর্শ তল মক্ক মান্না সেমগ্রব স্বর্ন ময় ভুমিনি, লৈপাক অসিদা করিগুম্ব পদার্থ অমা থমখিবা ন্ত্রগা লংথোকখিবা অদু অমুক উব ফংদ্রে, মরম অসিনা মফম অসি থাদোকনৈ। অসিগুম্বা চিং অসিনা বর্ষ ২ গী ময়াই মক্তদা লৈরগা সূর্য্যগী মঙান ফংবা সূর্য্যগী মঙান ফংদবা দেশনি হাইনা খাইদোক্তুনা লৈ, মরম অসিদগী মফম অসিবু লোকালোক হাইনা

মমিং থোনখ্রিবনি। পরমেশ্বর ইবুঙো মশামক্ন লোকালোক কৌবা চিং অসি "ভু ভুব : স্ব :" হাইন খংনরিব ত্রিভুবনগী ওমথৈ সীমানানি হাইনা ব্যবস্থা তৌখ্রবনি। অসিগুম্ব চিং অসিনা প্রতি বন্ধক ওইনা লৈবনা সূর্য্যদগী (মুমিং) তগী হৌত্নুনা ধ্রুবনক্ষত্র লোম্ব জ্যোতিসশিংগী মঙান ময়াম অসিনা ত্রিভুবনগী মখা ফাওবা সিন থুংভি অসিগী মথাদদি করিগুম্ব কান্দ মঙান অসি চৎত্রে। মাহুদি চিং অসিগী রাংব চাওবা হেনমনখিবনা ফংদবনি।

পণ্ডিতশিংনা পরিমান তৌই, চিং অসিগী মশক মওংনা চিংবা অসিনা মরম ওইহুনা পরিমান অসি ভুবিন্যাসনি হাইনা খল্লগা লৈখ্রে। মথক্তা লোকালোক কৌব চিং অসি পঞ্চাশৎ কোটি যোজননি ভুগোল অসিগী ৪ গী শরুকনি, হাইবদি সার্দ্ধদশ কোটি যোজন ওইনা রাংবনি মসি ব্যাসনদি মুন্না শংগনি। চিং অসিগী মথক মাইকৈ ৪ দা জগৎকী গুরু আত্মযোনি ব্রহ্মান লোক পুন্নমক অসি লেংদনা লৈনবা ঋষভ পুস্করচুড়-বামন অমস্থং অপরাজিত কৌবা মাইকৈ ৪ ঙাক্নবা শামু ৪ থমখ্রে। মহাকী অংশদগী পুথোকখিবা মাইকৈ ঙাকপা শামু মরি অসিনা মহেন্দ্রনা চিংবা মাইকৈ ঙাকপশিংগী মখল মখা অয়াম্ব শক্তি হেনগৎনবগীদমক অমস্থং জগৎ মঙ্গল ওইনবগীদমক, মহাবিভুতি অধি পতি অন্তর্য্যামিভগবান পরম পুরুষ পরমেশ্বর বাসুদেববু বিষ্ককসেনানচিংবা অথোই ২ বা মনাই কয়ান কোইসিন্দুনা অমস্থং ইবুঙো মহাকী অথোইবা খুংলাইনা লৈতেং ওইবা পাম্বোম ময়ামনি, অসিনা হাইরিবা চিং

অসিগী মাইকৈ মরি মক্তা ধর্ম্ম-জ্ঞান বৈরাগ্য অমসুং ঐশ্বর্য্য অসিন তিন্ন ইবুঙো মহাক্ল লেংদনা লৈপ্রে। হাইবদি শ্রীভগবানগী অলৌকিক ওইবা ঐশ্বর্য্য অসিনা তিন্ন মুর্ত্তি মাইকৈ পুন্নমক সিনথুংনা লৈখি।

শ্রীভগবান পরমেশ্বরগী যোগ মায়া শক্তিনা মথল মথা অয়াম্ব লোক যাত্রা অসি সেমপ্রে; পুন্নমকপু ঙাকপিগে হাইবগীদমক ইবুঙো মহাক্ল বিগ্রহমুর্ত্তি অসি লৌখিবনি। লোকালোক পর্ব্বত অসিদা, লোকবর্ষ- অমসুং অলোকবর্ষগী ময়াই মক্তদা পাকচাওনা লৈরিবনি। অতুদা অলোকবর্ষগী পরিমান হাইখরে, মরম অসিনা লোকালোকপর্ব্বতকী মপানগী শরুক্তা প্রদেশ, অসিগী মতুংদা যোগিশিংনা শেংলবা অথোইবা মফম অসিদা চংকদবনি হাইবসি অয়াম্ব পণ্ডিতশিংনা হাইখ্রবনি।

ব্রহ্মাণ্ড কটাহগী ময়াই অসি মক্তদা সুর্য্য দেব লৈপ্রে, ভুলোক অমসুং ভুব-লোক ময়াইদনি, অসিগুম্বা ময়াই অসিগী শরুক্তা সুর্য্য অমসুং ব্রহ্মাণ্ড কটাহ অসি পঞ্চবিং শতি কোটি যোজন পাক-লিবনি। সুর্য্যনা শিরবা চেতন ফংদ্রবা অচেতন পদার্থ ওইবা অণ্ড কোষদা চংসিনথ্রগা মহাকী মমিং মত্তণ্ড, অমুক বিরাট ব্রহ্মরূপ্তা মহাক্ল অমুক চংসিলগা হিরন্য গর্ভ হাইনা খংনখি।

অসিগুম্ব সুর্য্যন মাইকৈ অহাংবা আকা শ পৃথিবী-স্বর্গ অমসুং মোক্ষ স্থান-নরক-অতলনচিংবা (পাতাল) অমসুং অন্যান্য অতোপ

( ২ )পা প্রদেশ কয়া খাইদোকখ্রে। দেবতা-শা-ঙা-মী মপুরুচৎপা উচেক হাইবদি আকাশদাচৎলিবা থরাই পাম্বশিং মখল-মখা অয়াম্ব থরাই পাম্ব জীব পুন্নমকী ( ১মদি জিবনা মহাক্ক তৌবা পাপকী কর্ম্মনা অতোম্ব নিচ ওইনা পোকখ্রবা পুন্নমকসু ) সূর্য্য মুমিৎ অসিনা আত্মানি অমসুং মিৎকী অধিদেবতানি, মরম অসিনা উপসনা তৌগদবনি। উক্ত মথক্তা হাইখ্রবা থবক মরম পুন্নমক অনুসন্ধান তৌরগা হাইবদি মুল্লা খল্লুরগা বিচার তৌরগা খরমখৈদি খংবা ঙমই, অতোপ্পা কয়া বর্ননা তৌরবা মতুংদা লোকালোক চিংগী মরমদা অমসুং ব্রহ্মাণ্ড কটাহসিগী মরম অসি খল্লুরগা অসিদি ওস্তোক্ক ফজখ্রবনি অতি রমনীয়নি ইতি।

ভাঃ ৫ পী ২১ শুবা

শ্রীশুদেবনা ২০ শুবা অধ্যায়দা প্লক্ষনচিংবা দ্বীপ ৬ অমসুং লোকপালনাচিংব চিংগী থোইদোকপা বর্ননা তৌরগা চাওবা শাংবা ফজবগা লোইননা ভুমণ্ডলগী পাকপা শাংবা বিবরন হাইখ্রে। অন্তরীক্ষ অহাংবা অসিগী থোইদোকপা পরিমানদি হাইদে, তৌই-গুম্বসুং অসিগুম্ব ভুমণ্ডলগী ওইফম থোকপা অমসুং মান পরিমান বর্ননাগী মরমদি স্বর্গগী পাকপা শাংবা অতুনসু অতুম খংবা ঙমগনি। মরমদি শগোল হরাই মঙ্গল হরাই উরি হাইব্রিবাশিং অসিগী তংখাই অমগী পরিমান খংলগা অতোপ তংখাই অমগিসু খংব ঙম্বগুম খংলিবনি। তংখাই অমনা ভুমণ্ডলগী শরুক অতোপ্পা

তংখাই অমনা স্বর্গ মণ্ডলগী পাকইবা শাংলিবা শরুকনি, ২ অসিগী ময়াই শরুক হাংলিবসি আকাশনি শুন্যনি ২ অসিনা থক খানি হাইবসি তরু ( ২ ) খংলে। ২ নি অসিগী ময়াই অসিদা ভগবান সূর্য্যদেবনা লৈরগা ভুবন পুম্নমক মণ্ডান শন্দোকই অমসুং মহাকী লংলবা নণ্ডান্ন মফম পুম্নমক মণ্ডান পিগ্রে। স্থাবর পুম্নমক জঙ্গম পুম্নমক অসিদসু নত্তনা পদার্থ পুম্নমক সূর্য্যগী উপাইতনা হিংলিবনি অমসুং ধারনা তৌরিবনি। তশেংনমক উব ফংই মাতুদি উপাস্থিশিং অসি সূর্য্যগী মণ্ডানতনা হৌবা ঙমলিবনি অমসুং নোইরিবা চাওরিবা উপাস্থি অসিদা নত্তনা মী ওইবা জীবশিংগী মফমদসু নোইরীবা চাওরিবা জ্ঞান লৈবা অসি সূর্য্যগী মণ্ডান নমি হাইবসি খংগদবনি।

অসিগুম্ব সূর্য্যদেবসে আকাশ অসিদা ভোঙান ( ২ )ব মতমদা মথল মথা অয়াম্ব গতিদা আশ্রয় তৌয়গা লৈখি। সূর্য্যগী গতি অসি অতি সুক্ষ্মনি য়াম্ন লুই খংবদা য়াগনি, অতুম ওইনমক চিংনবদি তৌরোইদবনি। দার্শনিকশিংনা হাইখরে, ভোঙান (২) ব মফমদা ভোঙান (২)ব মতমদা করিগুম্ব পোৎ অমবু মফম অমদা উই অমসুং খংই মসি গতিনি। করিগুম্বা উচেক অম মতম অমদা হৈনৌ পাম্বিদা তোংবা উরগা মথংদা অমুক থৈবোং পাম্বিদা উব ফংই, মসিবু মহাকী থোইদোকপা গতি নত্রাও; মতৌ অসুম্ন অয়ুক্তা সূর্য্যবু অ্যকাশদা উব ফংই, মধ্যাহ্ন কালদসু অতুম্ উরিব নত্রাও, অসিনা মরম ওইতুনা থম্বতাই মসি মহাকী কর্ম্মনি হাইনা হাইবদি সূর্য্য

গতি অসি হেন্দোক্ক চৎপা নত্তে, মরমসিনা সূর্য্যগী গতি অসিগী মরমদা অমুক হন্না চিংনবোইদবনি।

অসিগুম্ব নুমিৎ (সূর্য্য) গী সঞ্চার (গতি) সিনা উত্তরায়ন, দক্ষিনায়ন অমসুং বৈষুবত হাইনা খংনবি। মসি হাইবদি সূর্য্য গতি সঞ্চারসিনা অমুক যথাক্রম নাইনা মন্দ-ক্ষিপ্র অমসুং সমানা হাইবা মমিং অসি অমুক ওইখরে। অতিগুম্ব গতিভেদগী মতমদা সূর্য্যদেবনা কাপৎপা-কুমথবা অমসুং মানবা মফমদা অমুক লৈগ্রে। অসুম্না গতি অসি তোঙাম্ব মতমদা অহিং-নুংথিন ২ অসি চপ মাননা লৈব নত্তে। করিগুম্ব কান্দ সূর্য্যদেবগী গতি ভেদনা মরম ওইদুনা নুংথিনগী মতম্ন শাংই, অহিংগী মতম্ন তেলি, করিগুম্বদন অমুক অহিংগী মতম্ন শাংই অমসুং নুংথিনগী মতম্ন অমুক তেলি, অমুক হন্না করিগুম্বদা অহিং নুংথিন (২) মক চপমানন লৈরিবনি হায়বদি অহিং-নুংথিন অনিমক চপ মাননবা অথোই-অহেন নাইদনা লৈ। মকর রাশিদগী হৌরগা ৬ শুবা রাশি হায়বদি মিথুন রাশিদা সূর্য্যান দেবনা নুমিৎ কয়ানিমুক লৈ, হায়রিবা মতম অসি নুংথিনগী শরুক অসি মথং মথং নাইনা মতম শাংবা হেল্লি, অসুম তৌনা অমুক অহিং খুদিংনা মথং মথং খজিক খজিক তেন-শিল্লকই। দক্ষিণায়ন মমিংনি, থুনা চৎপা সূর্য্যদেবনা কুমথবনি। মতৌ অসুম্না সুর্য্য দেবনা কর্কট রাশিদগী তরুকশুবা রাশিদা ধনুরাশিদা লৈবা মতম অসি নুংথিন খুদিং খজিক খজিক তেনশিল্লি অমসুং অহিং খুদিং মতম শাংদোক্লৈ। উত্তরায়ণ অমসুং

দক্ষিণায়ণগী ময়াইগী গতি অসি মাননা লৈ। শম্মা হায়রবদা মুলগী মতুং ইন্না হায়বদা মতুদি সুর্য্যনা লৈবা অতুককি মতম, অসে মুংথিনগী মতম শাংই, মতম অসিদা থা খুদিংগী অহিং অসি পুং ১/১ গী মতম তেনশিল্লি অমসুং মতম অসি বৃশ্চিক রাশিদা সুর্য্যনা লৈখি, মতম মুংথিন্দা পুং ১/১ গী চাংদা ময়েং তাই। মেষ অমসুং তুলা রাশিদা সুর্য্যনা লৈবা কান অসি অনিমক হায়বদি অহিং-মুংথিন অনিমক চপ মান্নে।

মতৌ অসুম্না সূর্য্যগী মন্দ ক্ষিপ্র অতপ্প- অথুবা ১মুং মানবা গতিগী মতুংইন্না সূর্য্যদেবনা কোটী মাপন লক্ষ ৫১ যোজনগী পরিমান অনি কোইরগা মান সোত্তর গিরি কোয়রগা লৈখি। মেরুগী অব্রাংদা মান সোত্তরচিংগী অরোইবা ফাওবদা লক্ষ ১৫ দগী হেনবা কোটি অরুমগী পরি মান ওইবা মফম অসি ফাতুনা লৈ হায়বসি খংনগনি।

অসুম্না মানসোত্তর পর্ব্বত্তা মেরু পর্ব্বতকি নোংপোক থংবা শরুক্তা ইন্দ্রগী কোন্নুং লৈ, মহাকি মমিং দেবধাণী কৌই। মসিগী মরমদা অসুম্না খংনৈ মাতুদি ইন্দ্রগী কোন্নুং অসি সাধারন ওইনা লাইপুম্নমকি লৈফমনি। মখোইগীসু তোঙান তোঙানবা কোন্নুং লৈ তাকলিবনি, মখোয় পুম্নমক্না (লাই পুম্নমক্না) ইন্দ্রগী কোন্নুং অসি মখোয়গী লৈফম ওই, মরম অসিনা থোইদোক্না ইন্দ্রগী পুরীবু দেবতাশিংগী লৈফম ওইনা খংখ্রে। মতৌ অসুম তৌনা মথা থংবা মাইকৈদদি সংযমী হায়না খংনবা যম রাজগী কোন্নুং লৈরিবনি।

মেরুগী মাইকৈ মরিদা মতম খায়দোক্তুনা পুরী পুম্নমক অসিদা উদয় মধ্যাহ্ন-অস্ত ১স্তুং নিশীথকালনি খংনৈ। মতম অসিদা মফম অসিদা সূর্য দেববু অহানবা উবা মতম অসি মুমিং থোকপা, অমুক শুমিংপু কোকথক্তা উই মতম অসি মধ্যাহ্ন, মতম অমুক হন্না মতম অসিদা মুমিংনা তাথুগা মফম অহুদা অস্তময় ১স্তুং পরদোষ মতম অসিদগী অমুক হৌরগা অমুক হন্না মুমিং উবা ফাওবগী মমুং অসি অহিং অহিংগী ময়াই চংলকপা নিশীথ অমসুং অর্দ্ধরাত্রনি। মুমিংনা অমুক থোকলকপা কাল অসি অহানবদা মী পুম্নমক্কা তৌগদবা ক্রিয়াকর্ম্মদা পুক্লিং চংসিল্লি, মসিনা অমুক মুমিংনা তারবদা পোত্থারে অহিংনা থেংথরকপদা মপুং ফানা পোত্থারে, মরম অসিনা জীবনা অহিং মুংথিন ২মক্তা প্রবৃত্তি-নিবৃত্তি তৌহুনা লৈরিবনি।

মখোয় হায়বদি দেবতাশিং মেরু পর্ব্বত্তা লৈ, মখোয় পুম্নমক্কি মথক্তা সূর্য্যদেবনা মুমিং চুপ্পা ময়াইদা লৈরগা মঙান পিরি, মরম অসিনা সূর্য্যদেবনা মতম পুম্নমক্তা সুমেরুগী নাকন্দা কোইহুনা লৈ, মতম অসিদা সূর্য্যগী মঙান মেরুগী নাকল অহুনা মরম ওইহুনা মঙান ফংদে, সুমেরুদা লৈশিংনা করিগুম্বা পোং ১মা শোকলুবা ঙমদে। অমুক হন্না নক্ষত্রাভি মুখ ওইবা গতিগী মতুংইন্না সুমেরুবু ওই ওইনরগা চংলি, মতম অসিদা য়েংওইননা হঙ্গং হন্দা অকম্বা মুংশিংকী লৈবা অহনা মরম ওয়হুনা মুমিং থুদিং দক্ষিণ ভাগ ওইনা লৈখি। মরম অসিদগী চক্রগতিগী মখা পোনবদগী য়াম্না লাপ্পা মুমিং ভুলগ্ন ওইনা উই, মসিবুনা মুমিং থোকপা, আকাশ

অসিদা কাখৎলক্লগা ঐখোয়না খললি ১স্নুং খংই মুমিৎ যুংবা, পৃথিবীদা চংসিনখ্রগনা ঐখোইনা খংই মুমিৎ তাব ; মসি থাদোক্ল-মলগা অমুক অম্নম চৎখিবনা অহিং অথেংবা। মুমিংকী থোকপা ১স্নুং তাবা হাইবসি মুমিৎপু অমুক উবা অমুক উদবনি অতৈ করি নত্তে।

সাধারন ওইনা চৎনবদা রথগী চাকা ( চক্র ) ৪ নত্রগা ২ অসি উব ফংই, তৌইগুম্বস্নুং সুর্য্যগীরথ চাকাদি অমথক্তনি, মসি থোইদোকনা অঙকপা পোকই। মসি থোইদোক্লা অঙকপনি, চাকা ( চক্র ) অমত্তা ওইবা মরন্না অতৈ রথপা য়েংনবদা অতিক্রত গামী ওইবনি, অঙকপনি, চাকাতুবু পুরিবা দণ্ডদি ২নি, চাকা ১মা দণ্ড অনি॥

## ভাঃ ৫ গী ২২ শুবা

শ্রীশুকদেবনা ২১ শুবা অধ্যায়দা স্ূর্য্যদেব রথ অমস্নুং গতিগী মরমদা মাতুগী বিবরন পিরগা, ২২শুবা অধ্যায়দা চন্দ্র ১স্নুং শুক্র গ্রহনচিংবা পুম্নমককী লৈবা—চৎপা ১স্নুং চৎপা অতুগী মতুংইন্না জগৎ অসিগী অফ-ফত্তনচিংবা মখল মথা অয়াম্বা বর্ননা তৌরগা অহাম্বমক্তদা প্রসঙ্গগী মতুং ইন্না শ্রীরাজর্ষি পরিক্ষিংকী প্রশ্ন অহু ফোংদোকখ্রে। শ্রীশুকদেবমা অহাম্বদা সূর্য্যদেবগী গতিগী বা হাইখ্রে, মতুদা পরীক্ষিংকী চিংনবা ১মা লৈখ্রে, চিংনবসিনা মরম ওইরগা নিংথৌনা হাইজখি। হে মুনে! নহাক্না অহাবদা হাইবিখরে মহুদি,

সুমেরু ১সুং ধ্রুবলোককি য়েংলোমদা পরিক্রমা তৌরগা সূর্য্যদেবন রাশিগী য়েংলোমদা ১সুং ওইরোমদা চংলি, মসিবু করম ওইকম থোকপগে ? য়েং ওইবা অমদি ওই ওইবা হাইবসি মহৈ (২) বিরুদ্ধনি। য়েং ওই হাইরগা অমুক ওই ওইবসি ওইকম থোক্কে, মরম অসিদগী ঐনা মফম অসিদা য়াম্না চংখোম্না খংবা ঙমদরে য়াম্না চিংনবসি কোকত্রে! চিংনরবদি তৌগদবা থবক্তা খংদবা ওইরগনি, মরম অসিনা চানবিহুনা বিষয় অসিদা মুম্না খংহন্বিরগা মহৈ য়ানহন্বিয়ু। নিংথৌগী রা তারগা শ্রীশুকদেবনা প্রশ্নগী মতুং ইন্না খংহনগে হাইহুনা রা অহু হাইবা হৌগংখ্রে।

তারোরাজন। ভগবান সূর্য্যদেবসে ভগবান নারায়ণগী স্বরূপনি হাইবসি তাক্লগা, মহাক্না (সূর্য্যদেব) না বসন্তনচিংবা ঋতু তোঙান (২) বা গুন পুথোকখি অসি হাইখি শ্রীভগবন মশামক্না গীতা উপ-নিষত্তা মহাক্কী মশকপু সূর্য্য ওইনা ব্যাখ্যা তৌখ্রবনি। ভগবান মশামক্না হাইখি, যথা "আদিত্যানামহং বিষ্ণু জ্যোতিষাং রবিরংশু-মান। মরীচিমরুত্তামস্মিনক্ষত্রানামহং শশী"। করিগুম্বা জাতি ১মগী মমুং পুম্নমক য়েংনবদা অথোইবা অহেম্বা অহু ভগবান নারায়ন মক্কি মশকনি, হাইরিবা রা অসি ভগবানগী মতনি অভিপ্রায়নি। জগৎ অসিদা মঙানগী পদার্থ কয়ামুক লৈ, হাইরিবা পোংশিং অসিগী মমুং মুমিং অসিনা মঙান পুম্নমক্তগী অথোইবনি, মরম অসিনা ভগবান অসি নারায়নগী মশানি বিগ্রহনি। মরম অসিদগী সূর্য্যনা মরম ওইরগা পুথোকলিবা ঋতু পুম্নমক নারায়নগী মশকনি প্রকৃতিনি মসিদা চিংননিঙাই ওইদে।

বর্ণগী মতুংইন্না আশ্রমদা লৈরিবা সনাতন ওইরবা ধর্ম্ম মপুক্লিং চংবশিংনা শ্রীভগবানবু মুখ্য ১মুং গৌন ভাবতা উপাসনা তৌরি। অদুগুম্বা উপাসকশিংনা যাগনচিংবনা মরম ওইরগা করি-গুম্বা রূপ হাইবদি শিব-ব্রহ্মানচিংবা অদুবু ভগবান্না পেলি ১মুং অপাম্বা অনিংবদু পিবিরিবনি। মী অদুনা কর্ম্ম অদু তৌবদা চোকথবা রাখিবা অদু মুঙাইবা পিবি। কনাগুম্বশিংনা ইন্দ্র দেবদা হবিনাচিংবনা পেলহলি কনাগুম্বনা যোগসমাধিনা মরম ওইরগা পেলহনখি। "নৃনামেকো গম্যস্ত্বমসি পয়াযার্নব ইব" হাইবদি জগৎ অসিদা ঈশিংগী মপৈ কয়ামুক লৈ মখোয় পুন্নমক অসিনা ১মত্তা পরিনাম তৌরগা সমুদ্র ওইরিবনি, মতৌ অসুম্না জগৎ অসিদা মখল কয়াগী উপাসনা অসিনা নিয়ম ১মগী মথাদা চংলি পুন্নমক অসিগী লক্ষ তৌরিবা মফমদি ভগাবন শ্রীনারায়ননি, হাইরিবা ভগবান শ্রীনারায়ন অসি ফংলবদি অতৈ ১মা অমুক লৈত্রবনি।

সুর্য্যদেবসে জগৎকী আত্মানি, তশেংবনি আত্মা চৈতন্যময়নি, মরমদি মহাকি মঙাল্লা মরম ওইদুনা সাক্ষি ওইনা লৈরগা প্রকৃতিন-চিংবা জরপদার্থগী আমুকুল্য ওইনা বিধান তৌগ্রে, অসুম্না সুর্য্যদেব মহাকী মঙাল্লা মরম ওইদুনা জগৎ পুন্নমকপু কর্ম্মদা সিন্দা পি, কর্ম্ম তৌহলিবনি। মতম অদুদা অমুক সুর্য্যদেব অস্তাচলদা লৈগ্রবা হাইবদি উদ্রবা, মতম অসে করিগুম্বা ক্রিয়া শক্তি ১মনা উবা ফংদে, মতম অসিদা পোৎ পুন্নমক জরপদার্থ,

মরম অসিনা আত্মাগা লোইননা সুর্য্যগী মতৌগুম মাননা লৈ, সুর্য্য দেবসে জগৎকী আত্মানি হাইনা খংনৈ।

সুর্য্য দেবনা আকাশ মার্গদা লৈরগা জগৎ অসিবু নিয়ম তৌরিবনি। সংবৎসরনচিংবা মতম অসি চক্রগী মণ্ডলদা অতৎপা লৈতনা লৈত্নুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা চক্রগী গতিসিগী মতুংইন্না সুর্যদেবনা চহি ১মগী অবয়ব ওইব থা ১২ অসি ভোগ তৌখি। সুর্য্যগী ক্রিয়াগী মতুং ইন্না নুমিৎ ৩০ নিনা থা ১ম, নুমিৎ ১৫ পক্ষ ১মা নুংথিন ১সুং অহিং হাইনা থাইদোকই। দার্শনিককি মতদা কাল ১মত্তনি ২ গুদে, অসিবু নৈয়ারিককি মতদা মহাকাল হাইনা হাইনরিবনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্ব মহাকাল অসে সুর্য্যদেগী ক্রিয়াভেদদা দিন পক্ষ ১সুং থা হাইবদি মাস অসিনচিংবা ব্যবহার তৌগ্রে। মরম অসিদগী সুর্য্যগী গতি অসি সন্দোক্না অসি (২) গুম্ব ক্ষুদ্র কাল পুথোকল্লিবসি মতিক চাই, মসিদা চিংননিঙাই লৈতে।

অসিগুম্বা সুর্য্যগী গতি অসি মতম পুম্নমক্তা মথল ১মত্তা ওইনা লৈতে, মতম তোঙানবগী মতুং ইন্না সুর্য্যদেবগী মথল মথা অয়াম্বা গত্তি উংলি, মচুদি দক্ষিণায়ন অমসুং উত্তরায়নাচিংবা অয়াম্বা মতমদা অসিগুম্বা গতিভেদ অসি খংহনল্লি। কালভেদগী মতুংইন্না সুর্য্যনা মানদবা গত্তি মরম ওইদুনা আকাশমণ্ডল অসিদা আক্রমন তৌগ্রে।

সুর্য্যগী অসুম তৌনা মফম অসি নির্দ্দেশ তৌদুনা খংহনল্লি, মসিদা সুর্য্যমে নক্ষত্রনচিংনা ১সুং চন্দ্রনচিংবা পুম্নমক অসিগা

য়েংনরুবদা য়াম্না নেম্বদা লৈ, মসি ঐখোয়না উবা ফংই। চন্দ্রন-চিংবগা য়েংনবদা মুমিংকী তেজনা য়াম্না নকশিন্না উবা ফংই, অয়াম্বা বৈজ্ঞানিকশিংনা মতৌ অসুম্না মরম পিদুনা খণ্ডহনপ্রে। মহুদি মুমিংকী মথক্তা চন্দ্র, চন্দ্রগী মথক্তা নক্ষত্র থরানমিচাক, থরান-মিচাকী মথক্তা অরাং ওইনা একদশ লক্ষ যোজন লাপ্পদা সপ্তঋষি, ৭ ঋষি অসিনা কোইশিনবদা "ধ্রুব" তারা লৈ, পুন্নমক্তা য়েংনরুবদা ধ্রুবলোক অসিনা খ্বাইদগী হেন্না রাংই। অসুম্না নির্দেশ তৌদুনা তাকলিবসি আধুনিক বৈজ্ঞানিকী মত নত্তে। আধুনিক বৈজ্ঞানিক কয়াগী মত মঙ্গলগ্রহ য়াম্না নেম্বদা লৈ হায়প্রে, মহু ওইসন্থু, ঐখোয় না শাস্ত্রগী ব্যাখ্যা লৈরি, মতম অসিদা ঐখোয় পুন্নমকপু অসিগুম্বা প্রমান অসি তৌরি। অঙ্গারক ১মসুং মঙ্গল (মঙ্গল গ্রহবু হায়বনি) গ্রহসে য়াম্না রাংবদা লৈ—পুন্নমক্তা য়েংনবদা নেমই হায়বনি, অসিন-সিদ্ধান্তনি।

গ্রহ পুন্নমক হায়বদি নবগ্রহনা জীবা পুন্নমক্কি মফমদা চপ মান্নবা চাংদা শুভ ১মসুং অশুভগী ফল দান তৌবা নত্তে, সঞ্চারগী মতুংইন্না করিগুম্বা গ্রহনা শুভফল ১মসুং করিগুম্বা কান্দা করিগুম্বা গ্রহনা অশুভ ফল পিরিবনি, অসুম ওইবা তারবদা শনি অমসুং মঙ্গলনচিংবা অসি (অশুভ) ফত্তবনি, মতৌ অসুম্না বুধ, বৃহস্পতি অসিনচিংবসি শুভগ্রহনি হায়বসি প্রসিদ্ধনি হায়প্রে। মরম অসিনা শুক্রগ্রহগী নির্দেশতা অনুকূল ওইনা অমসুং বুধগ্রহগী মফমদা চাওরাক্না হায়রবদা শুভকৃৎ অসিনচিংবা হায়বদি বৃহস্পতি গ্রহ

অমসুং বুধগ্রহ অসি মতম পুম্নমক্তা অফবদা ওইবা তারে মতুংদা ওই-
বোই হায়রবা তাবনি।

অদোমক মত্রেগা মঙ্গল গ্রহ ২ অসি অমম্তবু খংনগনি মমিং ২
ওইবনি অমসুং শনৈশ্চর গ্রহ ২ অসিগী মফমদা "প্রায়েন অশুভগ্রহ :
অঘশং সঃ" হায়বদি মখোয় অসি গ্রহ অসি অফবা ওইদে হায়বনি,
মতৌ অসুম্না শনি গ্রহসি চাওবাক্কা মী পুম্নমকী মফমদা অশান্তিনি
হায়বা না অসি হায়নৈ। বুধগ্রহ অসি অফবতা পিবরা তৌইগুম্বসুং
মতম চুম্নদা অফবদা পীবদি নত্তে; মতম অমদা বুধগ্রহ অসিনা
সুর্য্যদগী হেন্না চৎপা অতিচারী ওইরবা মতম অতুদি মহাকী ফল
অফবা নত্তে, মতম অতুগী ফলদি অনাবৃষ্টিনচিংবা হায়বদি নোং
তাদবা ইকংথোকপা ওই। মরম অসিনা খনবা তাই শুভগ্রহ অসি
করিগুম্বদা অশুভ অমসুং অশুভগ্রহনা অমুক করিগুম্বকান্দা অফবা
পীবা ওইবসু লৈথি। তশেংবদি মহাকী লেংদনা লৈবা অমসুং
মফম অমদগী মফম অমদা অমুক চৎপা অসুম্না মামরক্তবকান্দা অফব-
ফত্তবা থন্দোকপত্তনি। মী পুম্নমকি অফ-ফত্তবা ফলনি মসিগী
তশেংবদি মুন্না খল্লগা আলোচনা তৌরগা খংবা ওস্মী, মহাকী
জীবনা তৌথিবা থবক্তা কর্ম্ম অতুনা একমাত্র কারননি, গ্রহসন্নি-
বেশকী কারন নত্তে, অতু ওইবা তারবদি গ্রহতুনা নকশিন্নকপা
অতুতনা পাপ গ্রহ ওইবা য়াই ফোংদোকপত্তনি, মরম অসিনা
কনাগুম্বা শাওরবা গ্রহ অমগী শান্তিগী প্রসঙ্গদা মঙ্গল ওইরবগীদমক

সংকল্প বাক্যদা অমুক গ্রহ সংকুচিত—সংকুচ্যমান সংকুচয়িষ্যমান অসি প্রয়োগ তৌহুনা সংকল্প বাক্যদা হাপকনি।

মতৌ অসুম তৌহুনা সূর্য্য-চন্দ্র-নক্ষত্র অমসুং অতোপ্পা গ্রহশিংগী লৈবা চংপা নিরূপন তৌখ্রে। ভূমণ্ডলনা অমুক পাকই, আকাশ মণ্ডলসু মতৌ অসুম পাকই অসুম্না কল্পনা তৌবসি সাধারন বুদ্ধিগী রাংমদনি, গ্রহনচিংবা লাপথোক্লনবগী নির্দ্দেশ অসিনা মরম ওইহুনা মোটা মুটি অমত্তা ওইনা ধারনা তৌহুনা লৈরিবনি।

## ভাঃ ৫ গী ২৩ শুবা

শ্রীশুক দেবনা হায়খ্রে, মহুদি প্রসিদ্ধ ওইবা মফম কয়া হায়গ্রবা অসিগী মতুংদা ত্রয়োদশলক্ষ যোজনা লাপ্পা মফমদা লৈবা অথোইবা মফমগী রা হায়রগে। মফম অহু ভগবান বিষ্ণুগী অথোইবা মফমনি মফম অসি ধ্রুবলোক হায়না খংনরিবনি। মফম অসিদা রাজাউত্তান পদগী মচা পরমভক্ত ওইবা "ধ্রুব" নক্ষত্রগী মশক ওইরগা অগ্নি-ইন্দ্র-প্রজাপতি কশ্যপ অমসুং ধর্ম্ম হায়রিবশিংসিনা মতম অমত্তদা দক্ষিনা বর্ত্ত ওইনা ওসিফাওবা কল্প কয়াসি হিংহুনা শ্রীভগবানগী উপাসনা তৌহুনা লৈরি। মহাক্কি অয়াম্বা মতিক মগুন মথা হায়রগে।

ঈশ্বরনা অসিগুম্বা ধ্রুবনক্ষত্রবু চোকথবা লৈতবা অমদি ফোংদোক্লবা অকনবা অইনবনা তিনবা মতম্মা মরম ওইহুনা লৈরিবা

অয়াম্বা গ্রহনক্ষত্রনচিংবা লেংদনা থম্নগা শৃষ্টি তৌখি। অস্থুম্না মহাক্ক অতৎপা লৈতনা মঙান পিরিবনি। মসিগী তাৎপর্য্যদি করিগুম্বা থাওশুম্নবা যন্ত্র নত্রগা ফৌ পাম্বীদগী ফৌ লৌথোক্লবগীদমক লম অহুগীময়াইদা "উ" অমা য়ুংলগা মাহুনা কেন্দ্র ওইরগা, মহাক্কী মাইকৈ মরিদা যন ইরোইনচিংবা মপাঙ্গল কল্লবা শাশিংসিনা কোয়না চংতুনা থাও শুমই, অমস্থুং ফৌগী মথক্তা কোয়না চংহল্লি। মতৌ অস্থুম্না চংপদা হায়রিবা কেন্দ্র অসিদগী হেন্দোক্লা চংপদি য়াদে অস্থুম্না ধ্রুববু য়েংওইনা কোইহুনা লৈ মফম অহুদগী থক হেন্দোক্তে।

ফৌ লৌননবগীদমক মপাঙ্গল কল্লবা শাশিংবু মফম অসিদা থম্লগা ময়াইদা য়ুংলিবা য়ুম্বি অহুদা পুল্লগা কোইনা চংলি মাইকৈ মরিদা, অকাশমন্দলদা নোংগী মপৈনা অমস্থুং শ্যেনাদি উচেকশিংনা মুংশিংকী মথা পোন্দুনা মাইকৈ পুন্নক্তা কোয়না চংলি। মতৌ অস্থুম্না জ্যোতিশ গ্রহ নক্ষত্রশিংনা প্রকৃতি অমদি পুরুষ অনিগী মথাদা কর্ম্মগী মতুংইন্না চংলিবনি, মথাদদি হায়বদি ভুবন অসিদদি অমুক লাক্লবনি। মসিদ কনা কনাগুম্বনা বর্ননা তৌরি মহুদি অসিগুম্বা জ্যোতিশ্চক্র অসি শিশুমারগী মশক ওইবা ভগবান শ্রী বিষ্ণুবু যোগদা চংশিন্দুনা ধারনা তৌহুনা লৈরিবনি।

অসিগুম্বা শিশুমার অসিগী মশক্তি মকোক্লা মথাদা লুকথবা কুম্ভিরগী মওং ওইনা লৈ। মহাক্কি মমৈ মতোন্দা "ধ্রুব" লৈ; মহাক্কী মমৈগী মফম পুম্নমক্তা প্রজাপতি অগ্নি-ইন্দ্র অমস্থুং ধর্ম্ম লৈ, মমৈগী মকুদা ধাতা অমস্থুং বিধাতা লৈ, খ্বাংগী শরুক্তা সপ্তঋষিনা

কোয়শিল্লি। য়েংওইননা মহাক্কী মশা হায়বদি কুম্ভির অহুদা লৈরিবসি তভিজিং নক্ষত্রদগী হৌরগা পুনর্ব্বস্থনা লোম্বা নক্ষত্র ১৪ অসি য়েংকৌ নাকন্দা লৈ, অমস্থং পুষ্যাদগী হৌরগা উত্তরাষাঢ়ানা লোম্বা নক্ষত্র ১৪ অসিনা অমুক ওইরোমথংবা শরুক্তা লৈরিবনি। কুম্ভির ওইনা লৈরিবা শিশুমারগী নাকল অনি ওই-য়েং অনি অসি মশিং চপ মান্নবা লৈরিবনি। নঙ্গলদনা মুলা পূর্ব্বষাঢ়া অমস্থং উত্তরাষাঢ়া লৈ, অমস্থং তম্পাক্তনা আকাশগঙ্গা মন্দাকিনী লৈরিবনি। মহাক্কী য়েং-ওই নিংজোল২দা মথং মথং পুনর্ব্বস্থ-পুষ্যা নক্ষত্র অনি অসি লৈ, য়েং-ওই চয়ন্দা আর্দ্রা—অশ্লেষা নক্ষত্র অসি লৈ, য়েং-ওই নাসিকা নাতোন্দা অভিজিৎ-উত্তরাষাঢ়ানা লৈ, য়েং-ওইগী মিং অনিদা শ্রবনা অমস্থং পূর্ব্বাষাঢ়া লৈ, য়েং-ওই নাকোং অনিদা ধনিষ্ঠামুলা, ওইথংবগী শরুগী শরুক অসি দক্ষিনায়ন শরুক ওইবা মঘাদগী অনুরাধানা লোম্বা নক্ষত্র অসি লৈ। মতৌ অস্থম্না অমুক উত্তরায়নগী মরিদা ওম্নোক্লগা মৃগশিরাদগী পূর্ব্বভাদ্রপদনা লোম্বা ৮ অসিনা য়েংকৌ শরুক্তা লৈ। য়েং-ওইগী নাকন পাম্বোম অনি অসিদা শতভিষা জ্যেষ্ঠানা লৈরিবনি।

অসিগুম্বা শিশুমারগী য়েং থংবা থদাংদা অগস্ত্য, ওইরোমথংবা থদাংদা যম, চিন্দা মঙ্গল, খোং হামকম ঈশিং চংকম অনিদা শনৈশ্চর (শনি) লৈ, মরুমদা বৃহস্পতি, থবাক্তা আদিত্য, হৃদিদা নারায়ন, মন্দ—চন্দ্র, খোইদোদা শুক্র, থবাক অনিদা অশ্বিনিকুমার অনি, প্রান অপান হায়বা প্রানবায়ু বুধ, ওকশমদা রাহু, হুকচাং

পুম্নমক্কা কেতু অমসুং তু ( লোম ) পুম্নমক্কা লেমহৌরিবা নক্ষত্র-শিংগী লৈকম্নি।

অদুম্না শিশুমার শরীর ( হুকচাং ) গী ম্না হায়খ্রে। মসি ভগবান বিষ্ণুগী অয়াম্বা দেবতাশিংগী তোঙান তোঙানবা রূপ পুথোকপনি। মসি সুমিং থুদিংগী অতৈপা লৈতনা ত্রি সন্ধ্যাদ পুক্নিং মেংনা য়েংগদবনি অমসুং শিশুমারগী বাক্নি অসি হায়রগা উপাসনা তৌগদবনি। মরমদি মী অদুনা জ্যোতিস পুম্নমক্কী লৈকম ওইরিবা অসিগুম্বা কালচক্রগী মশক ওইরিবা লাই পুম্নমক্কী মকোক ওইরিবা মহাপুরুষ শ্রীভগবানবু হম্না হম্না খুরুমজগনি।

মী পুম্নমক্কা ত্রিসন্ধ্যাদা শ্রীভগবানগী মন্ত্র অসি জব তৌগদবা ওই অদুগুম্বা মীশিং অদুগী পাপ মাঙহনবিদুনা অমদি দেবতা পুম্নমক্কা লৈবা গ্রহ নক্ষত্রশিংগী লৈফম ওইরিবা, ভগবান শিশুমার শরীর অসি মতম পুম্নমক হায়বদি ত্রিসন্ধ্যাদা য়েংদুনা খুরুমগনি। করিগুম্বা উদ্রবসু নিংশিংদুনা খুরুমগনি, অদু ওইরবদি খুদক অদু-মক্তদা মী অদুগী মশাদা লৈরম্বা পাপ কোকলিবনি।

মথক্কা বিবরন তাকপ্রবা শিশুমার কৌবা কুম্ভিরগী মূর্ত্তি অমা পুথোকচরি মূর্ত্তি অসি মুম্না য়েংবিরগা অমদি মূর্ত্তি অদুগী কাযাং খুদিংদা লৈরিবা গ্রহ-নক্ষত্রনচিংবা পুম্নমক মুম্না য়েংবিগনি। হায়রিবা উৎলিবা মূর্ত্তি অসিগী মমিং "শিশুমার" কৌই হায়বসি লৈচিন নোংকাই লৈতবা শেংলবা আকাশ অসিদা হুমিদাংদা শোইদনা উবা

ফংগনি। হায়রিবা শিশুমার শ্রীবিষ্ণুগী শক্তিনি, মসিবু অহল লমন-শিংনা তাকপিরমই "নিংথৌ তুরেন" অসি হায়না তাকপিরমই, য়েংহল্লমই, উহল্লমই। মসিদি মীওইবশিংনা পুরানগী লামায় হাই-গৎলুবদা থেংনরুরে মমিংনা "শিশুমার" মওংনা অসি পুন্না সন্ধ্যা অহুমদা পুক্লিং চংনা য়েংবিয়ু পাপ কোকই হায়রিবনি।




---

লোইরবা

## ভগবান শিশুমাব

**বিবরনম্**

১। পুচ্ছাগ্র মৈতেন্দ ধ্রুবলোগ নি ।
২ মমৈদা নক্ষত্র মশক ওইনা প্রজাপতি, অগ্নি, ইন্দ্র অমসুং ধর্ম্ম লৈ ।
৩ মমৈগী মকদ ধাতা অমসুং বিধাতানি ।
৪ কটিদেশ ম্বাংদা সপ্তর্ষি মণ্ডলনি ।
৫। দক্ষিনা বর্ত্ত ওইবা ১ কুণ্ডলাকাব অসি অভিজিত্তগী পুনর্ব্বসুনা লোম্না নক্ষত্র ১২ না যেংকী শকক্তা লৈ ।
৬। পুযাদগী উত্তবাষাঢ়ান লোম্ন ১৪ নক্ষত্রনা ওই শকক্তা লৈ ।
৭ কণ্ডল্যকাব শিশুমাবগী ওই-যেং ২ দা চপ মানবা অবযবনি ।
৮ মতুং মনঙ্গদ মুলা পূর্ব্বষাঢা-উত্তবাষাঢ লৈ ।
৯ ক্রোড়ে । তম্পাক্তা । আকাশগঙ্গা মন্দাকিনি চেলিবনি
১০ শিশুমাবগী যেং-ওই নিংক্তেন্দা মথং মনাও নাইনা পূনর্ব্বসু অমসুং পুষানক্ষত্র লৈবিবনি
১১। যেং-ওই খোংদা আদ্রা অমসুং অশ্লেষা লৈ ।
১২। যেং-ওই নাতোন্দা অভিজিৎ অমসুং উত্তবাষাঢ়া লৈ ।
১৩। যেং-ওই মিং অনিদা শ্রবনা পূর্ব্বষাঢ লৈ ।
১৪ যেং-ওই নাকোং অনিদা ধনিষ্ঠা মুলা নক্ষত্র লৈ ।
১৫ ওইবোম থংবা শকগী শকক্তা দক্ষিনাযনগী সম্বন্ধি মঘাদগী অনুবাধান লোম্না নক্ষত্র ৮ লৈ
১৬। মতৌ অসুম্না অমুক হন্না উত্তবাযনগী সম্বন্ধদ মৃগশিবাদগী নক্ষত্র ৮ না যেংকি নাকন্দ পকশিন্না লৈ ।
১৭ যেং-ওই অনিগী নাকল পান্দোম মকদা শতভিশা অমসুং জ্যেষ্ঠানক্ষত্র অসি লৈ ।
১৮। শিশুমাবগী মথক্কি চিম্বান অগস্ত্যা মখাদা যম নি ।
১৯। শিশুমাবগী চিন্দা মঙ্গলগ্রহ লৈ
২০ শিশুমাবগী উপস্থ অমসুং লিঙ্গ অনিদ শনৈশ্চব গ্রহ লৈ .
২১। শিশুমাবগী মকমদ (ককুট) বৃহস্পতি লৈ ।
২২। শিশুমাবগী থবাক্তা আদিত্য, থমোযদ নাবাযন পুক্লিং (চিং) চন্দ্র লৈ
২৩। শিশুমাবগী খোযদৌদা শুক্র, থবাক অনিদ অশ্বিনীকুমাব অনি অসি লৈবনি।
২৪। প্রান অপান বাযুদা বুধ, গলদেশতা বাহু লৈ ।

শিশুমাবগী হকচাং পুম্নমক কেতুনি তুখোং পুম্নমক লেইনা লেমহৌবিব নক্ষত্রশিংনা সিংথংনা লৈবা শিশুমাবগী শক্তমগী ... পুম্নমক্তা তিনবা শ্রীবিষ্ণুগী স্বরূপনি হাইবিব শিশুমাব অসিবু মতম চুপ্পদা ত্রিসন্ধ্যাদ কাওদনা ব্রাগন অম হনবা লৈতনা মুম্না যাংদ থুকম্না, উদ্রগন্ মতম চান নিংশিংবা যাম্না কান্নবা ফংগনি অমসুং ঐগী লৈবা পাপ লোইরা লোংমগী ওইনা মগে তাউ হায়বিবা অসি শবাগা শক্তি